# "লাল বাহদুর শাস্ত্রী"

ইরবা
রাহেংবম প্রহ্লাদ সিংহ।

তাং ১৫।১।৬৮ ইং।

ফংফম
ইম্ফালগী লাইরিক য়োনবা মুকানশিং

ফোংজবা ঃ—
ডাক্তর গোপিমুহোন সিং।
বা[illegible]লৈকাই।



অহানবা থুংনম - ১৯৭৫ ইং।
কোপি মশিং—১,১০০
মমল—লুপা ৪.০০

মপ্কম ঃ—
শ্রীগোপাল প্রেস, খ্বাই খোকচোম লৈকাই। ইম্ফাল।

# হিরম—লমায়


| | | লমায় |
|---|---|---|
| ১ । | বাগৌদোক | ১ – ৪ |
| ২ । | অহাং ওইরিবৈ | ৫—১৫ |
| ৩ । | নীংতম্নগী লান্দা | ১৬—৫২ |
| ৪ । | হোম-মিনিষ্টর | ৫৩—৬২ |
| ৫ । | কামরাজ প্লান | ৬৩—৬৭ |
| ৬ । | নেহরুগী মতুংদা | ৬৮—৭৩ |
| ৭ । | প্রাইম মিনিষ্টরসিপ | ৭৪ – ৯৮ |
| ৮ । | ইন্দো-পাকী মরিশিং | ৯৯—১০৯ |
| ৯ । | তাসকেণ্ট | ১১০—১২৮ |
| ১০ । | অরোয়বা সুমিৎ | ১২৯—১৪৫ |
| ১১ । | ত্রিবুতশিং | ১৪৬—১৫৩ |
| ১২ । | অতৈশিং থরা অমসুং তেংথজবা | ১৫৪—১৭৩ |




# নোংনঙ্গ য়াহৈ খরা

লৈচন শুরবী লৈত্রেংপাক্কী লৈকোন,
ফজবা খিবিক্কুগী থোযনা হেন্না ফজবী,
হাপচিল্লকপা খুদিংমক্তা,
পুক্নিং-তুঙ্গাং নিংথিবীডা ওইরবী ;
কাপচনিংঙ্গুনা,
মথোং মরম খংদনা,
লৈরাং চায় অপিখক অমত্তং
হাপচবদা,
ডাইরেক্টর ওফ ইদুকেশন, মনিপুরনা,
তেংবাংবিখি ; —
করিনা খুৎলং ওইগনি ?
লৈরাং মাগী ফজবত্তনা,
লৈকোন মাগী মপুং ফাররকপদনা,
ওইহৌরসন্নু ॥

বাহেংবম প্রহ্লাদ ।

"কঙ্চবা"

"ইপা ইবুঙেঙা"

'ভোল্লবা নচাগী খুদোল
লাল বাহদুর শাস্ত্রী'

রাজেংবম প্রহলাদ।

# "লালবহাদুর শাস্ত্রী"

## ১

## য়াহৌদোক

শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীগী মপুন্সিগী য়াথী অসি ভারতগী অমস্তুং পৃথিবীগী লোল খুদিংমক্তা ইথোক্তুনা মাগী মাগী জাতিশিং অদুগী মীপুম খুদিংমক্তা অমুমি থোয়দোক হেন্দোক্লা নহারোল-শিংগী মকমদা থংহনবনা থ্বায়দগী হেল্লা অকবা অমমি হায়রবসি অমুক থোয়না শুগায়না ইরুক্রবস্তু মীপুম্ খুদিংমক্তা য়াম্না লায়না থংনরবা রাক্ষম অমনি। মুখিৎ অমস্তুং থাগী মঙালনা ঐথোয়দা কানবা পিবগুম্বনি। হোৎনবা কন্‌বা, অর্থাৎ কনবা, অচুম্বগী থোংকমদা কায়দনা লেপ্পা, মর্য়েবাকপু থম্মোয় শেংনা মশাগী ওইজবা থিদনা মুংশিবা, অতোনবা লাইরবগীদমক্তা কনবা থনবতা নত্তনা মশামক অমা ওইনা মপুন্সি চুপ্পা লৈথিবা, অচান মিয়াম থায়দবা য়েঙবা চান়া অনিমক্তা চপ মাননা য়েংবা অমস্তুং অবাবা থুদো়ং-

থিরবা মতমদসু পাখংপা মিপাইবা ভৌদনা মপুক্লিং তপনা মায়োকনদুনা লায়না লাকশিনবা ওস্বা অসিগুম্বা মীডা অসি মহাত্মাজী অমসুং নেহরূজীনা পোকখিবা ভারত্তা ওইখি হায়বসি অঙকপা অমা নত্তে। থ্বায়দগী লায়রবা ইমুংদা পোকপা, মশাগী চহি অমা মথায়তা ডাইরিঙৈদা অপোকপা মপাসু মসুং মতম চাদনা লৈখিদবনা, লুখ্রাবীগী নাওয়োক্তা চাওরকপা শ্রীলাল বহাদুরনা করম্না মাগী মরমচৎ মতৌনা অমদি নোম্বা কনবনা য়েৎনবা লৈতনা, পৃথিবীদা Democracyগী থ্বাইদগী চাওরবা লৈবাক ভারতকী প্রধান মন্ত্রী ওইখিবা হায়বা অসি ডুংগী মীয়োলশিংদদি অঙকপা বারী অমগুম্না থোকহৌরবসু, ঐথোয়গী হৌজিক্কী মীয়োল অসিদদি Tashkent দগী Sydney অমসুং Tokyoদগী San Francisco ফাওবগী মনুংদা লৈবনদি, অঙকপা অদু লায়গী থোগোককুম্না থংনউম্নহৌরিবসিনি।

শ্রীশাস্ত্রীজীগী মপুন্সিগী বারী ইবা হায়বসিমকসু ফনা য়াম্না লুবা থবক অমনি। শ্রীশাস্ত্রীজীগী থরা তোয়না শম্নরকপা, রাজনীতি ক্ষেত্রদা তামিন্নরকপা, য়াম্না পিক্লিঙৈদগী তোয়োৎথোদানা তিন্নরকপা অমদি মতম্ কুইনা তিন্নরক্কুনা থংন চান্নবা ওইবতা নত্তনা মাগী মরমচৎ মতৌ য়াম্না নিংথিনা থংলবা মীতনা ইগদবনি, নত্তনা, শ্রীজীগী মপুন্সিগী বারী ইবদি য়াম্না লায়না অরূবা অমনি। অদুবু, ইরৈবাক ইজাতিগী হৌগৎলক্লিবা নহারোলশিংগী মফমদা থরদা ওইরবসু মতেং পাংবা ওমত্রা য়েংগে হায়দুনা রাইটর অনি অহম্না ইবা শাস্ত্রীজীগী পুন্সিগী বারী অদুবু নিংথিনা য়েংজ পাজরগা

মাগী মপুন্সিগী বারী ইজ্রবনি। করিগুম্বা অশোয় অঙাম যাওরবস্থ মত্থু চুমথোক পরক্পবা ময়ামগী মফমদা নোল্লুক্লা হায়জরি অমস্থুং ভাকপিরকপা পূম্নমক অদু হরাও হরাওনস্থু লৌজগনি।

রাইটর থরনা ইবা শ্রীশাস্ত্রীজীগী মপুন্সিগী বারী পাবগা ভারতকী হৌজিকী প্রসিদেণ্ট অমস্থুং প্রাইমমিনিষ্টর ডাক্তর জাকির হুসেন্ অমস্থুং ইন্দিরা গান্ধী অনিনা অস্থম্না ইরি :—

We shall ever miss his extreme simplicity his friendly smile, his quiet strength, his direct and soft speech, his friendliness and his readiness to hear the other man's points of view, his anxiety to take opponents into confidence and thus give to our Parliamentry democracy a new dimension and purposeful meaning. To us who are left behind, has fallen the task of fulfilling the ideals for which he worked hard and gave himself up. The best way and only way we can pay our homage to this great son of India, is to work hard and work whole-hearfedly for the good of the Common man in India. Political prejudices and passions have no place in constructive thinking and constructive work. In whatever we do and in whatever sphere of activity we engage ourselves, let us remember that our duty is first and formost to the people of his country

Dr. Zakir Hussain.,
President of India

"Shastriji is now in our Hall of Fame. Through his intense dedication to the national cause and his gift for evoking confidence, he rose from humble beginings to the highest position in the land. His work for the people and his leadership in war and peace have passed into history. A life such as his is worthy of study."

Mrs. Indira Gandhi.
Prime Minister of India

অসি নত্তবা অতৈ ভারতকী ফাওরবা হায়া প্রেসিডেন্ট ওইরম্বা ডাক্তর রাধাকৃষ্ণনচিংবা কয়ানা শ্রীশাস্ত্রীজীনা শিরবা মতুংদা মাগী মরমদা থাগৎ য়াহৈশিং ইখিবা কয়া অমস্তুং লৈরি, মথোয়শিং অদু মতাং চানা চানা মথং মথং থেংনবিগনি।

"তশেংনা অমস্তুং লনাই ওইনা হায়রবদা শ্রীশাস্ত্রীজীগা মায়না অফিস মপুংফা নোঙ্‌কপা অমস্তুং লমচৎ-শাজৎ ফজবা অমা থক থেংনদরি অমস্তুং থেংনররোয়" অস্‌ম্ হায়না কনাগুম্বা রাইটর অমনা মশাক্লা ইবা লায়রিকী Preface দা ইরি। মাগী মতৌ অদুনা মাগী আফিস অদুবু অদুক নিংথিনা থমগনি হায়বসি অঙকপা নি। মাগীতপ্পা হাদব। অমস্তুং মপূকচেল ইংনা ফজবা অদুনা Sermon on the Mountতা যেশুনা হায়খিবা—'Blessed are the meek for they shall inherit the earth' হায়বা অসিবুস্থ অতৎপা লৈতনা নিংশিংহল্লি। মাগী মপুন্সিগী য়ায়ী অসিনা থয়া তেংপ তোপ্পা লায়গী নোংদম্-খোনগুম্বতনা ওইব ওইন তৌরম্মী। মসিস্থ অঙকপা, থেংনদবদি নত্তে।

# ২

## "অঙাং ওইরিঙৈ"

লোক্তাক্তা হোঁবা হুপনা,
থম্বালগা মরূপ ওইরুবনা.
শ্রীগোবিন্দ ঙক্তা লৈঙেংবা,
অঙকপা নত্তে।

গৌতম্ বুদ্ধগুম্না নিংথৌকোন্দা শ্রীশাস্ত্রী পোকখি:দ, মহাক্তি য়াম্না লায়রবা ইমুংদা পোকলম্মী। মহাক্কী মপোক্তি ভারত্তা লৈরিবা লায়রপ্রবা থুঙ্গংগী অঙাং অমগুম্না, ইকোয় কোইবদা লায়র চুদংনরবা অঙাং ময়াম লৈরিবা অদুগী মরক্তা, মাস্থু অমা ওইরম্মী। অদুবু মহাকস্থ, কেনতুকীগী (Kentucky) উতুপকী থাংপোকশং মমুংদা পোকখিবা অদুন আমেরিকাগী প্রসিদেণ্ট অব্রাহম লিনকোন্ ছায়না ফাওখিবগুম, পৃথিবীগী মমুংদা খ্বায়দগী হেন্না পাক চাউরবা গণতন্ত্রিক ভারতকী প্রধান মন্ত্রি অমা ওইনা ফাওখিরম্মী।

ইংশোক ১৯০৪গী ওক্টোবর তা ২দা, উত্তর প্রদেশকি মমুংদা লৈবা কাশিংগী মনাক্তা.হিন্দুশিংগী অফাওবা তীর্থ মফম মগোলশিরায় ছায়বা অদুদা শ্রীলাল বহাধুর শাস্ত্রী পোকখি। শ্রীশরদপ্রসাদ অমসুং শ্রীমতি রামদুলারী দেবীনা মাগী পম্বো অমসুং পলেমনি।

মাবু পোকপা পম্বৌদি য়াম্না লায়রবা অমসুং তলব খজিক্কা পিবা স্কুল অমগী ওঝা ওইরম্মী। মতুং থর' লৈরগা এলাহবাদকি বেভিনিয়ু অফিসকী কেরানী ওইনা অমুক থবক তৌরম্মী। মহাক্কী মমা ইবেম্মা রামদুলারীদি মাগী মরমচে মতৌ ফজবা অমসুং লায়নিংবদা অফাওবী অমা ওইরম্মী।

ফজবা খুদিংমক ইমান্ মাগী হায়বগুম্, মাগী লুচিংবা মহাত্মা গান্ধীসু ওক্তোবর তাং ২দা পোকলম্মী। মহাক্না যায়া নহা ওইজরবসু হায়না তান্নবগুম্ন, তোঙান তোঙানবা অচুম্বগী ফজরবা লম্বী ২ খমত্রাংননা, ভারত বাসিশিংগী মফমদতা নত্তনা পৃথিবী পুম্নমক্কী মমাংদা, ব্রাং চাউনা অমসুং পাক্না থাডুনা থম্বিরমলে।

অঙাং ওইবিউ মতমদা মহাকপু ননহে হায়না খংনরম্মী। মতম অসিদা মংগুম্বা থোদোকশিং অঙক অঙকপা, মাগী মপুন্সি অসি খংহোং হোংবা য়াবা ঙাক্না থোকলম্মী। মগাম্বা থা মরি মঙাদা ঙাহরিউ মতমদা, মমানা মাবু এলাহবাদকী সঙ্গমদা, কুম্ভমেলা মুমিত্তা লুপপুনবা পুবম্মী। ধর্ম্মগী অচৌবা মুমিৎ ওইবনা অঙকপা ফংনা সঙ্গমদা ইরুপা লাক্লম্মী। ময়াম অতুনা করক করক ইন্নরা তোর্ব্বান্দগী কুমথনরক্লনা, ভুরেম্বা লুপনরকপদা অমগা অমগা ইন্নবদগী থা মরি মঙাদা ঙাহরিবা অঙাং অসি মমাগী মথাদা কোনবদগী ন খ্তুনা ভুবেনগী ইশিং দা তাখিরম্মী। অঙকপাদি অঙাং অসি যণশেনবা অমগী থুমোক মনুংদা যাওরক্লনা ময়ুমদা পুখিরম্মী। অহিং অতু যণশেনবা অতুগী ইমুং মনুং ময়াম অতুনা, অতুগুম্বা তায়বং শেম্বা মপুনা পিরকপা লায়গী ওইবা থুমোল,

চুপামচা অদুবু ফংবদুদ তায়নিংঙায় লৈতন হৱাওদুনা তুম্বদনা, হৱাও কৈম্মে তৌদুনা মতম্ লেম্বরম্মী। মখোয়না অঙাং অদুবু মখোয়গী শাগৈগী লাইনা খুদোল ওইনা পীরকপগুম লৌনরম্মী। অদুবু মখোয়গী হৱাওবদু মতম কুইবা য়াখিত্রে। মমা ইবেম্মা শ্রীমতি রামদুলারী দেবীনা পোথাবা লৈতনা অমস্তুং অকিবগী মশক ফংনা থিরকপদগী মমৈথংদা পুলিশকী মতেংদগী ষণশেলবগী খাংপোক্তগী অঙাং অদুবু অমুক হন্না ফংজরম্মী। মতৌ অস্তম্না ননহেবু মমানা, মাংঙ্রব মণিবু ফিজিদা অমুক চেজেং কিশিনবগুম মথাদ, চেজেং অমুক হন্না কোনশিনজরম্মী। মহোশানা থিনতা ঙাংনরিবা পুলিশশিংবুস্তু, মাংগ্রগদবা মখোয়গী তুংগী প্রধান মন্ত্রীবু য়াম্না হৱাওন্নুংঙায়বগা লোয়ননা ফংহনবা অদুদা মখোয়গী থাগৎনফম্ মতেক অমতং মতাং অসিদা ফংজখি। মীওইবগী মরাইবক্তা তমগ্রবদা ওইথোক্তবা পুন্নমক লায়না মায়য়োক্লদুনা ওইথোক-খিবা ঙাক্তনি। শামু ময়ানা থিন্দোরক্লবদা মঙ্গে থেঙ্গুনা য়ৈশিনবা ঙমদে হায়বগুম্বনি। অদুগা Carlyle না হায়রম্বা "There is many a slip between the cup and the lip." অসিমস্তু চুমদবদি নত্তে।

মতম অসিদা লায়রবা ভারতবাসি, নোংমগী মন্নুংদা মৈথু অনিরক খুণবা হোৎনবগী লানফমদা অকনবা মথৌ অমা ওইরিবা ইমুং মন্নুংগী অরাবদি অমুক লিদুনা অমস্তুং হায়দুনা লোয়বা ঙম্বা নত্তে। "অরাবদি হৌনদুনা লাকই।" অসিগুম্বা অরাবগী শরুক কম্না য়ারিবা শরদপ্রসাদগী ইমুং অসিদা থ্বায়দগী হেন্না

য়াবদি, পুন্নমক অসিবু মায়য়োক্লরম্বা শরদ প্রসাদন ইখং খংহৌদনা করিগুম্বা অমত্তসু থনমদনা, শিখিরম্মী। মতম অসিদা ননহেদি চহি অমা মথায়তা হায়বদি থা তন্নানিপালভা ভায়হৌরি। মাগী মমানা চহি কুনতা মশুরি, অদুবু মচানুপী অনিগা অমসুং মচানুপা অসিগা লোয়ননা মগোলশিরায়দা, মাগী মপাম মপাগী মনাক্তা হল্লক্লম্মী। অসুম্না মমা পোকপা মপুবোক হজারিলাল-না হুমিৎ অদুদগী হৌনা মপাশক্লা নাওকোনবা হৌখি। হজারি-লালগী ইমুং মনুংদি মীশিং য়াম্না য়ামলম্মী অদুবু মশুশিং পুন্নমক অদুগী মরক্তগী ননহেনবুনা থরা চেকশিন্না য়েংবিরম্মী। মহাকপু য়ামনা লুনা অমসুং নুংশিনা তৌরম্মী। মপুবোক্কী থোয়দোক হেন্দোক্লা নুংশিবিবা অমসুং লুনা তৌবিবা অদুনা মপা লৈত্রবা অঙাং অসিগী নুংঙায়জবদা নত্তনা মপাঙ্গল হাপ্লিবসু ওইরম্মী।

ননহেনা মতৌ অসুম্না মাগী মপুবোক অসিগা, মানা ক্লাস VI (সিক্স) পাস তৌবা ফাওবা লৈমিন্নরম্মী। মতম অসিদা মহাক চহি তরা শুরে। হায়স্কুলদা তম্নবগীদমক্তা মহাক্লা মাগী মাম্মা, মমাগা পোকমিন্নবা রঘুনাথ প্রসাদ, বেনারস ম্যুনিসিপালিটিগী হেড কেরানী ওইরিবা অদুগী মনাক্তা চৎখিরম্মী। মাগী মাম্মা অসিদি মরমচৎ মতৌ য়াম্না ফজবা অমসুং জ্ঞান য়াম্না লৈবা অমা ওইবনা লালবহাদুর অসি মানা হায়বা অদুতা তৌবা তারম্মী। মকম অদুদা মাবু মাগী মাম্মা অদুনা "হরিশ্চন্দ্র হায়স্কুল"দা মমিং

চনশিনবিরম্মী। হুমিৎ অসিদগী মাগী মপুন্সিগী অরাবা অমস্তং চেংকশিনবগী শরুক হৌরম্মী। মাগী অরাবা অমস্তং অনংবদি অসিনি হায়রদুনা পান্দমনিঙায় লৈত্রে, মহাক্না থা অমদা লুপা অনি মথারহনা ( fifty cents-Rs 50 ) চাবা থকপা পুম্নমক কোম্রনবা শিনবা ভারম্মী। মহাক্না থা কয়া অমা নোংমদা চরা অমত্তা চাদ্রনা লেল্লম্মী। চরা অমা অদুস্থ অয়াম্বা মতমদা মবুক থম্না অমুক্তা চাবা ফংজরমদে। মরম অদুনা নোরবা অঙাং অমনা চ'বদা মতিক চারবা চিঙ্গাকশিং অদু মাগী মরাইবক্তদি তমখিদ্রে। মতম্ অসিগী অবাবা অমস্তং থম্মোয় শোক্লবা রাম্নিশিং অসি মহাক্না কনাগী মফমদস্থ লিথোক্লমদে অমস্তং করিগুম্বা মওং অমা ওইনা মানা ইস্থ ইরমদে। মতম্ অসিবু মানা, পুন্সিগী তত্তন। কোংলিবা খোংচৎকী অকনবা ইরৈ অমনি হায়না লৌদুনা, মপুক্লিং য়াম্না তপনা অমস্তং ইংনা, মফি মরোল অমতগা অমস্তং চাক চরা অমতংগনা কনাদস্থ করিগুম্বা অরা শুংঙায়তবগী ইঙ্গিৎ মচেৎ অমা ফাওবা ঙংঙক্ননা লেল্লম্মী। অয়াম্বা মতমদা মানা স্কুল চৎপদা গঙ্গা তুরেল লা'মবা খেল্লাগী পৈশা পিনিংঙায়স্থ মাগী লৈজরমদে। মসিগী মরমদা মাগী য়াম্না শুংশিরবা বারী অমা ময়াম্না ঙাংনরিবদুনি। নোংমা মানা মাগী লাইরিকশিং অদু মনম্গন্দা পুনশিল্লগা গঙ্গা তুরেনবু ইরোয়দুনা বাংমা লানথি। মসি তশেংনা অচুম্বনি—নোংমা মানা স্কুল কারকপদা খেল্লাগী পৈশা পিনিংঙাই লৈতদুনা মাইল মথায় অমা পাক্লবা গঙ্গা তুরেনবু ইরোয়দুনা লাল্লম্মী। থোদোক অসি তশেংনা স্কুল কারকপদনি, কুমলকপদা নত্তে। অদুগা শ্রীশাস্ত্রীজী মশামক্না

হায়রম্বা অমনা, নোংমা অমুক মানা মাগী মমামবশিং থরগা লোয়ননা গঙ্গা রাংমদা তৌরিবা মেলা অদু য়েংনবগীদমক্তা মখোয় গঙ্গা রাংমা লান্দুনা চৎলম্মী। মহাক্না সু মৎ চুপ্পা অদুমা মাগী মমামবশিং অদুগা লোয়ননা কুম্মৈ অদু য়েংদুনা লৈথোক্লম্মী। সুংথিল সুমিদাংরাইরম য়ৌরক্লবা মতম্ অদুদদি মহৈ মহৈ হয়নবগী থৌরাং তৌনরক্লে, অদুবু মাগীদি খেরাগী পৈশা পিনিংঙ'য় অমতা মশাদা য়াওরমদে। অদুম ওইনমক মানা মাগী মমামবশিং অদুগী মফমদা মাগীদি খেরা লানবদা পিনবা পৈশা য়াওদে হায়দুনা মখোয়বু অমুক মপুক্লিংদা সুংঙাইতবা পোকহনবা অদু পামলমদে মরম অদুনা মানা মাগী মনামবশিং অদুবু হান্না চৎহনখিরম্মী। মাদি রাংমা সোমদা লৈহৌরে। মানা থনজখি মচুদি কনাগুম্ব ইনাক কৈরাক থুনবা নত্রগা মবুকচেল চাউবশিংনা মাগী ফিভম অদু থ.বীদুনা মাবু গঙ্গা রাংমা লাম্ছোকপদা য়াওহনবিগনি কায়ন অদুবু মানা নিংজবদুগী ওয়তৈনবদা থোক্লে — কনা অমতনসু হায়বিরমত্রে। মশা মশাগীদা য়েংদুনা থুনা রাংমা লাম্নবদা তৌনখ্রে — মাবুদি কনানসু উবিখিত্রে। মমৈথংদদি মানা তায়বং শেম্বা মপুগী মফমদা য়াম্না থাজবগা লোয়ননা থুরম্মগা, মাগী পিক্লবা মপাম্বোম অনি অদুগী মতেং লৌদুনা গঙ্গাদা চোংথরগা মিনিট নিফুমঙা (৪৫) চংনা রাংমা লালম্মী। মশামক্না অসুম্না হায়রী তৌরম্মী "মহাক্না গঙ্গাদা চোংথবদু ভশেংনা মমলবা মতমদনি অয়াম্বনা মাগী মতৌ অদুদা ঙক্লরম্মী। মী থরা হিদা তোংদুনা গঙ্গা রাংমা লাললিবশিং অদুনা অসুম্না লাওনরকই, — য়েংঙ.

য়েংঙু, অঙাং অসি মহাক মতোম্মতা ইরোয়রী।" অসিগুম্বা ভোদবা য়াত্রবা অরাবগী চাংয়েংশিং অমসুং লায়রবা অনংবশিংগী থুদক্তা মতেং কংদবগী অরাবা মৈচাকশিং অসিনা, অঙাং ওই-রিবা মাগী নৌরবা থম্মোয় অদুদা ওমদুনা চাকখি।

লাল বহাদুরনা মপানগী মশায়শিং হোকি ফুৎবোলনচিংববুসু য়াম্না পামলম্মী। মহাক্না মুংখিল হুংদাংবাইরম খুদিংদা মাম্মশিং অমসুং মথুরাশিংনা হোকি ফুৎবোলনচিংবা শায়বা অদু হেক হেক য়াওরম্মী। মখোয়না ফুৎবোল নত্রগা হোকিস্তিক ভরেংবম অদুবুদি কাওদুনা নত্রগা পায়দুনা শায়বদি ওম্লমদে। ফুৎবোল শায়বা তায়বদি মখোয়না খজুর পাম্বীগী দৈশিং অদুগা ফিজেৎ ফিগায়গনা ভারগ ফুৎবোল ওইঁনা শায়রম্মী। হোকি শানবা মতমদ মখোয় মখোয়না উশিংগী উশাশিং কক্লগা মখোয় মখোয়না অপাম্বা কাংজৈগী মওং শেম্মগা মদু পায়দুনা শায়রম্মী। অদুবু, শায়-রকপা মতমদদি ভশেংনা ফুৎবোল অমসুং হোকি শায়বগুমনা থরাই য়াম্না য়াওনা অমসুং নিয়ম চুম্না শায়রম্মী। মাগী মপুন্সি চুপ্পদসু শায়বদা মথরাই য়াম্না য়াওখি। মহাক ইরোইবা, তেবল টেনিস অমসুং বেৎমিন্টন য়.ম্না নিংথিনা হৈরম্মী। মহাক্না বেৎ মিণ্টন্দদি শ্রীনেহরুবু থোয়বা ঙম্না নিংথিনা হৈরম্মী।

ছাত্র অমা ওইনা মহাক য়াম্না ইংঙি, তপ্পী অমসুং থবক য়াম্না নোমলম্মী। মহাকপু মাগী ওঝাশিংনা য়াম্না লুনা অমসুং পাম্না ভোরম্মী। মহাক্না মতম নৈবা খিবিক্তা মাগা তঙ্গিমরিবা

মমাল্লবশিংগা য়াম্না লূনা অমসুং চান্নবা তিংরম্মী। মহাক ইংলিস অমসুং ইতিহাস য়াম্না ফৈ, অদুবু অঙ্কদি য়াম্না শোয়রম্মী। অদুম ওইনমক মানা আলজিব্রা অমসুং জ্যামিত্রিবু কন্না হোৎনদুন মাগী অঙ্ক অশোনবা অদুবু মেনথৎলম্মী। মহাক্না ক্লাস IV (ফোর) দা তমলিঙৈদা মহাকপু ক্লাস অদুগী থ্ব'য়দগী হেন্না অকবা অঙাং অমনি হায়না মথোয়গী ওঝাশিংনা হায়নরম্মী। মতম অসি লালবহাদুরগী থ্বায়দগী হেন্না চাওথোকনিঙাই ওইবা মতমনি, মরমদি লায়রবগী কনগ্রবা লানথেং মরক অদুদা মহাক্না মতৌ করম্না মহৈবু হোৎনবগে হায়বদুগী নি থিজরবা খুদম্ অমনি। মহাক্না মতম চুপ্পদা সংস্কৃত শ্লোক অমা মানা তাখিবদু থক কাও রমদে, মদুদি —"মহৈ হায়বা লল অদুদি হুরানবনা হুবস্থ ঙমদে নিংথৌনা নমদুনা মুনখিবস্থ ঙমদে। মাবু (মহৈবু), ইচিল ইনাওশিংগ লায়গুরুশিংনা থম্বিরম্বা লংগুম্না, যেম্নবস্থ য়াদে। নংনা অদুক্কী মতিক মীঙোন্দা পিথোক্লগা অদুক্কী মতিক নঙোন্দা চাওথৎকনি। মরম অদুনা, লল হায়দুনা লৈরবা খুদিংমক্কী মহৈ ললনা থ্বায়দগী অথোয়বনি। নিংথৌদি মরৈবাক্কদা পুক্তা তৌনবনি, মহৈ হৈবা মীবুদি মফম্ পুম্নমক্তা পুক্তা তৌনৈ।"[৮]

মাগী অঙাং ৎইরিঙৈগী পুন্সিদা ওস্থোক ওস্থোকপা অঙকপা থৌদোক য়াম্না থোকখি, থৌদোকশিং অদুমক্কদগী ফংলকপা মহৈশিং কয়া অদুনা মাগী মরমচৎ অদু শেমখিবনি। থাংনা কনবগা লোয়নবনা মানা মায়ে রখিবা অদুমক্তনা মাগী থ্বাইদগী হেন্না কজবা লমচৎ অদু শেমখি। নোংমা মানা মাগী মরূপ মপাংশিংনা

হায়বা লৈদুনা ময়ামগী ওইবা লৈকোল (Public garden) অমদা চংলম্মী। লৈকোল মসুং অদু হেক চংবদা মাংগী মমাংগী শিং অদুদি করামা উপাম্বী কারগা উচেকশিং অদু চাবা য়াওরম্মী অমসুং করামা লৈশিং অদু হুনা শানবা য়াওরম্মী। তোইংনবসুং লালবহাদুরদি লৈকোল অদুগী মচুবশিং অদু যেং যেংদুনা মথং মথং লৈকোলগী মফম খুদিংমক কোইরম্মী। মরাম্বকখিবদগী লৈকোল অদুগী মালি অদুনা মহুম অদুদা লাক্লম্মী। অদুগা শিং অতৈ অদুদি নোংথাং পায়রগুম্না, চেং খিরম্মী। মরাল লৈফত্রব নংহৌনা, মথাম অদুগী মথক্ত হেংদবা অশাওবগী মৈ অদু যংলম্মী। মহাক্না মাগী অদুম্না মরাল লৈফদবত্রু হায়দুনা মবু হাকপিনবা হায়জবদা নত্তনা মদি য়াম্না লাইরবা অমসুং মপা লৈজবা মচানি অদুম্না য়াম্না তাথি-তাওইনা তোবিগম্ম কায়না হায়জরম্মী। অদুবু অকল ওইরবা শিংলবা মালি অদুনা নংথাকপগুম্না লাংদুনা হায়বকই, "অমা অমবু ওইবরস্থু হে অচৌং নংনা নরমচং চুম্না, অমসুং যজনা চংবদরনু।" অসিগুম্বা মুংশিব মিচৈ অদুনা অচৌং ওইরিবা মাগী নেরবা থম্মোয়দা হমচারখি। মতুং অসিদগী মাবু করা অমত্তনা "নরমচং চুম্না ফজনা চংলু" হায়বা ৱাহৈশিং অসি অমুক কন্না হায়হন্দনবা থবক খুদিংমক নিংথিনা তৌবা হৌগ। মহাক্না মপুক্রিংদসু মহাক্না থায়দগী হেন্না লমচং ফজবা অমা ওইগে হায়না লেপখি, অমসুং ময়ামগী নত্রগা করাগুম্বগী ইথিল্লা অমুক হন্না য়াদুনা মীরা তৌবা থবক অমত্তা তৌংরোয় হায়নসু থনখি। মতুং অসিদগী দি কবি wotton না হায়রম্বা—

"His armour was his honest thought, And Simple truth his highest skill. .... .... .... .... His life he had from rumours freed. His conscience was his strong retreat."

অসিগুম্না মানা মাগী মপুন্সিগী অরোয়বা মতম্ ফাওবা চৎখি। Swami Vivekananda না মাগী Education দা ইরম্না "Character is repeated habits and repeated habits alone can reform character." (Education Chapter III, pages 18. 8.) অসি কয়াদা চুমগ্রবা মথংদা Swamijiনা অস্তম্স্ত ইরি, "I have committed many mistakes in my life. But mark you, without those mistakes I shall not be what I am to day. I do not mean that you are to go home and wilfully commit mistakes, do not misunderstand me in that way. But do not mope because of the mistakes you have Committed." (Education chapter III, page 19,9) 1 পুম্নমক অসিগী চপ চাবা পান্দমনফম্ অদু পিক্লবা ননহেনা ওইবতনি। অচৌ অচৌবা কয়াগী রাখলনা য়োনা থল্লুরবা মতুংদা রানা ফংলকপা অচুম্বা পরিংশিং অদুগী খুদম ওইনবা হায়দুনা মাবু লায়না থারকপনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লরোয়—মাগী ওইনা অদুম ফংলমলবনি।

৺অশাবু মশানা শেমজরবা মীনা লায় ওই। মরম অদুনা মীওইবগী মপোক্তি অতাংবনি। জগৎ সংসার পুম্নমকপু শেম্না

ব্রহ্মা মশামক্লা মী ওইনা অমুক্তা পোকচগে হায়দুনা তপ তৌবদা পোকপা ফংদে হায়না হায়নৈ। কয়াদা রাংনা থাঙৎলমগ্রবা মী ওইবগী মপোকনো। অদুবু উচেক্কী জাস্ত্রা পোক্লবা কাংঙদি ইশিংগা শঙ্গোমগা য়াম্নরগা পিথকপদা ইশিংগী শরুক লোয়না থনম্মগা সঙ্গোমগী শরুক্কমক থকখিবা ঙমই, মী ওইবা এবোয়দি ঙমদে। মসিস্তু ইরায় ল'য়না অঙকপা অমনি।

# ৩

## নীংতমবগী লান্দা

রারক্তা, শম্বল ময়াদা হৌবা
থাবল লৈ,
থেংল থেংলগ অহিংনা,
থোয়না হেন্না মনম কুংশিবা লৈ
পুষ্প্রি মপালদা য়েনখাদা হৌবা,
চিনিচম্পা লৈরাং,
লায়ক ইথৌ কাল লাংলগা
থোয়না হেন্না মনম্ কুশিবা লৈ,
মপু মাগী খুংশেমদা, করম্বা
য়াওবগে পাওতাক নওবা ?

হরিশ্চন্দ্র হ হুড়ুক্কদা লাংঙিক তম্বা মতম্ অসিদা লালনকাঙুর য়াম্না কন্না মরৈবাক্কী দমক্তা খনবা ওঙ্গা অমগা মরি নিংথিনা লৈনরম্মী। মবুক্কচেল চাউরবা ওঙ্গাসিনা কুমিং পুদিংগী মাগী হৌফম থোকপা মথৌ অদু হৌরগা কুমিং য়ুংবা মতু দা পুংথাফমুক মাগী ছাত্রশিংগী মফমদা ইতিহাসতা য়াওবা অচৌ অচৌবশিংগী হ রিশিং ১হুং ছায়রবাসিংশিংনা মনিংমথা তম্বগী অকনবা লানফম থেংনরিব

অসিগী মরমদা য়াম্না নিংথিনা পাওতাক হেক হেক পিরম্মী। মহাক্না মাগী ছাত্রশিং অসিগী মফমদা, ভারতনা মনিং-মথা তম্বা লৈবাক অমা ওইরবা মতমদা প্রজাশিংনা অপাম্বা মতুং ইন্না মরৈবাকপু শেমজবা, লায়রবা অমসুং মহৈ হৈতবশিংবু লোয়না মহৈ হৈহন্দুনা অমসুং ইনাক কৈরাক খুলহন্দুনা মুংঙায়না লৈমি-রবগী মঙাল অহুবু উত্তনা ঙাংলম্মী। মহাক্না, ফাওরবা ভারত বাশি কয়া কয়া বালগঙ্গধরতিলক, গোখলে অমসুং মহাত্মা-গান্ধীনচিংবনা মথোয় মগোয়গী ফম্ অমসুং মবল মথুম্ পুন্নমক থাদোক্লুনা, ভারতনা সাহেবশিংগী মিনায় ওইরিবা অসিদগী কোক্লনবা হোংনরিবা অদুগী মরমদা য়াম্না নিংথিনা, মথোয়দা রারি তৌবিরম্মী। অসিগুম্বা মাগী মমল য়াম্রবা অমসুং থম্মোয শেংলবা পাওত্তাকশিং অদুনা অঙাং ওইরিবা ছাত্রশিং অদুগী থম্মোয়দা "অচুম্ববু পাংবতা নত্তনা মরৈবাকপু থম্মোয় শেংনা মুংশিবা অমসুং মমা লৈবাক্না মনি-মথা তম্নবগীদমক্তা থরায় হকচাং য়াওনা কন্না থবক তৌগে" অসুম হায়না য়াম্না খোয়াং হনবা অমা পোকহনখি।

লাল বহাদুরনা লাইরিক য়াম্না পাংরম্মী। মহাক্না লায়রিক পাবসু য়াম্না পামলম্মী। মহাক্না আইরিস অমসুং রুশিয়ান রি-ভোলুসনগী মরমদা ইবা রারিশিং অদু পাবদা য়াম্না মথরায় য়াও-রম্মী। মহাক্না মাগী মতমদা ফাওথিবা ভারতগী রাজনীতিগী লুচিংবশিং বালগঙ্গাধর তিলক, গোপাল কৃষ্ণ গোখলে অমসুং সুরেন্দ্রনাথ বেনার্জিনচিংবগী রাঙাংশিং তারগা অমসুং মথোয়গী

থবকশিং অদু উরগা য়াম্ন পেনবত্তা নত্তনা মপুক্লিংদা অকনবা ইথিন অমম্ভ ফাওরম্মী। মখোয়শিং অদুনা মাগী মপুন্সিগী থ্বায়দগী হেন্না মমল য়াম্লবা ফিদম ওইখিরম্মী। ভারতনা মনিংমথা তম্ন-বগী হৌরক্লিবা ইথক ইপোম অদুদা মহাক মশামক তাওরম্মী। অস্তম্না হায়ননা অগা লৈ„ মতম অমদা তিলক্না বেন রসদা sp-eech অমা পিবা লাকপদা, লাল বহাদুরদি বেনারসতগী মাইল ৫০মুক লাপনা লৈরম্মী। মহাক্না বেনারস তাম্না চৎনবগী থরচ অমত্তা মাগী লৈরমদে, অদুবু মহাক্না খরচ অদু মীভোন্দগী পুরগা, তিলক্না ভারতবাশিশিংগী মফমদা ভারতনা মনিং মথা তম্না ফংন-নবগীদমক্তা মখোয় মখোয়গী লৈজবা পুম্নমক কৎথোক্কুনা শরুক য়ারুনবা থম্মোয় শোক্না হায়জবা অদুবু, তারুনদা চৎলম্মী। অদুগা তৌবতদি, মাগী নোংবা থম্মোয়দা থাংগৎমবদা কল্লবা নোং-লৈ মুংশিৎনা ফুবদি, ভারতবাসি জাতি থুদিংমক্তী মপা, মহাত্মা গান্ধীজীগী মফমদগী ওইরম্মী। ইংশোক ১৯২০ দা, মহাত্মা গান্ধীনা অসহ-যোগ আন্দোলোন (Non Co-Operation Movement) হৌরকপা মতমদা লাল বহাদুরদি হরিশ্চন্দ্র হায় স্কুলদা মেট্রিক কুলেসন ক্লাসদা তমলম্মী। চহিগী পারিক্ষা থা অহুমলোমদা ঙ'ইরম্মী। গান্ধীজীনা ভারতনা মনিং মথা তম্নবগীদমক্তা চৎথর-ক্লিবা আন্দোলোন অসিদা মুপা মুপি, অহল লমন অমম্ভং ছাত্র ছাত্রিশিং থাক্তনা য়াওবিনবা নত্রগা মতেং পিনবা হায়জরকপা বাহৈশিং অদুবু মহাক্না মপুক্লিং চংনা তারম্মী। মহাক্তী নোংবা থম্মোয়দা বাপুজীগী বীনাগী খোম্হাংনা তমজনবগী মশক ওইরবা

খোল্লাওনা ফৃবদা মম্ত্রনা শুমকৎপগুম ঙাওরম্মী। মহাক্কা নত্তনা ছাত্রশিং অইত্ত অইৃস্ত ঙাওরম্মী। মহাত্মাজীগী থম্মোয়তগী ওইবা মিকৌদা, পিক্লবা লালবহাদুরগী নৌনা থোৎলবা থম্মোয়না খুমদবা ঙমখিদ্রে। মহাত্মাজীগী মফমদা মশামক, ভারতনা নিংতম্বগীদমক্তা খেংনরিবা ল'ল অদিদা মাবু শিজিন্ননিংবা মওংদা শিজিন্নবিয়ু হায়-দুনা থম্মোয়গা থম্মোয়গা শিন্নগিবা মতম অসিদা, মাদি চহি তরা-তরুকতমক (১৬) ঙায়রম্মী। /

মাগী ইমুং মনু-দি অরাবদা তারম্মী। অস্তম্না থোক্কনি হায়বসি মখোয়না স্তকথা থাক্করমদবনি। মখোয়না অমস্তং মাগী মরূপ মপাং শিংনা মাবু য়াওদনব। হায়দুনা মখোয়না হেক ঙমজবমখৈ থেমলম্মী। থরনা অস্তম্না মাবু তক্করম্মী, মহুদি মানা মরৈবাক্কাদমক তৌফমখো-কপ'ন হায়না থন্দুনা তৌ:গ নিংলবস্ত মাগী তমফম থোকপা মহৈ অদু মপুং ফানা তম্বা লোয়রগা তোবা কৈ হায়না। তৌইশুম্বস্তং মাগী মপুক্লিংদি লেপ্তুনা লোয়ত্রে। মহাক মশানা, মানা থনজরি-বসিনা থ্বাইদগী অচুম্বনি অমস্তং অফবনি হায়না লৌজরম্মী। অস্তম্না হাথনৈ, মানা চৎলমদায়দা মাগী ক্লাসদা তম্মিন্নরিবা মরূপ মপাংশিংগী মফমদা য়াম্না তেল্লবা থাম্নন-বাহৈ থরা ঙাংলম্মী অমস্তং বাহৈশিং অদুনা মখোযগী থম্মোয়দা অস্তক্কী মতিক য়োংচাবীনা য়োৎপু চিংশিনবগুম চিংশিনখ্রে, মহুদি মখোয় থরদি নিংতম্বগী লানফম অসিদা মাগী মতুং ইন্দনা চৎলসি হায়না মখোয়না লেপ্ন-রম্মী। মুমিৎ অসিদগী হৌনা মহাত্মাজীগী মঙলগী শরূক থরা

অঙাং ওইরিবা লালবহাদুরগী থম্মোয়দা ঙানবা হৌখ্রে। আন্দোলোন অদুদা মানা ভোলুন্টিয়ারগী ৱার্কর অমা ওইনা য়াওরুবদগী মাবু ফাখিরম্মী। অদুবু, মানা নহা ওইরিবা ছাত্র অমা ওইবদগী, মতম খরগী মতুংদা, পাওতাক ৱারক কয়া পিরগা মাবু থাদোক্লম্মী। অদুম ওইনমক মহাক্না স্কুলদা অমুক হনজিনখিগ্রে। মমা নৈবাক সেবা তৌবনা ম'গী লেংদ্রবা পুক্নিং ওইখ্রে। মহাক্না কবিগুম্না মগুং অমত্তনা মাগী নিংলিবা অদু থুগায়বা পামলমদে। মহাক্না "লোক সেবক মণ্ডল" কৌবা ময়ামগী ওইবা ইন্সটিটুসন অমদা মমিং চল্লম্মী। ইংশোক ১৯২১ দদি মহাক্না কাশি বিদ্যাপিঠ কৌবা ল্যাইরিক তমফমশং, মরৈবাক নিংবা লুচিংবা কয়ানা লিংখৎপা অনিদা মমিং অমুক চল্লম্মী। মতাং অসিনা মাগী মপুন্সিগী থায়দগী হেন্না মরু ওইবা মতম অমা ওইরম্মী। মহাত্মাজীস্থ মতম অসিদা য়াম্না মপুক্নিং খোয়রাংবগা লোয়ননা, মহৈ মশিং হৈবশিং কয়াগা তান্নদুনা, ইরৈবাক্কী ওইবা লাইরিক মতম্না কাশি বিদ্যপিঠগুম্না লাইরিক তমফমশং কযামুক লিংখৎকে নীংদম্মী। মরমদি ছাত্র ছাত্রিশিং ময়াম অসহ যোগ আন্দোলোন্দা য়াওনবা কৌথোকখিবা অমসুং বৃটিশগী স্কুলশিং অসিদা ভারতগী অঙাংশিংনা তমদনবা মানা ময়ামদা হায়জখিবা অদুগী মহৎশিনজিনবদা থুদোং চাননবগী দমক্কনি। লালবহাদুরনা বিদ্যাপিঠ অসিগী ইহান হান্না মমিং চনবা ছাত্র অমা ওইরম্মী। কলেজ অসিগী থাইদগী মকোক ওইবা মীশক্তি মহৈ হৈবদা ফাওরবা অমসুং ফিলোসোফর অমস্ন ওইরবা ডাক্তর ভগবান দাসনা ওইরম্মী। মাগী মগাদা মতম অদুগী মরৈ-

বাক নীংবদা ফাওরবা অমসুং মহৈ মশিং হৈবদা শিংথানরবা অচার্য জে, বি, কৃপালিনি, শ্রীপ্রকাসা, অচার্য্য নরেন্দ্র দেব অমসুং ডাক্তর শম পুর্নানন্দন চংবা কয় না হিংরাই ওইদুনা লৈরম্মী। মখোয়শিং অসদি মহাত্মাজীগী ভারতনা মনিংমথা তম্নবগীদমক্তা শোক্লবা অহিংসানিতিগী অকনবা লানফম অসিদা, মখোয়গী লৈজবা পুম্নমক থরায় হকচাং য়াওনা কৎথোক্লবা মীশক ওাক্তনি।

অসিগুম্বা জাতিগী ওইবা মনিংমথা তম্নবা কলেজ অসিদা য়োকখৎলকপা ঐখোয়গী লুচিংবা লালবহাদুরনি। য়াম্না হৈনিং-তমনিংবগা লোয়নননা মহাক্না ইতিহাস, ফিলোসোফি, অমসুং ইং-লিস তম্লম্মী। ইতিহাস তম্বদগী মানা মবুকচেল চাউবা অমসুং মাগী মগী জাতিগী মনিংমথা তম্ববু ওাক্লবগী লাম্বেংনবা অমসুং অমগা অমগা ইংনা, সুংশিননা লৈমিন্নবগী থাজববু ফংলম্মী। ফিলো-সোফি তম্বদগী মানা রাথল খনবা, মরম চুম্না ওাংনদুনা মীবু য়াহনবা করিগুম্বা মরম অমগী মরি মখোং মুন্না থিবা, তোথায় তোথায় তান্নথ্রবা রাথলশিংবু অমতা ওইনা পুনশিনবা অমসুং অচুম অরান-গী মরমদা নিংথিনা খন্দুনা খংবা ঙম্বা অসিনচিংবা হিরম কয়াগী অরাংবা রাথলবু ফংবা ঙম্লম্মী। হিরম খুদিংমক অরায়ববু ওইরবসু অরুববু ওইরবসু রাথল মুম্ন খল্লগা তোবতনা থাইদগী হেন্না অফবনি হায়বসি মাগী মশাগী থায়দগী হেন্না থাজবা অমা ওইখিরম্মী। কলে-জ অসিগী Principal ডাক্তর ভগবান দাস, ফিলোসোফিগী ওঝাবু ওইরিবা, মহাক্না মরাবু মহাক্না য়াম্না থাজনা লৌরম্মী। ডাক্তর ভগবান দাসনা তম্বীবা হিরমশিংগী মসুংদা লালবহাদুরগী মপুক্লিংদা

থাইদগী হেন্না পান্থদি "Samanvaya Vada" হায়বা মতাং, য়েং-নরিবা অনিমক্কী পোৎশক অদুবু মুন্না থিংদুবনি। পোশক অদুবু মুন্না থিদুনা থংনবতা ভৌবা নত্তনা মরম চানা পিদুনা অনিমকপু অমুকস্থু য়ানহনবনি। চিংনবা লৈত্তনা হায়রবদা, লালবহাদুরনা তৌখিবা অচৌবা থবক থুদিংমক্কা মহৈদি "Samanvaya Vada" গী মপান্ননি। Plato না তৌখিবগুম্না, ফিলোসোফর ভগবান দাস-গী নাওয়োক্তা লালবহাদুরস্থু Philosopher Statesman অমা মমৈদা ওইখিরম্মী। মাগী মরম চুন্না থম্বদা য়াম্না পামজবা অমা ওইবদুনা, মহাক্না মাগী মচমগী ভারতকী লুচিংবশিংগী মরক্ত লৈদুনা অমগা অমগা তায়শিন্নবগী থবক অমস্থং অচৌবা ময়ায় লেপ্পগী থবক-শিং তৌবদা লায়না কায়না পাংথোকপা ঙমখ্রিবসিনি।

ফিলোসোফিবু চহি মরি বিদ্যাপিঠ অসিদা তম্নবা মতুংদা, মহাক্না "শাস্ত্রী" গী উপাধিবু ফাস্ট ক্লাসদা ফংলম্মী। শাস্ত্রী হায়বা উপাধি অসি মাগী মপুন্সি চুপ্পা মাগী মমিংগী শরুক অমা ওইনা অদুম লৈখিরম্মী। মমিং অদুমক্কী মতুং ইন্না মাস্থ অদুম ওইরম্মী। মাগী মমিংগী ৱাহৈ থুদিংমক মাগী মশাগা চপ চাই। লাল=মুং-শিবা, বহাদুর=থৌনা ফবা, শাস্ত্রী=মহৈ হৈবা (বিবেকাশালি)।

লৈবাক প্রজাগী থবক্তা :—

মাগী, ধর্ম্মবু কন্না থাজবা অদুনা মরম ওইদুনা মানা থবক থুদিংমক য়াম্না নিংথিনা অমস্থং থরায় য়াওনা তৌরম্মী। উপনিষত্তা ইরম্বশিং অদুবু মহাক্না য়াম্না নিংথিনা লৌরম্মী ; মদুদি :—

"Thou shalt not be negligent of truth
Thou shalt not be negligent of thy duty or dharma
Thou shalt not be negligent of social welfare."

"নংনা অচুম্ববু থোশাদবা তৌরোইদবনি,
নংনা নংগী নথোবু নত্রগা ধর্ম্মবু থোশাদবা তৌরোইদবনি,
নংনা লৈবাক প্রজাগী অফবা থবকপু থোশাদবা তৌরোই-দবনি।"

ইংশোক ১৯২৫ দা মহাত্মা ভারতকী মতম অদুগী ফাওববা লুচিংবা লালা লাজপটরায়গা মরি লৈনবা লৌরম্মী। লাজপটরায়না "Servants of the People Society" গী মকোক অমা ওই-বনা, society অদুগী নহারোলশিং অনৌবা লৌননবগীদমক্তা Kashi Vidyapith অসিদা কোয়রক্লম্মী। লাজপট রায়গী শক্তিনা চিং-শিনখিদুনা মহাত্মা Servents of the People Society অদুদা মমিং চল্লম্মী। মেম্বর অমা ওইনা থবক তৌবদা নত্তনা মাগী মপূ-ন্সিগী শরুক অমা ওইনা Organisation অসিগীদমক্তা হায়না কন্না চাওখৎনবা হোৎনরম্মী। মহাত্মা ফংলিবা থাগী তঙব অদুদগী শরুক খরদি Society অসিদা তত্তনা অ স্নুং চাং নাইনা পিরম্মী। অদুগা থংবদা য়াম্না কুংঙাইগদবা অমদি Society অসিনা লালবহাদুরদা থা খুদংগী লুপা ২৫০০০ (দলার ৩৩ শুম্বা) মানা আফিসদা লৈত্রবসু হেক হেক পিরম্মী।

মতম থরদি লালবহাদুর শাস্ত্রীনা Allahabad দা Servants of the People Society গী মেম্বর অমা ওইনা, এখোয়না য়াম্না তোম্না থম্নরবা হরিজনশিংগী মরক্তা, থবক তৌদুনা লৈরম্মী। খায়দগী হেন্না তোল্লবশিং অসিগীদমক্তা মগাক্তা য়াম্ন' মপুক্রিং চংনা অমসুং নোম্বা কনবগা লোয়ননা থবক তৌরম্মী। মরম অসিনা মহাকপু হরিজনশিংনা য়াম্না নুংশিরম্মী। মহাক্তা হিন্দুশিংগী স্কুলশিংদা হরিজনগী নুপামচাশিং অমসুং নুপিমচাশিংবু লয়রিক তম্বা য়াওহন্নবগীদমক কম্না তরুদুনা য়াহল্লম্মী। যেশুনা হায়রম্বা ;—

"Inasmuch as ye have done it unto one of the least of these my brethren ye have done it unto me." অসিগী মতুং ইন্না চপ চানা মানা থবক তৌরম্মী।

লালবহাদুর শাস্ত্রীনা Society অসিগা মরি লৈনরুবদগী, মাগী মপুন্সিগী ওইনা য়াম্না কল্লবা ইথক অমা মঙোন্দা হৌথিরম্মী। Society অসিগী থবকসু, নুপি নুপাশিংবু মমিং চনশিল্লগা লাইরিক লা য়শু তম্বীদুনা হৈহনবা, ইপানাং ইপুনাংবু খংহনবা, লৈবাক প্রজাগী থবক অমসুং শেনথুমগী মরমদা চেকশিন্না শিজিন্নবা হৈহনবা অমসুং লৈবাক অসিগী রাজনিতিগী মরমদসু চাওখৎনবা তৌবা অসিনি। মেম্বর খুদিংমক্তা মতিক চারবা মতুংদা য়ামত্রবদা চহি ২০ দি society অসিবু সেবা তৌগদবনি। অসুম্না মাগী পুন্সিবু য়াম্না শেংনা অমসুং চম্না লেনবদা হৈনহনখি। মহাক্তা য়াম্না হরাও তয়াম্না অমসুং কেথোক মৌথোক্তা লৈবা পুন্সিবু শোয়দনা থাদোকপা ভাবম্মী।

মহৈরবাক্কী সেবাদা মাংগী অগানবা মাংলো ওইনা লাকখি। মসিদা, মাংগী মশাগী পুই হবা হাথক অমত্তা চংশিল্লোয়দ্রবনি হায়না মানা হায়রা কয়া মপুক্তিংদা লেপখি। অমোবা সেমবনিংনা সেমগৎ-শা-গৎপগী থবক্তা Society না 'শভ্যারকপগী মতু' ইয়া পুক্কিং য়াম্না চংনা ভোক্তনা লৈগদবনি অমস্তুং চহি ১০ দি Candidate অমা ওইনম্ভ লেপলোয়দবনি। লালবাহাদুর শাস্ত্রীদি society অসিগী Principle বু য়াম্না পাংজলম্মী। মহাক্না য়াম্না লোয়না বম্না অমস্তুং পুক্কিং চংনা অমম্না, অমাংবা অমস্তুং থবক্তশিংগী ফিদমশি বুড লম্মী। মহাকপু পুরুষোত্তম দাস টণ্ডোনদা মশিরন্দা মতমদা society অসিগী President ওইরম্মী। অমুম্না President অমা ওইনা মাগী অয়োক্তনা মুখিৎ অড্ ফাওবা society অসিগী সেবা তৌরম্মী। ভগবানগী মহাক অসি গীতাগী হায়বা "নিষ্কাম কর্ম্ম যোগী" "থবক অড্গী মহৈ য়েংদনা থবক তৌবা" অদুগুম্বা মীশক অমনি।

য়ুমপালেব। :—

ইং-শোক ১৯২৭ তা লালবাহাদুরনা মীর্জাপুরগী ললিতা দেবীবু লুহোংলম্মী। চৎনবী মতুং ইন্না মহাক্না অভিন পোৎকী মতাংদা, হায়রেং অমগা খুদনা শাবা শদিগী ফি গজ খরগতমক নত্তনা অতৈ দ অমত্তা লৌরমদে, মরমদি হায়রেং অমস্তুং খাদিগী ফি অদুদি ভারতনা মনিং মখা তম্লগী থোংনবা লাননমদা য়াম্না থাজবগা লোয়নমা শিজিন্নরিবা খুৎশাংয় ওইংনা মানা লৌরম্মনি। মাগী মতমদা

ভারতবু নিংবা লুচিংবশিংনা খাদিবু য়াম্না পাম্না অমসুং থাজবগা 'লোয়ননা শিজিন্নবগুম, মাসু য়াম্না থাজনা শিজিন্নে অমসুং মদুগী- দমক্তা থবকসু য়াম্না কন্না মানা নোমলম্মী। অউন পোৎকী মরম- দা ঙাংনরকপা মতাং অসিদা ময়াম্না মুংঙাইদুনা নোকপদা নত্তনা মাগী মকুবোক ফাওবা খাংবা ঙমদত্তুনা নোকপা অদুদা য়াওখি। মাগী মকুবোক্তা মঙোন্দা অউনপোৎশিং অদু থন্না হেন্না লৌনবা কন্না তক্লরম্মী। অসুম কন্না তক্লরকপা অদুদা শ্রীশাস্ত্রীজীনা খাংবা ঙমদনা শাওরক্তুনা ইরোল্ল লোয়বদা অসুম্না হায়রকই, "ঐগী দি পোৎশক অনিদং অপাম্বা হায়জরিবসিনি। অহুমশুবা ঐগী অপা- ম্বনা নংগী মচান্নুপীগা ঐগা লুহোংবা অসিনি। ঐনা হায়জরিবা অসিদগী হেন্না অমুক তাকপিরবদি, ঐনা নখোয় পুম্নমক্কী মকমদগী লুহোংবা তোক্তুনা চৎখিবা অসিতনি।"

লুহোংবা অসিনা মাগী পুন্সিগী থ্বায়দগী হেন্না মরায়বক ফবা অমা ওইখি, মরমদি শ্রীশাস্ত্রীজীনা ললিতাদেবীবু য়াম্না মশক মতৌ ফজবী অমসুং চংখোনবী অমা ওইনা ফংবতা নত্তনা, ভারতকী ফি- দম্নফম ওইরবী ফাওরবী মুপীশিংগী মতৌগুম্না—লায়বু অমসুং মরা- মপুরোম্নববু নিংবী, মবুকচেল শেংবী অমসুং ইচম চম্বী অমসু ওইর- ম্মী। মহাক্না মচাশিংগী অমসুং নৈবাক প্রজাশীংগী অকনবা মৈচ্রাং মরক অদুনা মাগী লায়নীংবা অমসুং লায় শোনবা অদুবুসু কায়দনবা তৌরম্মী। মানা ইমুং পুম্নমক্কী চাক থোংলম্মী। অদুবু অসুম্না হায়নবা অমা নৈ, মদুদি মানা চাক থোংদরিঙৈগী মমাংদা মানা মুমিৎ থুদিংগী মাগী পুং মরি চংনা লায়খুৎস্বা অদুবু থক কায়দে

হায়না, মহাত্মা ঈশ্বরবু য়াম্না থাজরম্মী। মাগী মপুম্বোয়বগী অরাবা খুদোংথিবা কয়াগী হৌখক হৌপোম অচৌবশিং অদুগী মরক্তা মহাত্মা ঈশ্বরগী ওইবা লেংদ্রবা কুড়া অমগুম্না লেংদনা লৈরম্মী।

শিবা মহাদেববু মানা য়াম্না মথরায় য়াওনা নিংজবগী মরমদা য়াম্না নুংঙাইরবা রারি অমা লৈ। মতুদি চহি ১৭/১৮ শুরকপা, য়াম্না নহা ওইরিবৈগী মতমদা শিব মহাদেবগী মূর্ত্তি অমা মানা খুঙ্গংগী লাযশং অমদগী হুরাল্লম্মী। মানা মূর্ত্তি অদুবু মাগী অরোনবা কাদা নিত্তিগী য়াম্না থাজবগা লোয়ননা পূজা তৌজরম্মী। মতুবু মীনা থংখিদনবগীদমক্তা হাবদুনা মানা মূর্ত্তি অদুবু মাগী কাংথোল মথা অমদা লোত্তুনা থনম্মী। অদুম ওইনমক, খুঙ্গংগী অহল লমনশিং অদুনা মূর্ত্তি অদুবু থিরকপদা মানা লেৎচরিবা কাংথোল মথা অদু ফাওবা য়োরম্মী। অহললমনশিং অদুনস্মু ললিত'না মূর্ত্তি অদুবু নিত্তিগী পূজা তৌই হায়বসি নিংথিনা পাও লৌদুনা থংলম্মী। মরম অদুনা অহলশিং অদুনা নহা ওইরিবী ললিতাবু নুংশিবিরম্মী। মখোয়না ললিতাগী ধর্ম্মবু য়াম্না থাজদুনা মূর্ত্তি অদুবু মরম্মায় ওইনা নিংননবগীদমক্তা লোথোকলম্বা অদুবু থংদুনা, নুংঙায়বা অমা পোকলম্মী। মরম অদুনা মখোয়না মাবু চানবিব। বারক-রাহৈশিং থরা হায়রগা ঙাকপিরম্মী।

শ্রী নেহরুজীগা শম্নবা :—

মতম অদুগী Social Service পুম্নমকী Centre দি শ্রী-

নেহরুজীগী লৈফম, আনন্দ ভবন্দা ওইরম্মী। মসেম অসিদগী, মাগী শ্রী জহরলাল নেহরুজীগা তিন্না-শম্নবগী খুদোং চাবা ফংবদা মরুনা য়াম্না চান্নবা অমসুং নুংশিনবা মরূপ অমা ওইনা লৈবারী সেবাসু তৌমিন্নবা হৌরম্মী। শ্রীশাস্ত্রীজীনা য়াম্না পুক্নিং থম্না অমসুং কংগ্রেসকী থবক্তা যাম্না জ্ঞান লৌবা অমা ওইরম্মী। মথং মথং মহাত্মা গান্ধীজীনা হায়রবা মতুং ইন্না "অচুম্বা মথৌ তৌবা মী" অমা ওইরকবদু ওইরক্লুনা মহাক্না কংগ্রেসকী থবক তৌবা অমগী City Congress গী Secretary অমসুং Allahabad District Congress Committee গী President, মথং মথং ওইরম্মী।

ইংশোক ১৯২৯ গী কংগ্রেসগী Session য়াম্না অরুবদা মহাক্না ইহান হানবা অমা ওইনা য়াওরম্মী। মতম অদুদা মহাক্কী চহি ২৫ দা ওইরম্মী। শ্রীজহরলাল নেহরুনা Indian National Congress দা ভারতনা মপুং ফানা নিংতম্বা লম্বী খনদুনা হায়না লাংথোক্নবগীদমক প্রস্তাব অমা পুথরক্লকপদু চহি অসিদনি। লাল বহাদুরনা প্রস্তাব অসিবু থরায় হকচাং, থাজনা য়াবদা নত্তনা মসিগী মরমদা ইংশোক ১৯৩০ দগীনা ১৯৩৬ ফাওবা Allahabad District Congress Committee দা য়াম্না কন্না থবক লম্মী। মহাক্পু ইংশোক ১৯৩৭ গী British Goverment গী Provincial Autonomy Act গী মতুং ইন্না অহানবা তৌগাদৌরিবা Legislative Assembly গী মীখল থদুগী Candidate অমা ওইনা খল্লম্মী। মাবু Candidate অমা ওইনা থনবগী মরম অমাংদি মহাক্না হরিজনগীদমক্তা নোমখিবা অদুনা মরুনি। মহাক্না মীখল

অদুদা কাদুনা Legislative Assembly অদুগী সেবা তৌরম্মী। মতম অদুদা অসুম্না লায়নখি, মদুদি মহাক্কী লমচত্তি য়াম্না ইংঙি, তপ্পী অমসুং ক˙াগী অনিংবসু থুগায়দে হায়না। অদুগা মহাক্না মতম চুপ্পদা মপুক্লিং শেংনা অমদি মশাগী নোম্বা কনবগা লোয়নননা থবক তৌরম্মী। অদুম ওইনমক মহাক্না নিংতম্বা লানগী রাখল অদুবুদি থক থাদোক্লমদে। মহাক্না লৈবাক্কী ইরাং খুদিংমক্তা য়াও-রম্মী। সাধুতাগী পুকচেল চেন্নবা মহাক্না মাগী রাজনৈতীগী পুন্সিবুসু হোৌনা-লমচৎ কায়দনা অমসুং মশাগী ওইজবা অমতা থিদনা পুথৎ-লকপনা, Servants of the People Society দা লৈমিন্নরিবা মীশিং পুম্নমক্না মাগীদমক্তা মতম চুপ্পদা লেপ্ত না কৈরম্মী। মহাক্না য়াম্না ইংনা অমসুং মপুক্লিং শরেপ্পগা লোয়নননা মরৈবাক্কী নিংতম্বা লানকমদা য়াওরকখি অমসুং মদুগী মহৈনা মহাক মশাগী চহি ৩০ দগী ৪০ থরা হেল্লকপা ফাওবদা জেলদা মথং মথং চহি মপাল চুপ্পা লৈরম্মী। চহি ৩০ শর হেল্লকপগী অদুরায়দা, মানা জেলদা লৈর-ৈভদা মাগী মচাগুপি অমা য়াম্না কন্না নাবগী পাও মানা ফংলম্মী। মানা রাজনীতিগী মরমদা অমুক হন্না শরুক য়াদুনা য়াওররোয় হায়-বা অইবা চে অমা Guarantee ওইনা পিয়ু, অদু ওইরবদি মাবু Parole দা ছুটি পিগে হায়না জেলগী Authority না মতৌন্দা কম্না তক্লম্মী। মহাক্না মদুবু সুকয়া য়াবমদে, মরমদি Guarantee অদুনা নিংতম্বগী আন্দোলোন চৎথরক্লিবা অদুগী Principle দা কায়বদা নত্তনা ইশাগী Commitment মথল অংস্লনি হায়না মানা হংরম্মী। মতুংদা, অনাবা অদুনা য়াম্না কক্শিন্লক্লবা মতম-

দদি জেলার অদুনা মাবু নুমিৎ ১৫ নি ছুটি পীদুনা থাদোক্লম্মী। মরায়বক থিবদ নুমিৎ নিনিগী মতুংদা নুপিমচা অদু শিরম্মী। শিরিবা অসিগী মরু ওইবা মরমদি ললিতা দেবীসু ভারতগী লায়রবা ইমুং মনুংশিংগী মনুংদা অমা ওইবনা, ডাক্তরগী মতেং লৌনবা পৈশা অমতা মাগী লৈজবমদে। শাস্ত্রীজীনা থম্মোয় শোক্ল কপ্লম্মী। শিখ্রিবা অদুগী মমক্তা মানা য়াম্না নুংঙায়রমদে। অদুবু, মতম লৈবা থিবক্তা মরৈবাক্তীদমক্তা কৌরকপা অদুনা মাগী পুন্নমক্তগী অহানবা থবক অমা ওইরম্মী। থুনা মানা মাগী মতম অদু শুনবগীদমক্তা জেলদা হনজিনখিরম্মী।

অতোপ্পা মতম অমদনা মাগী মচানুপা অনাবা অদু য়েংঙনবগীদমক্তা মহাকপু নুমিৎ ১৫ নি ছুটি পিরম্মী। Parols অদুনা লোয়রকপা মতমদদি মহাক্তা মচানুপীগী ফিবম অদু হান্নদগী য়াম্না হেন্না ফংলমদে, Temperature ১০৪ দগীনা ১০৫ ফাওবদা লৈরম্মী। পুলিসশিংনদি মতম অদুদা মাবু জেলদা অমুক হন্না পুশিন্নবগীদমক্তা মাগী মযুমদা মাবু লৌবা লাক্লম্মী। অনাবগী মৈচাক্না ঙাওরবা মচা অদুনা মাবু থাদোকপিনু হায়রন। মপাগী মফমদা হায়জরকই। মদু তারদা শাস্ত্রীজীনা বামনখিদুনা নুংবংননা তুমিন্না লেপ্তুনা মাগী হুংশিরবা মচাগী মমায় অদুদা য়েংদুনা লেপ্লম্মী। মপিনা অরংপা লৈতনা চেম্বদুনা মাগী মথক্তায় অনিমক অদু পুমচোং চেংলম্মী। তুমিন্না মানা মকোক নোম্থদুনা তায়বঙ শেম্বা মপুগী মফমদা থম্মোয়তগী ওইবা বাহৈনা খুরম-

জরম্মী। খুরম্বা অহুনা লোয়রবা মতুংদা মহাক্না মমায় থাঙ্গত্তুনা মচাগী মমায়দা য়েংলবা, কা অতুদা লৈরিবা ময়াম অতুগী মফমদা মখুৎ লোয়হনা খুমমলম্মগা মমায় ওন্থোক্লুনা, মতুংলোমদা হয়া য়েংলমদনা পুলিসশিং অতুগা লোয়ননা জেল ভায়া চৎখিরম্মী। মহাক্কী থাজবত্তু মহাক্কী থবক্না অতুম উৎলকই, মতুদি :— "He who has laid his hand on the plough cannot look back." ( Luke 9: 62. )। অসিদা নত্তবা থোদোক কয়া কয়া মাগী মপুন্সিদা থোকখিবা অতুনা উৎপদি মহাক অসি মীনুংশি চাউবা, শাওগন্দবা অমসুং তম্না, অমসুং পুক্চেল থোযজেল য়াম্না শেংনা ফবা অমনি, অতুবু, মাগী মপুন্সিগী Principle শিং ঙাকপদা অমদি নৈবাক্কী অচৌবা অমসুং কান্নবা থবক তৌরমদায়গী মতমদদি মাগী থম্মোয় অসি ইম্পাং ওইরম্মী। থায়নগী ভারতগী ফাওরবা কবি ভবভুতিনা অচৌবা মী অমগী মরমদা হায়ম্বা "থোৎপদা থম্বালগী লকাবু ঙমজবা অমসুং কনবদা মনিমুক্তাদগী হেন্না কনবা" অতুগুম নি। মহাকসু শ্রীনেহরুজীগুম্না জেলদা মতম শাংনা লৈদুনা মাগী মপুক্কিং অমসুং আয়ুব ফংহল্লমী। "ঐহা জেলদা লৈবা পুন্সিদি মওং অমদা য়াম্না নুংঙাইরম্মী" অমুম হায়না শ্রীশাস্ত্রীজী মশামক্না হায়রম্মী। "ঐনা জেলদা চংবা খুদিংমক্তা ঐনা শারীরিক য়াম্না পায়ম্মী।" কবিগুম্বা জেলগী অমাং অকায় শেংদোকপনা থুগায়দবদি মানা, অমুক্তং ফমহনা পাবদা Tolstoi গী Anna Karenina বু লোয়নবা পারম্মী। Philosopher শিংনা অমসুং Political Scientist শিংনা ইবা শারীরিকশিংসু মানা য়াম্না

পাইরম্মী। অরোয়বদদি মহাক্না Harold, Laski, Pertrand Russell, Aldous Huxley, Max অমসুং Lenin গী লাইরিক-শিংবু য়াম্না পাম্না পাইরম্মী। করি করিবা মতম্দসু মানা লাই-রিক হৈরম্মী। মহাক্না ইহান হানবা ওইনা Madam Curie গী মপুম্ফিগী বারি থিন্দিদা হক্লোকখুনা হৈরম্মী। মতিনা, মহাক্না Science দা মথৌ থায় য়াংহন্দু নিংথিনা উৎকম্মী। মথাদা মহাক্না ইতিহাস ওইনা 'Quit India" হায়না কৌবা অমা ইবা হৌরম্মী। মহাক্না লমায় ৩০০ রোম হৈরগা মচু লোইশিন্নবগী মতম অমত্তা মানা ফংজখিদ্রে। মহাক্না লৈবাক্কী সেবা লোয়রবা মতুংদা লোয়-শিল্লগে হায়না মানা হঞ্জরম্মী। অদুবু "ইতিহাস ইবগী মহুত্তা মহাক মশামক্না ইতিহাস ওইনা শেমলম্মে।"

ইংশোক ১৯৪১ দা লালবহাদুর শাস্ত্রীবু গান্ধীজীনা অপুনবা সত্যাগ্রহ অদুদা য়াওনবা খল্লম্মী। সত্যাগ্রহ অদুগী মরমদি, খুৎলাইদগী হেম্না পুক্লিং শেংবা, হায়বা ইনবা, থকশি খাশি নায়না চৎপা অমসুং অমুক তম্বীবা নায়দনা মশানা জ্ঞান তাক্লবা worker শিং গুক্লা মহাত্মাজীনা খল্লম্মী। Social Service শিং অমসুং Legislature গী থবকশিং কয়াদগী মাগী মরমচৎপু নিংথিনা খংদুনা মহাত্মাজীনা মাবু সত্যাগ্রহ অসিদা য়াওনবা খল্লম্বনি। অদুবু, ইকুই কুইদনা মহাকপু ফাদুনা জেলদা থমখিরম্মী। মহাক্তি মরোশাগুম্না অদুম খল্লম্মী। মতিনা মাগী জেলদা চংবা মতাংকগুবা খোংকমলি, অমসুং মহাং অতিদা মাগী পুক্লিংগী খোংথাংসু অমা হোংলম্মী

ইংশোক ১৯৪১ দগীনা ১৯৪৬ফাওবা অসিদি হনজিন হনজিন্না জেলদদা চংবগী মতম ওইরম্মী। ইংশোক ১৯৪৬দা উত্তর প্রদে-শগী Chief-Minister, Pandit Pant না Parliamentary Secretary ওইবিনবা মতিক চাবা নহা অমত্তংবু কোয়খি খিরম্মী। অস্সুর্না হায়নখি মতুদি, লালবহাদুর শাস্ত্রীগী মখিং অসি Panদা হায়রকপা মতমদা, মাবু হাপকদবতু মাগা নিংথিনা শক থংনদবদগী য়াম্না চিংনবা পোকখি হায়না অতুম ওইনমক, লালবহাদুর শাস্ত্রীবু মায়কৈ থুদিংমক্তগী য়াবকপগী পাও ফংবদগী মাবু Pandit Pan-tjiনা থবক অতুদা হাপলম্মী। মহাক্না মাগী মথৌ অস্সুকী মতিক নিংথিনা ভৌরম্মী মতুদি ইংশোক ১৯৪৭দা মাবু য়েৎনবা ভৌদনা Home and Transportগী মন্ত্রী ওইনা হাপখিরম্মী। মহাক্না থবক অসিদা ইংশোক ১৯৫১ ফাওবা ভৌখি, অমসুং মহাবপু মগী মতিক চাবা অমসুং অচুম্বা থবক্তা য়াম্না পামখিনবগীদমক্তা ময়াম্না য়াম্না থগৎনরম্মী। মতম অসিদা মহাক্কী মশাগী ওইজবা থাজাকপগী য়াম্না নিংথিজরবা থোদোক অমগী য়াবি লৈ। মহাক্না উত্তর প্রদেশগী Home Minister ওইরিবৈ মতমদা মাগী মথাদা লৈবা P. W. D.গী কাংবুনা, মানা লৈরিবা য়ুম্ অদু কালেনগী য়াক্লবা সুংশাগী মৈচাক্তগী কনবা হায়দুনা, air-condition ওইনা শেম্নসি হায়না মথোয়না ভাবরম্মী। মরম অদুনা মথোয়না Ministerবু থংহন্দনা, মানা অফিসদা চৎল্রিবৈদা লাক্তুনা air Conditionগী থবক অদু ভৌবা হৌরম্মী। মথোয়না থবক অদু

লোয়ংদবা ঙায়হৌক্তা ঙায়রবা মতমদা শ্রীশাস্ত্রীজী মযুম লোমদা হল্লুবল্লম্মী। কোম্প্লোংদগী ময়াম্ লৈবক্তু উবদা কঙ্গি ভোরবগে হায়দুনা মানা হংলম্মী। মাগী মচাশিং অদুনা য়াম্না হরাও সুংঙায়-বগা লোয়ননা মাঙোন্দা চেনশিন্দুনা পাও অদু তম্লম্মী। মানা মতম খরতগী মফমদা air-condition তৌরমলিবা অদুবু অমুক হন্না লৌথোকহল্লম্মী। মহাক্না মপুক্রিং ফুংশিল্লবা মচাশিং অদুবু কৌশিল্লগা য়াম্না সুংশিবা ৱাহৈনা মখোয়দা অস্তুম্না হায়রকই ; "ইচাশা, মন্ত্রী অসি লেংদবা ফম্ নত্তে। ঐনা তোক্লবা তুংদা ন খায়না অমুক হন্না Air-coudition তৌদবা য়ুমদা শোয়দনা লৈগনি। অদুগীসু মথক্তা, নচল-নচেশিংসু লুহোংগ্রগা ইচম্ চম্বা য়ুমশিংদা লৈরুগনি। মরম অদুনা ঐখোয়না মসিদা হৈনত্রবদি মতুংদা ঐখোয়না অৱাবদা অমুক শোযদনা তাগনি।" অঙাংশিং অদুনা মপাগী অচুম্বা অমসুং নিংখিরবা পাওতাক অদুবু য়াম্না হরা-ওনা লৌখিরম্মী।

মতম্ অসিমক্তদা মানা মী পিকমনবদগী মাবু মশক খংবিদতুনা য়াম্না খুদো চাদবা থৌদোক কয়া অমসু থোকখিরম্মী। মহাক্না পুলিসগী মন্ত্রী ওইরিঙৈ মতমদা লোংমা মানা আগ্রা তাম্না রেল তোংদুনা চৎলম্মী। রেল অদুনা লেপ্লবা মতমদা মানা কুমথক্তুনা 3rd Class Passenger শিংনা চৎনবা লম্বী অদুদা চৎপা হৌরম্মী। পুলিস অমনা মাবু লেপহল্লগা হায়রকই, "হায় মিষ্টার ঙসিদি পুলিসকী মন্ত্রী লাক্লি। য়েংঙু মহাক রেল অসিদা য়াওরম্বা য়ায়। নংনা মন্ত্রীনা চৎপ্রবা মতুংদা চৎপা য়াগনি।" মতম অদুদা

অতোপ্পা পুলিশ অমনা মনাকোংদা ভুমিন্না "পুলিশগী মন্ত্রী অদু মসিনি" হায়না তাক্লম্মী। মদু তাবদা অতোপ্পা পুলিশ অদুনা লাওরকই, "ঐবু অপংবদোনা থনগনু। নংনা নিংববু, পুলিশকী মন্ত্রীবু অস্রক পিকপা মী অমনা ওইগনি খনব্রা?" মতম অসিদা মাবু ওক্লবা শেমলিবা Committee অদুগী অচৌ অচৌবা অফিসারসিং অদু মফম অদুদা য়ৌরকলম্মী। মপোয়না পুলিস অফিসারশিং অদুগী মমায় থকপা, হৌনবা থংদবা অদুগীদমক্তা কিবনা থক থক নিক্লরম্মী। লালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা কিবনা থক থক নিক্লবা পুলিশ অফিসারশিং অদুদা অস্তুম্না হায়রদুনা মখোয়বু সুংঙ'য়হনখি, "মতুংদদি Passenger শিংবু অৱাবা পিদনবা য়াম্না চেকশিল্লু মরমদি পুলিশকী মন্ত্রী রেল অসিদা লাক্লি।

মতম অমদনা মানা পুলিশকী মন্ত্রী অমা ওইনা রেল তোংদুনা চৎপদা, নাইতে চাদবা থৌদোক থরা পোক্লম্মী। মরম অদুনা মানা রেল গাড়ী অদু লেপ্তহল্লগা মখোংনা Police Station তাল্লা চৎলম্মী। মহাক্না রাকৎপা পুন্নমকপু তারিবা পুলিশ অফিসার অদুগী মমাংদা চংশিল্লম্মী। পুলিস অফিসার অদুনা মতোন্দা হায়রকই, "কদায়দনো মফম্ অমদা কন্ম চৎলু। ঐগী হৌখ্তিক মতম লৈতে।" লালবহাদুর শাস্ত্রীনা পুং অমা ফমদুনা ভায়রম্মী। মমৈথংদদি মহাক্না ফমদুনা ভায়বদু ঙমলক্তদুনা মাগী মনাক্তা চংশিন্দুনা ফমথৎলগা "Police Inspector কদায়দা চৎখ্রে?" হায়না হংলম্মী। থাহং অদু তাবদা পুলিশ অফিসার অদুনা শাওমনখ্রদুনা লালবহাদুর

শাস্ত্রীদা হুইনা খোংবগুম লাওনা “Inspcetor লাক্লগা কৈদৌনি ! মহাক্না ঐবু য়োৎকদ্রা ? চৌগৎলু, চেনখ্রো চৎলো। অদুগুম্বা রাকৎ অদুগীদমক্তা ঐনা নংগী নশক অদু মফম অসিদা অমুক হন্না শুকউ উনিংদে।” শ্রীশাস্ত্রীজীনা অসিগুম্বা অরাবা পুন্নমকসি ফংলম্মী। অদুবু লায়বক ফমদগী Police Inspector অদু মতম অদুদা লাক্ল-বদা, মাবু মন্ত্রীনি হায়বসি মখোয়না খংলম্মী। মতুং অদুদা করি থোক্লমগদগে হাযবা অহুনি খন্দুনা অদুম য়েংবিরো। মুমিং অদু-দগি হৌনা উত্তর প্রদেশগী পুলিশ শিংনা মী পুন্নমক্কী মফমদা য়াম্না নোল্লুকপগা লোয়ননা থবক থুনা তৌবা অমস্নুং রাখল তৌনা থবকশিং অদু পাংথোক্লবা তৌবা হৌখিরম্মী।

Indian National Congressগী Genaral Secretary ওইবগীদমক্তা মাবু কৌরকপা মতম অদুতদা মানা মন্ত্রীগী ফম থাদো-কলম্মী। মসিনা মাগী থবক্কী চাংয়েংগী অহৌবা অমা ওইরম্মী। মহাক্কী খোদোক অসি করি করিগুম্বা মতমদা সার্কনদা মী অমতনা শগোল অনিবু অমুক্তদা তোংদুনা থোবা অদুগুম্না উরম্মী। মহাক্না অমরোমদনা Mr. Prushotom Das Tondon, লায় য়াম্না নিং-গনবা অমস্নুং ইপানাৎ ইপুনাৎপু য়াম্না পামগনবা অসিগা, অদুগা অতোপ্পা অমনা Mr. Nehru, ভারতগী প্রধান মন্ত্রীগা লোয়ননা পুম্না থবক তৌ মিন্নবা তারম্মী। Mr. Nehru না য়াম্না ফিদম-নফম ওইবা অমস্নুং শেমগৎ শাগৎপবু য়াম্না পামগনবা অমা ওইব-না, Mr. Tandon না চাওখংনবা থবক অমতা তৌদ্রে হায়বনি

মপুক্লিংদা কাওরম্মী। অসিগুম্বা লুরবা ফিভম অসদা শ্রীলাল বহাদুর শাস্ত্রীনা য়াম্না মতিক চানা, চাং নায়না অমসুং পুম্নমক অমগা অমগা য় য়বগী মওংদা, Congress অমসুং Government বু পুরক্লনা থবক পুম্নমক নিংথিনা পাংথোক্লবা ভৌরম্মী। মাগী মরা'য়বক ফংদগী, Nehru অমসুং Tandon অনিগী মরক্তা লৈনরিবা লুংভাইনদবা অদু, Tandon না Nehru বু Nation গী Leader নি হায়না লাওথোকপগা লোয়নননা মাগী Congress গী President ship অগীসু Resign তৌবগী চে পিশৎপা মতম অদুতদা মাগী অরাংশিং অদুসু লোয়খিবগুম তৌরম্মী।

হে অ'ক শ্রীনেহরুজীনা Government গী মকোক ওইবতা নতুনা Party গীসু ওইরে, মরম অদুনা মাগী থবকশিং অদু কায়দগী শরুক অনি হেন্না চিনখিরম্মী, অমসুং অমরোমদনা Election গী থবক নোম্ননবগী মতমসু অকক্লরে। শ্রীলাল বহাদুর শাস্ত্রীনা পার্টিগী থবক নোম্নদা নতুনা Organiser অমা ওইবদসু খ্বায়দগী হেন্না মতিক চাব মী অমা ওইরম্মী। মহাক্না General Secretary অমা ওইনা Central অফিসগী থবক পুম্নমক নিংথিনা য়ে খি, Organisation খুদিংমক্তা থবক পুম্নমক য়াম্না চেকশিন্না পুখি অমসুং Election গী থবকশিং অদু পার্টিগী য়ারেপ মতুংইন্না পার্টি গ্রুপশিং গী মনুংদা খৎনরকপা অমসুং মহৈ মহৈ অমগা অমগা য়ানরবা পুম্নমক অদু নিংথিজনা ভায়শিন্নদুনা য়ামহন্নম্মী। মহাক্না হৌখিবা General Election গী পার্টিগী Campai

sn অদু যাম্না নিংথিজনা তৌরম্মী। মসিগী থবক অসি মরম খুদিং-মক্তা য়াম্না অবাবা অমসুং মশাগী ওইজবা পুন্নমকপু থাদেক্তনা ইয়া য়াদবা অমা ওইরম্মী। Election অসিদা কংগ্রেস-ন মফম পুন্নমক্তা লোয়না ময় পাকই হায়বা যারম্মী। অদুগা পুন্নমক অসিগী মহৈদি শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীগীনি হায়বা য়াব, মবম'দ মাগী য়াম্না ৌেশিংবা অমসুং মবুকপেল শেংবা অদুমক্তনা মফম খুদি মক্তগী কংগ্রেসনা মমায় পাকপা ঙমলকপনি। অ য়োংদনা শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীগীসু যাম্না খুদোংচাবা অমা ফংজখি, মামদি, মকাক্তা লৈবাক অসিগী মফম অয়াম্বগী লুচিংবশিং মথল মথলগা মাগা যাম্না নিং-থিনা থংনবা ফংখিরম্মী। ইংশোক ১৯৫২, ১৯৫৭ অমসুং ১৯৬২ গী General Election শিং অসিদা কংগ্রেসনা মফম পুন্নমক্তা অযাম্বা মায় পাকপা ঙমখিবসি শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীনা য়াম্না মক ওইবা শরুক লৌখিবদগীনি হায়বা যারম্মী। মাগী য়াম্না অক্তবা অমন, মনা পার্টীশিংগী মগুংদা থংনরকপা পুন্নমক অদুবু যাম্না নিংথিনা তায়শিন্নবদা নত্তনা মতুংদা অমগা অমগা হারে-পুনৌনবসু অমতা লৈনহল্লমদে।

General Election লোয়বা মতুংদা, খুদক্তা মাবু রাজ্য সভাগীদমক্তা Candidate অমা ওইনা ময়াম্না লেপ্পু হ য়দুনা লেপ-হনবদা কারম্মী। মহাক্কী খাংবা কনবা, অরাবা থবকশিংগদা মায়-য়োক্নরকপা অমসুং Organiser অমসুং Administrator অমা ওইবদসু য়াম্না মতিক চাবা পুন্নমক অসি ময়াম পুন্নমক্তা হৌজিক্তি

তশেং তশেংনা থনরক্লে। অনৌবা Cab'net শেম্বা অদুদা মহ কপু Transport অ সুং Railweys গী মন্ত্রী ওইনা থল্লম্মী। মন্ত্রী অমা ওইনা মহাক্না থবক্তি য়াম্না থাক ব'ংনা ফঙ্কল্লম্মী। মতুম লৈবা খিতিক্তা মহাক্না লৈত-লায়রবশিংগা মনি য়াম্না লৈনরম্মী। মহাক্না, মমা'ঙৈদদি য়াম্না থোওইদনা তৌবিরম্বা থার্ড ক্লাসদা তোং লগা মীশংগীদমক্তা খুদোং চানবা অমসুং সুংঙাইনবা হায়দুনা য়াম্না বম্না হোৎনবিরম্মী। অহানবদা লৈরম্বা ক্লাসশিং অদু মহাক্না মশীং হম্থুংন্দুনা অহুমতমক শেমংল্লম্মী। অহানদা লৈরম্বা ফাস্ট ক্লাস অদু লৌথোক্লগা, সেকেণ্ড অমসুং থার্ড অসুম হা.না শেমলম্মী। মসুম তৌবনা Upper অমসুং Lower হায়বগী ভাগ অদু থম্না ফবগুম তৌই হায়না মানা থল্লম্মী। মহাক্না থার্ড ক্লাসদা তোংদুনা চৎপা মীশিংগীদমক্তসু তুমফমশিং হাপহন্দুনা হৌজিক্কি য়ারবা লংফৈ চৎপশিংগী মফমদা বম্না অমগুম্না থোকহল্লম্মী। অদুদগীসু হেন্দাক্তুনা থার্ড ক্লাসকী Compartment খুদিংমক্তা Ceiling fan শিংসু পালহনবিরম্মী। অসৌ অচৌবা সহরশিং বম্বে, কলকটা অমসুং মাদ্রজগুম্বদদি De-Luxe গী ট্রেনশিং চেল্লনবা মহাক্না হৌদোক্লম্মী। থার্ড ক্লাসদা তোংদুনা চৎপা মীশিংগীসু অপর ক্লাস-শিংগী মতৌগুম্না চান থক্লবা পুম্নমক প্লেটশিংদা নিংথিনা পিনবগী খুদোং চাবসু মহাক্না শেম্বাম্মী। অসিনচিংবা লৈত-লায়রবা অমসুং অতোনবশিংগীদমক্তা মহাক্না নিংথিজবা থবক য়াম্না তৌবিদুনা মখোয়বু মানা থম্মোয়ম্না শেংনা মুংশি হায়বদু উৎলম্মী। অসি নত্তবা

মাগী য়াম্না থাগৎনিংঙায় ওইরবা থবক অমদি ভারতা রেলগাড়ীগী হপোং মচৈ পুম্নমক লোয়না থোকহন-শাহন্দুনা মীবৈবাক্তগী লৈহনলমদবা অসনি। অসিনচিংবা অমসুং অতৈ চতৈ থংকশি দা মহাক্না মতম চুপ্পদা অথা কনবগা লোয়ননা থবক য়াম্না তৌম ঢুনা লৈবাক অসিগী কান্নবা য়াম্না ওইহল্লম্মী।

Transport অমসুং Rrilways গী মন্ত্রী অমা ওইনা মহাক্না থবক অতৈ অতৈসু য়াম্না মতিক চানা তৌরম্মী। লায়বকথিবদি ইংশোক ১৯৫৫ দা মদ্রাজগী মনাক্ত লৈবা Ariyallur গী অদু-ৱায়দা রেল গুরুং চত্তুনা অচৌবা থুদোংথীবা থোকদোক অমা থে ক্ল-ম্মী। মী ১৪৪ রোম মথৱায় মংখিরম্মী। কয়া অমনা য়াম্না খিনা শোকম্মী। অসিগুম্বা থোকদাক অসিনা শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রী মশা-মক্কী মরল নত্রবসু, মহাক্না মসি Coustitution গী নতুং ইন্না মাগী দ য়িত্নসু লৈফম থোকই খন্দুনা মহাক মশামক্না Resign তৌরম্মী। মহাক্না মশাগী ওইক্তবা থাদোকপগী ৱাংলবা খুদম অদু উৎপদা নহ-না শ্রীনেহরুনা অমসুং লৈবাক প্রজাগী মফমদসু ইকায় খুম্নবদু তশেংনা উৎলম্মী। মহাক্না থবক থাদোকপগী মুংহিন অদুদা, মহাক্না মাগী ময়ুমদা অফিসতগী হন্নকপদা, মহাক্না Government গী কার মাগীদমক পিরিবা অদু তোংগু, হায়বা কাওবা য় রমদে, অমসুং Passenger Bus অমা ফাদুনা তোংলগা মাগী লৈফম তান্না হন্নকলম্মী।

মহাক Resignation অসিদি, মাগী মথাদা লৈবা অফিসার-শিংনা অমসু staff কী মীশিংনা মখোয়না লানখিবা মরমগী মতুং ইগা মখোয়না কংজগদবা Penalty অদুবু, মখোয়গীদমক্তা মহাক মশামক্তা লৌবিরম্বনি। মসিনা করিগুম্বা Department অমদা মথাগী অফিসারশিংনা শোয়রবস্ত মরি লৈনবিবা মন্ত্রীশি সু দায়িত্ব পুবা য়াওগনি হায়বগী য়াম্না রাংলবা খুদম অমসু ওইহল্লম্মী। মাগী অসিগুম্বা থৌওং অসিনা ভারতকী কাচিন কোয়া ফাওবা শিনথুংনা শুমহৎহল্লম্মী। মহাক্কী Resignation মতৌ অসিদা ভারতকী প্রধান মন্ত্রী শ্রীনেহরুজীনা মাগী থবক তৌমিন্নবশিংগী মফমদা অসুম্না শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীবু থাগৎতুনা হায়রকই, "অসুম্না ঐনা হায়নিংঙি মদুদি ঐগী খ্বায়দগী লায়ৎকক্কব দ অসিগুম্বা মুপা অমবু মরূপ অমা ওইনা অমসুং থবক তৌমিন্নবা অমা ওইনশু ঐনা ফংজবসি Government গীতা নত্তনা কংগ্রেস পাটিগীশু য়াম্না কান্নবা অমশুং খুদোংচাবনি, অমশুং কনা অমতনশু করিগুম্বা থবক অমা তৌবদা মাগুম্বা অরবা মরূপ নত্রগা থবক তৌমিন্নবা য়াবা অমতা ফংলোয়,—মহাক্তি থবক খুদিংমক পুম্না তৌমিন্নবা য়াবা মীনি, Goverument বু নিংবা, ফিদমনফম ওইবা থবক্তা তৌবা পাম্লা, অচুম অরানবু মুম্না মশক থংবা অমশুং থবক য়াম্না কম্না নোম্না মীশক অমনি। মংঙোন্দগী হেম্না ফবা মীশক অমা ঐখোয়না থনবা থোক্লরোই। মরমদি, মহাক্না অশুক্কী মতিক নিংথিনা অচুম অরানগী

মরমদা থংলম্মী, মদুদি মঙোন্দা করিগুম্বা থবক অমা মাবু থাজদ্রুনা শিন্নপ্রবদি মদু মানা পোয়দনা ঙমনবা অমত্তুং চুম্না তৌরম্মী।"

মতম অসিদা শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীনা মাগী মরূপ নহা, London দা লৈবা অমদা ইবা চিঠি অমিদগী, ঐখোয়না মাগী Resign তৌবগী মরমদা মাগী রাখল অমত্তুং ফীদমশীং থরা খংবা ঙমই।

মদুদি :—

1—York Place,
New Delhi.
October 6, 1963.

My pear Rajeshwar Prasadji,

খুরুমজরি। ঐনা নংগী সেপ্তেম্বর তাং ২ গী চিঠি কংগ্রে, অমসুং ঙরাংনা নংগী সেপ্তেম্বর তাং ২৮ গী চিঠি অদু ফংলম্মী। ঐনা নংঙোন্দা মতম থরা ঙনখৎনা চিঠি ইবা ঙমখিদে, মদুগীদমক্তা ঐনা নুংঙাইতে। হৌখিবা থা অদু ঐঙোন্দা হায়নিংঙায় লৈতনা থবক চিনখি। মতম অদুদা অনৌবা চিফ মিনিষ্টরশিং থনবগী অমসুং মখোয়গী কেবিনেটশিং শেম্বগী অসিনচিংবা থবক কয়ামুক অদুদা মতম য়াম্না চংখিরম্মী। অদুগা হৌজক ফাওবা ঐখোয়না উত্তর-প্রদেশকী খংনবা অদুদি তায়শিনবা ঙমদ্রে। মফম অদুগী ফিভমদি অরাবা ওইরি। উত্তর প্রদেশদা লৈবা ঐখোয়গী মরূপ মপাংশিং অদুনদি মখোয়না State অদুগী মাংননবা কয়া মাম্না তৌরিবনো

হায়বদে। মথোয়না খংজবা ওয়মদে। মথোয়গী মপাদা মথোয় কাংবু মংশল খংনবা অমসুং য়েংথিনবা অদুগী রাখলদা লুপনরে।

পণ্ডিতজীনদি ঐবু খবক অসি য়াম্না তৌহন্নিংলম্মী। মহাক্না খবক অসি তৌথিনবা হায়দুনা কয়ারক হয়রা ঐঙোন্দা হায়রম্মী, অদুবু, ঐ ইশামক্না অফিস অসি য়াম্না থাদোকনিংলম্মী। ঐনা মীঙোন অতৈদা অসুম তৌফম থোকই হায়দুনা পাওজাকচমক পিরগা ইশানদি তৌদবা অদুগুম্বা থৌ.দৌ অদু ঐনা য়াম্না পামললমদে। কংগ্রেসদা লৈরিবা ঐথোয়না খবক ওইনা তৌবগী চাং য়েংঙ্গুরবদি অকিবা কংনা রাংরে। District শিংদা লৈরিবা Government Administration শিং অসি য়াম্না থুনা লৈখা তাররে। অকনবা Opposition পার্টিসু অমত্তা থোরকপা উথিদ্রে। অসিগুম্বা ফিভমশিং অসিদা Goverument গী খবক তৌদুনা লৈরিবা ঐথোয় খরন থোরক্লুনা লৈবাক্তা অফবা খবক খরা তৌরবদি, অসুম্না ঐথোয়না অফিস থাদোকপসিবু ময়াম্না য়াম্না হারাওনগনি।

অসিগীসু মথক্তা মতম অসিগী মুংশিং অসিগা ঐথোয়গা খরা পক্লরে। অদুগা, অহানবদদি অসিগুম্বা অচৌবা থোংথাং অসিনা চিংনবা অমসুং মুংঙায়তবা খরা পোক্লা ওকলম্বা য়াম। মরমদি ঐথোয় খরা লৈরিবা, ময়াম্না জ্ঞান তাররবনি অমসুং অহল ওইরবনি হায়না লৌনরা ঐথোয়গীদি, মতম অসি চাং য়েংবা অমনি। ঐনা খনবদি, মরাপশিং অসি ঐথোয়গীনি, State শিং অমসুং District

শিংদা নৈন্থিবা কংগ্রেসগীদমক্তা থবক নোমলিবশিং অসিগী নত্তে। থা খরা অসিগী মমু'দা ঐখোয়না কয়া য়াম্না মপান্দা চাং মান্নরা অমসুং পুকচেল মান্নরা মখোয়বু পুরকপা ঙম্বগে হায়বদু নংনা চপ চানা উগনি। ঐদি অশাবু তৌদবা মীশক অমা নত্তে।

ঐগী ইমুং মনুংগী অরা-অনাগী শরক য়াবসু হৌজিক্তি য়াৎ-রগনি। মী অমনা য়ুম্বালগোনগী মরম থুদিংমকপুসু হৈনবা তমগনি। ঐ হৌজিক ফাওবদি য়ুম হোন্দোক্তি, অদুবু থরা হেন্না পিকপা য়ুম অমদা থুনা হোংদোক্লগনি। ঐখোয়না হৌজিক্তি মনা-মশিংগী চারা অমগা শঙ্গোমগা চাবা তোক্লে, অদুগা ঐখোয়গী ফি-রোলশিং ঐখোয় ইশানা শুজবা হৌরে। ঐনা পেট্রোলদি কৈ জরগা য়ামজীগী কার অদু ঐনা শিজিন্নরি। ঐখোয়না অতৈ অতোপ্পা মীগী মপোৎপুসু য়াম্না চেকশিন্না তৌগদবনি। ঐনা অফিস থা-দোকপসি মসিগী মমাংদা অনিরক শুগ্রে, হন্দকী অসিগনা অহুমলক শুবনি। অহানবগীশিং অদুদগীদি হন্দকী অসিনা থরা থিজুং খুদোং-চাবা হেল্লি। হরিস্তু হৌজিক্তি থৎক ফংলে। Parliament গী allowance সু কংলি। অদুম ওইনমক, চাদিংদসু অভকপাফংনা হেনগৎলক্লি। অদুগা, য়াম্না চুম্না মুংঙায়বা অমনা ঐগী মুপিদগী ফংবা মাগী থম্মোয় শেংবা মতেং অমসুং Co-operation ভডুনা ঐগী পাঙ্গল য়াম্না ওইবা অসিনি। মরম অদুনা ঐখোয়না মওং অমা অমবু ওইরবসু অদুম শিজুগনি। পুরমক অসি নহোন্দা

ভ'রফম থোকপনি। মসিগী মরমদা থোয়না মুন্না অমুক খল্লুবগীদি করিমত্তা কাম্নদে, থোক্লিংবা থোক্লরবা হায়বত্নুনি। তায়বং শেম্বা মপু ইবুঙেঙা মানা শিল্লকপত্নু ঐনা থাজৈ, ঐথোয়না হরাও হরাও ইনগনি।

"নিংবা কায়গন্নু, রামবু থাগন্নু,
মানা অপাম্বা মঙংদা নংবু থমশন্নু,
মঙং অদুদা নংনা লৈবা তম্মু।"

ওক্তোবর তাং ২ দা ঐথোয় পুন্নমক Rajghat তা চৎলম্মী। সমাধি অদুগী অকোয়বদা অনৌবা থর শাগৎলিবা অদু নত্তনা অতৈদি মহৌশাগী ওইবা মতৌ, ঐথোয়না উগ্রবশিং অদুতা ঙাযরম্মী। মহাত্মাজীবু নিংশিংবদা অয়াম্বগী মমিত্তা মপি তানা কপনরম্মী। ঐথোয় পুন্নমক্তি সুংঙায়বগী আশাদা অমসুং অফিসতগী রাথলতদা তাওত্নুনা মতম লেন্নরি। মশাগী ওইজবা থাদোক্লুনা মীগী অমসুং মরৈবাকীদমক্ত কামবা থবক তৌ গ্রবশিং অদুগা, অফিসগদি মরি য়াম্বা লৈনখিদ্রে। গান্ধীজীগী থাদোকপদি খ্বায়দগী হেন্না মপুংফাবা অমা ওইরম্মী। মাগী মপুন্সিগী রারীদি শমজিন্না হায়রবদা কবীরগী ফজরবা শৈরেং অদুনি। মতুদি :—("Thy servant Kabir used this coverlet with care and left it just as he had found it.

Rajghat দা Panditji না ঙসি অসি নংগীস্থ নপোক মুমিৎ নত্রা হায়না নিংশিংলম্মী। মতাং অসিগী, ৱারি অসিগী মরমদা Navabharat দা অস্থুম্না কোংখি :—

"Gandhiji's Birthday is Everyone's Bithday"
"গান্ধীজীগী মপোক শুমিত্তি মী পুম্নমক্কীস্থ মপোক মুমিৎনি।"

New Delhi, 2nd October :—

ঙসি অয়ুক Rajghat দা শ্রীনেহরুজীনা শ্রীশাস্ত্রীদা হংলম্মী; "ঙসি অসি নংগীস্থ নপোক মুমিৎনি হায়না ঐনা তায় ?" শ্রীশাস্ত্রীজীনা মরম অদোমদা খোয়দোক্লা কম্না খল্লুদনা খুমলকই, "ঙসি অসি মহাত্মাজীগী মপোক মুমিৎনি, মরম অদুনা ঐগীদা নত্তে, মীপুম খুদিংদক্কীস্থনি।"

ঐনা, নং অমস্থং নংগী মুপিনা মশা ফনা অমস্থং মুংঙায়না লৈরি হায়বা তাবদা য়াম্না মুংঙায়। নংনা অনৌবা জ্ঞান অমস্থং লৌশিংগা লোয়ননা হল্লকনি। নংনা Government গী অমস্থং লৈবাক অসিগী য়াম্না হেন্না কান্নবা মীশক অমা ওইরগনি অমস্থং ঐনা থাজে মদুদি নং নশামক লৈবাক্কীদমক্তা কান্নবা মকমদা শিজিন্নবা য়ানবা মিৎকুপ খুদিংগী থৌরাং ভোদুনা লৈগনি হায়না। ঐনা নংগী মকমদা ঐখোয় পুম্নমক্কী হৱাও ভয়াম্বা অমস্থং মুংঙায়বশিং অদু কোংদোকপা পামলম্মী।

Ajay, Alok, Ravi, অমসুং Anshu পুন্নমক ক্রি। মখোয়না ঐখোয়দা থৌদোক অনিরক্তা লাক্লুনা ঐখোয়গা লোয়ননা চাক চাশিন্নরম্মী। ঐখোয়না মখোয়বুসু, মহেশ্বর প্রসাদজীগীদা চাক কৌহুনা চাবা চৎপা মতমদা উৎরবম্মী। মখোয়না নখোয় অনিগা লৈমিন্নদ্রবসু অমসুং নখোয়বু থুনা হল্ল চহন্নিংবগী থৌরাংবা পোক্রবসু মখোয়না য়াম্না নুংঙায়না লৈরি। নংনা অমসুং খোয়দোক হেন্দোক্লা নংগী মুপিনসু মখোয়বু অমুক হন্না উন্ননিংবগী থৌরাংবসু লৈরমগনি। নংগী মুপিনদি নখোয়না হল্লবগী মতম অদু থুনা লাক্লিবা করিগীনো হায়না ওক্লমগনি।

ঐনা নংগী নয়াম্বা অহলসু উন্নরম্মী। মহেশ্বর প্রসাদজী হৌজিক কাওবা Home-Ministry দা লৈরি।

অতৈ পুন্নমকসু ক্রি।

Yours,
Sd./ Lal Bahadur.

Shri Rajeshwar Prasad, IAS,
7, Prince Albert Road,
London, N. W.—1.

•

লালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা মতম চুন্নদা, ইচম চম্বা পুন্সি অমগুম্না থবক তৌহুনা লৈগে হায়না মপুক্লিংদা থল্লম্মী। লৈবাক প্রজাগী

সেবা তৌবা মীনা অফিসদা ফম্বদা ওায়হ ক্তমক ফমগনি, কুইনা থক কমলোয়দোবনি হায়বসি মহাক্লা মহাত্মাজীগী মকঃদগী তমথি-রম্মী। অঙাং ওইরিবৈদগী হৌনা মপা লৈতবা অমা ওইবনা মহাক্লা য়াম্না অতোন-অতাংগী অমসুং লায়রবশিংগী ফিভম শংগী ফিভ শিং অসি য়াম্না নিংথিনা থংলম্মী। মাগী মমা পোকপা মপুবোক্কী য়ামথিরবা চাগা অমসুং মতুংদা মাগী মাম্মগী অদুনা মাধু য়োক্লকপনি। য়াম্না লায়রনা হৌরকপনা অমসুং মড়গী অরা-অনা ময়াম তত্তুনা থেংনরকপদুনা মহাক্লা মতম চুপ্পদা লায়রব-শিংগী মতেং পাংনিংদুনতা লৈরম্মী। মহাক্লা Servants of the People Society গা মরি লৈনরুবদুনা মডোম্দা, অকে-ভমোবু থাদোকপা অমসুং লনশিংবু থক ভুংশিন্দবা হায়বা মুনি ঋষশিং-গীত ওইবা মগুণশিং অদুবু পিরম্মী। Assissi গী Francis গুম্না, মগাক্কী মপুন্সি অসিস্তু লৈত লায়রবগী অমসুং লৈবাক্কী থবক্তগী ওইনা তৌরম্মী। মহাক্কী তশেংবা লৌগী য়ুমফম লৈরমদে। মহাক্কী ভুংশীনবা শেল অমতা লৈরমদে, কবীশীংনা হায়নবা অদুনী মড়দী :—"This man was free from servile bands of hope to rise orfear to fall. Lord of himselt though not of lands, and having nothing he hath all.

"মুপা অসিদি ময়াম তিম্নবগী অতোনবা আশাদা," কাগনি হায়বগীস্তু নক্রগা হাগনি হায়বগী কিবদগীস্তু লাম্হোক্লবা মী অমা ওইরম্মী। লেরি য়ুমফমশিংগী নত্রবস্তু মশা মথক্তগী মবুহেতোদি

মা'নি, অমসুং করিমত্তা নৈত্রবস্ পুন্নমক মাগীনি।" মহাক্না ধর্ম্মিক অমসুং দর্শনিক অমা ওইবনা, কদোম্ভৈদসু সুংঙায়নদবদগী খোকপা পূকচেল কত্তবগী বাখল অদুগুম্বা অমত্তা থক থল্লমদে। অদুগা, শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীগী অতৈ মরাম অসিগা মাল্লদবা অমনা, মহাক্না মশা পিকচরবসু মপ্পাম্না থম্মরিবা অতোনবগী বাখলশিং অদুগী পোকপা অৱাবা সুংঙায়তবা অমত্তা মাগী থক নৈরমদে। মাগী মশা পিকপা অসিগী খুদোংচাবা মরমসু মানা অদুম ওইহনৈ। মাগী মশাগী মগুণ ভনা মীপুম খুদিংমক্কী মাবু সুংশিহনবা, মানা হায়জবদু হয়াও হয়াও য়ানিংহনবা অমসুং মাবু হেন্না চালহনবা অসিনচিংবা খুদোংচাবা পুন্নমকপু পুরকপা ঙমলম্মী। মাগী মশাগী অশোয়বশিং অদুবুসু মানা সুংঙায়বা কাগীগী মওংদা তোয়না পুথোক্লুনা সুংঙায়হল্লম্মী। মতম অমদা মানা কাগী ওইনা হায়রম্মী, মহুদি মহাক্না মা পীকপা অদুদা মাগী মমান্নবশিংনদি ম গা শান্নমিন্নবা পামলমদে, অদুবু অঙাংশিংনদি মাগা য়াম্না হয়াওনা শান্নমিন্নৈ, মরমদি মখোয়না মাবুসু মখোয়গুম্না অদুম লৌরম্মী।

মতম অমদনা, মাগী মী পিকমলবা অসিনা মরম ওইদুনা মাগী মথাদা থবক তৌবা মীশিং অদুনা মাবু Railways গী মন্ত্রী অমনি হায়বা ফাওবা থংবিরমদে। নোংমা মাগী অফিসগী থোংগী শরিক অহু থিংলকলম্মী। অপীকপা মী অমনা থোং হাংদোক্লগা লাকলিবশিং অদুবু ভরাম ভরাম ওক্লগা, মখোয়না পাম্বা করিনো হায়না

হংলম্মী। লাকলিবশিং অদুনা— "মন্ত্রীদা হাযরু চৎলু, মহ ক্লা পাম্বা মতুং ইন্না Steuogiapher শিং লাক্লে হায়না।" "মি৷৹ট অমতা ঙায়খো" হায়না অপিকপা মী অদুনা হায়রম্মগা মনুংদা চং খরম্মী। খুদক অদুদা অতোপ্পা মী অমা লাক্লগা হায়রকই, "মন্ত্রীনা ঙায়-হোরে।" Stenographer শিং অদুনা চংখিবদগি ঙসায়রগী অপি-কপা মী অদুনা হায়রকই, "চানবিদুনা ফম্বীয়ু। নখোয়বু কৌবদু ঐননি।" Stenographer শিং অদু ঙকপা অমসুং পাৎতপনা তৌকম খংদনা লেপ্তুনা চংঙক্লনা লৈরম্মী। মতুংদা মখোয়না মখো-য়গী অরানবা অদু ঙাকপয়ু হায়না হন্না হন্না হায়জরম্মী। শ্রীলাল-বহাদুর শাস্ত্রীনা মতম অদুদা মখোয়বু অতপ্পা অমসুং খোজাল ববা বাইশিংনা সুংঙায়হন্দুনা পেলহল্লম্মী। খোদোক অসী মহাক্না Railways গী মন্ত্রী অমা ওইনা Bombay দা কোয়বা চৎপা মতমদা খোকখিবনি। অসিগুম্বা খোদোকশিং কয়া, মানা Third Class Compartment দা তোংদুনা চৎলগা, মশানা অরাবা খুদোংথিবশিং অদু খেংনদুনা থংনবা হায়দুনস্থ তৌরম্মী।

ইংশোক ১৯৫৭ গী General Election গীদমক্তা মাবু পার্টি-গী Chief Organiser ওইননবা কৌরকপা মতম অদুদদা মাহা মাগী অফিস থাদোরম্মী। থবক অসি Herculean Task অমা ওইরম্মী। State শিং অমসুং Centre দা Candidate শিং খল্লনবগী বিচারগী থবকস্থ য় ম্না লৈরম্মী। State শিং অসিদা মান্না

তোয়না চত্নুনা Party শিংগা পুন্না পুন্না কম্মিরদুনা মিতিংশিং তোবা, কনকরেন্সশিং তোবা অমসুং পার্টি কমিতিশিং মচোয় মচোয় তায়রিবদু তায়শিন্নদুনা অমত্তা ওইনবা তোবা য়াম্না দরকার ওইরম্মী। পার্টি মসু দা থৎনরিবশিং অদু দ, মতুংদা অমুক সুংঙায়নদবা লৈহন্দু-া তায়শিন্নবা তারম্মী। অসুন্না ময়ামশিং অদুগী কনবা হোৎনবদা অনৌ অনৌবা State শিংগী লুচিংবশিং অদুগা মাগা থংন-চানবা হৌরম্মী। মহাক্না মখোয় পুন্নমকী মতেং অমসুং য়ানীংবা অদু ফংদুনা মমায় পাক্না থবক পুন্নমক পাংথোকলম্মী। মরম অদুনা Election অদুদা কংগ্রেসনা অমুকসু হন্না মায় পাকলম্মী। শ্রীলালবহাদুর মশামকসু Allahabad গী West Consituency দা Lok Sabha গীদমক্তা লেপ্লদা কারকুনা, অমুক হন্না Central Cabinet তা Transport অমসুং Communications গী মন্ত্রী ওইরম্মী। মতাং অসিদা মাগী মী তিন্নবগী অমসুং য়ানবগী তোবা ঙম্বা শক্তিশিং অদুবু ময়ান্না থংনরম্মী। মতম অসিদা Posts and Telegraphs Department গী থবক তোবশিংনা মফম পুন্নমক্তা Strike তোরম্মী। মদুবু শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা য়াম্না নিংথিজনা তায়শিন্নবদা নত্তনা, মরি লৈনরিবা মখোয় পুন্নমকী Approval সু ফংলম্মী। মহাক্না মন্ত্রী ওইবা কুইত্রবসু, য়াম্না মরু ওইবা থবকশিং হায়রদি, Vishakapatnam গী জাহাজ শাকমগুম্বা অচৌ অচৌবা Project শিং য়াম্না তোরম্মী।

ইংশোক ১৯৫৮ দা মহাক Commerce and Industry গী

মন্ত্রী ওইনা কম অমুক কারম্মী। মহাক্লা থবক অসি পুন্নিঙৈদা য়াম্না ময়ু ময়ু ওইবা Developmental Programme শিং পুখোক-লম্মী। অনৌবা Company শিংশিং অমদগী হেন্না শেমগৎলম্মী। Industry লৈতবা অমসুং খংদবা লমশিংদা Industrial project শিং য়াম্না শিংথৎপিরম্মী। মাদা তৌরম্বশিংগী মসুংদা খ্বায়দগী শিংথানবা য়াবা অচৌবা থবকশিংদি Heavy Engineering Corporation, Soviet Union অমসুং Czechoslovakia না মতেং পাংবা অসিমা, The Nangal Factory, ( an Indo-Japanese Venture ), অমসুং Bhopal দা শান্নিবা Heavy Electricals মখোয়শিং অসিনি। 3rd year plan দা মকম অয়াম্বদা Industry গী Target শিং থনমলিবা অসিসু মাগী য়াম্না শিংথানবা য়াবা থবকনি।



# ৪

## "হোম মিনিষ্টর"

ইংশোক ১৯৬১ দা Pandit Gobind Vallabh Pant না শিরবদা, শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা Home-Minister ওইরম্মী। মতাং অসিদদনি মহাক্না মহাক্কী লুচিংবা অমগী তৌবা ঙম্বা শক্তিশিং অদু মতিক চানা লৈ হায়বা উৎখিবদু। মাগী শেমগৎ শাগৎপগী থবক্তা য়াম্না হৈশিংবা অদুভনা কংগ্রেসনা General Election শিংদা মকম পুম্নমক্তা মায়পাকপা ঙমখ্রিবনি হায়না হৌজিক ফাওবদা মী পুম্নমক্না ভাংন-শোম্নরিবসিনি। তৌইগুম্বস্নুং, Home-Minister অমা ওইনা ঐখোয়না মাবু উবা ফংবদি মহাক্না য়াম্না মথৌনা লৈবা Administrator অমা ওইনা হায়জরুবা হৃদিংমক্কী মতেং পিবা অমস্নুং হায়জদদা ভাবিহৈবা অমা ওইবা অসিনি। চাওরবা লৈবাক অসিদা লৈরিবা State শিং পুম্নমক অসিবু মথং মনাও নায়না নিংখিনা থম্বা হায়বসি য়াম্না অরুবা থবক অমনি। অদুবু, লালবহ দুরনা অরু অরুবা থোদোক কয়া খোক্লবস্নু মানা য়াম্না হৈশিনা অমস্নুং হৈরায় লায়না অঙকপা ফংনা থবক পুম্নমক অদুবু ইকোম কোম্না পাংথোক্লম্মী। অস্নুম্না মানা য়াম্না হৈশিংনা অমস্নুং কোম্না থবকশিং পাংথোকথিবগী মরমদা মাবু থাংগৎলিংঙাই ওইবা খুদমশিংনা থম্না লৈরম্মী।

ইংশোক ১৯৬১ দা লোলগী (Language) রাথোক Assam দা থোকখিবদু অয়ৌবী ওইরম্মী। ইংশোক ১৯৬০ গী April থাদা Bengali অমস্তুং Assamese অনিগী লোলগী রাথোক অদু হৌখিবনি। Assam গী শরুক মণ্ডা থোকপগী শরুক অমারোমদি Bengali ভাংলম্মী। মখোয় অদুনা, Assam Sahitya Sabha না Assamese না Official Language ওইনবা হায়জবদু য়ারমদে। অহানবদদি Assamese, Bengali অমস্তুং English অহুমস্মক শিজিন্নরম্মী। লোল অসিগী রাংহৌদগী য়েন-শুনবা থোকপতা নত্তনা লন-থুম মাংনবা অমস্তুং মী ফাওবা হাৎনা শিনবা য়াওনরকলে। Bengali ৪০,০০০ (লিশিং নিফু) রোম Assam থাদোক্লুনা চৎখিরম্মী। খুঙ্গং অহুম তুম্না মৈ চাকখি, অমস্তুং Bengali শিংগী ময়ুম চাতরুক্লা মৈ থাখিরম্মী। মতৌ অসিনা Assam অমস্তুং Bengal State অনি অসি লান থে রুবগুম্না উরম্মী।

অসিগুম্বা অকিবগী মশক ফংলবা মুংঙায়নদবা মরক অসিদা শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীবু থারক্লম্মী। মাগী মহৌশাগুম্না, মানা মায়কৈ অনিমক্কী রাকৎপশিং অদু মখোয়না হেক রাজদুনা তোক্তিবা ফাওবা তারম্মী। মতুং অদুদা মহাক্না য়াম্না লায়না অমস্তুং ইচম চম্বা রাফম অমা পুথোক্লুনা মায়কৈ অনিমকপু য়ান্নহল্লম্মী।

রাফম অদুগী মতুং ইন্না মহাক্না লোল অহুম্মকপু শিজিন্নহল্লম্মী। Bengali না হেন্না ভাবা Coochar District না Assam Gov-

ernment গী Correspondendence পুস্তমক অদু English না তৌনবা অদুগা Assamese অমসুং Bengali অ নিমক্তা Cadiar District Office শিং অমসুং School শিংদা শিজিন্নবা, তৌইগু-মসুং Began না মীশিং য়ামদবনিনা মখোয়গী লোলবু পামজবদু অদুম ভাংহনবা, অসুম হায়না য়ানহন্দুনা মখোয়গী লাংলম্বা পুস্তমক অদু মহাক্তা অমুক হন্না ইংহল্লম্মী।

"The Dravjda Munnetra Kazhakom" হায়বা Dravidian শিংগী চাউখৎনবগীদমক্তা খা ভারত্তা লৈবা Organisation অদুনা মখা মায়কৈ মথৈ Union দগী তোঙান্না লৈনবা হায়দুনা ইরাং হোৎলম্মী। ইরাং অদু ইংশোক ১৯৬২ দা চীনানা ভারত্তা লান তারকপদগী হেথোকখিরম্মী। অদুম ওহনমক শ্রীশাস্ত্রীজীনা ইরাং অদুবু নমদুনা Anti-Secession law পুথোক্লুনা নমথবা ঙমখিরম্মী।

Master Tara Singh না লুচিংদুনা Akali গী ইরাংসু ইংশোক ১৯৬১ দা হোৎলম্মী। Tara Singh না, Sikh শিংনা হেন্না তাবা লমদমদা Sikh State অমা শেম্নবা Demand তৌরম্মী। মহাক্তা Government গী মথক্তা, Sikh শিংবু থবক হংপ্না মতমদা মিচং মিথায় নায়বগী charge অমসু তৌরম্মী। শাস্ত্রীজীনা মহৌশানা মপুকচেল তপ্না অসুং Reasoning ওইবা মীশক অমা ওইবনা commission অমা থুনা শেমদুনা charge অদুগী অচুম চুমদবু

থিহল্লম্মী। অদুবু„ Tara Singh অমসুং অতৈ মরি লৈনবা কাংবু-শিং অদুনা খ্বাম্বদগী হেন্না ঙকপাদ, commission অদুনা Sikh শিংনা ফংফম থোকপা মখোয়গী শব ক্তগী থবক হেন্না ফংবা উৎকপা অদুবুনি। মখোয়না খল্লম্বা ঝাখল মাংখিরম্মী। অদুদগী হেন্না ইরাং অদু চৎথখিদবে।

অদুবু Master Tara Singh না Sikh State অমা Demand তৌরিবসি পিদ্রবদি চান্না হেন্দুনা শিরগনি হায়দুনা চান্না হেনবা হৌখিরম্মী। মদুনা সুমিৎ নিফুনিপালনি ফাওবা চৎথবক্সবদস্থ Government না করিমতা থৌশাৱমদে। Akali কা'বুগী মথৌনাশিংস্থ মাংখরম্মী। Sant Fateh Singh না লুচিংবা অতোপ্পা কাংবু অমা অমুক থোৱক্তুনা মখোয়না Tara Singh বু Sikh গী লুচিংবা ওইবা অদু য়ারমদে। Home-Minister নস্থ, মখোযনা ফনা য়াম্না লাল হৌরকপগী মওংদা লাকপা যাবগী ফিভম লৈদুনস্থ মখোয়গী Demand শিং অদু অমতা পিরমদে। ফিভম অদুবু লাকশিন্দুনা থম্বা য়ানবগীদমক্তা মহাক্না Punjab গী Chief Minister, Pratap Singh Kairon গী মতেং নিং'থনা লৌরম্মী। Sikh শিংগী লুচিংবগা তায়শিন্নবগীদমক্তা হোৎনবদুনা মহৈ য়াল্লকপদু উবদা শ্রীশ'স্ত্রীজীনা য়াম্না সুংশিনা অমসুং মশাবু থাজনা অস্থম্না হায়রম্মী;—"ঐ তোঙাল তোঙালবা ঝাখলশিংবু তাদুনা থংলে। ঐগী থম্মোয় অসি হাংদে ক্তুনা থম্বনা, ঐনা পুম্নমক অদু লোয়না খংবা ঙমলে।" মথংদনা অস্থম্না মথা তাখি;— "ঐগী শক্তি

খল্লিক্লা লৈজরবস্থ খজিক অদুবু নোনা অমসুং মহোশা গুম্না নিংখিনা শিজিন্নরি, অমসুং মদুনা য়াম্না অরাংবা থাক্কী নত্রবস্থ, অতৈ মন্ত্রী-শিংনা অনৌবা রাখলশিং খন্নরকপদা থোবকপা অদুগুম্বা অনৌবা রাখলশিং অদু মহোশানা ঐঙোনতদগী ওইনা তৌই।"

শ্রীনেহরুজীগুম্না শ্রীশাস্ত্রীজীস্থ লৈবাক অসিগী তোঙাল তোঙালবা লোল অমসুং জাতিশিং অসিনা মহি মহি তোঙালবা রাখল লাক্লদুনা মরা চেত্তবা লৈবাক অমা ওইরক্দ্রা হ য়্যদুনা য়াম্না রানা খল্লম্মী। মরম অ সিগীদমক্তা মহাক্না য়াম্না কন্না হোৎনদুনা National Integration Conference অমা ইংশোক ১৯৬১ গী September তাং ২৮ দগীনা October তাং ১ ফাওবা New Delhi দা কমহল্লম্মী। Conference অসিদা মরু ওইনা' জাতিশিং পুন্নমক অসিনা অমতা ওইনা পুক্লিং মান্নবা লৈনগী মরমদা খন্নরম্মী। Conference অসিগী থবক মথং মথং চৎথনবগীদমক অমসুং তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা মসিগী রাখলশিং অসি ফোংদোক্লবগীদমক্তা Committee অহুমথক শেমলম্মী। Committee অমনা University শিংগী Medium ওইব লোলগী মরমদা খন্নবা ওইরম্মী। মসিগী Chairman না Mr. Sampurnanaud বু হাপলম্মী। অনিশুবা Committee অদুনা Sir C. P. Ramaswamy Aiyer বু Chairman হাপলগা, লম লম খুন্দিংগী তোখাক তোখায় তানরিবসিগী মরমদা কোক্লনবা হায়দুনা খন্নহল্লম্মী। Mr. Asoka Menta

না Chairman ওইবা অহুমগুবা Committee অদুনা তোঙান তোঙানবা কাংলুপশিংগী ফমনবগী মরমদা খন্নবা ওইহল্লম্মী। Committee শিং অদুনা থবক নিংথিজনা তৌদুনা চৎখরম্মী। অগম ওইনমক ইংশোক ১৯৬২ গী October থাদা চীনানা ভারত্তা লাল তারকপা অদুনা মরম ওইদুনা Committee শিং অসিগী হায়-বদি Parent Organisation ওইরিবা "The National Integration Council" গী থবক পুন্নমক কান্নখিদ্রে, মতম খগীদমক্তা ওইরবসু থবক পুন্নমক পুংলেপ লেপ্পা তারম্মী। মরম অদুনা "The National Integration Council" গী থবকশিং অদু য়ৈথোক্লম্মী।

অরাবা অমসুং খুদোংথিবনা অমুক মুংঙায়বা অমসুং খুদোংচাবশিং পুজরকই। নোংমংবা খুদিংমক্তা লুপামহি খরতা ওইরবসু চেল্লে। চীনানা লম্দাবকপদা ভারতনা অমঙা ওইনা লিংজেল মান্নবদি, ভারতনা ইংশোক ১৯৪৭ ভগী মনিংমখা ভম্বা ফংলকপদগী হন্দকী অসি নত্তনা অমুক্কসু থোকখিদ্রে। হন্দকী অসিনা মরৈবাক নিংবগী অকনবা ইচেল অমা প্রজা পুন্নমক্তা মফমদা খংচেল চেন্নম্মী। পুন্নমক অসিগী মহৈদি Home Minister গী থবক্তনা ওইরম্মী। অমরোমদসু মহাক্কী মথৌদি লৈবাক অসিবু খুদোংথিবদগী ঙাকপা অমসুং ঐথোয় মশেল লিংজেল মান্ননা, য়াম্না পাঙ্গাল কন্না থম্বনি। ইংশোক ১৯৬২ গী October তাং ২৬ দা President না ভারত পুন্নমক্তা Emergency লাওথোকলম্মী।

National Emergency অসিগী মথৌদু শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজী-গী ওইরম্মী। মতাং অসিদা মানা মাগী মহৌশাগী ওইবা লৌশিং, অরেপ্পা অমসুং পুকচেল চাউবা পুম্নমক লোয়না পুথোক্লুনা নিংথিনা শিজিন্নরম্মী। মহাক্না Anti-national ওইবা অমসুং Pro-chinese ওইবা মীওইশিংগী মথক্তা অকনবা থবক লৌখত্তুনা কাবনচিংবা তৌ-রকপদুনা লৈবাক্কী অমসুং প্রজাগী মপুং ফাবা safe-guard বু পুরক্লম্মী।

মহাক্কী Opposition পার্টিগী view শিংবুসু লৌশিল্লগা খ্বায়-দগী হেন্না অকবা থন্দুনা থবক নিংথিনা তৌবা অদুমক্তুনা মরম ওই-দুনা, মহাক্না খা-ভারতগী লোলগী রাথোক অমসুং নেপালগা ভারত-গগী Diplomatic relation শিংবু লায়না তায়শিন্নবা ঙমখিবনি।

হিন্দীনা Official language ওইরনি হায়বা অসিদা খা ভারতলোমদা লৈবা মীশিংগী খ্বায়দগী হেন্না অরাবা ফিভম অমা ওইরম্মী। মথা মায়কৈদা লৈবা অয়াম্বনা হিন্দীনা নিংথিনা র রি বা তায় তৌবা ঙমলমদে। হৌজিক্কী হৌগৎলকলিবা নহারোলশিং অসিতনা, মখোয়না স্কুলশিংদা হিন্দী তম্বনা, ঙম্বনি। Indian Constitution গী মতুং ইন্না হিন্দীনা ইংশোক ১৯৬৫ গী January থাদগী Official Language ওইবা য়ানা লৈরম্মী। Constitution গী মতুং ইন্না Article অসিবু Government না পাং-থোকহনগ্রবদি মথারোমদা লৈবা মখোয়গীদি Civil Service শিং-

দা খ্বায়দগী হেন্না খুদোংচাদবা, State মসুংদা অমগা অমগা লংলোন-ইতিক্কী থবক্তা অমসুং মরু ওইনা Government গা শেল থুমগী মরমদা তৌনবা পুন্নমক লোয়না অপনবা অগা ওইরনি হায়না মখোয়-না খল্লম্মী। মরম অদুনা প্রজাশিং পুন্নমক্লা পোৎথবা লৈতনা ইরাং হৌরম্মী। মখোযনা অরাং মায়গৈবু "Hindi imperialism নি হায়না অকনবা charge তৌরম্মী। য়াম্না পাকথোক চাওংথাক্লা ইরাং হৌরম্মী। অমুক্তা হেন্না পাকথোক চাওথোক্লবা থৌবাংসু মখোয়না তৌরম্মী। অসিগুম্বা মতম অ সদ, অহল ওইরবা, জ্ঞান লৈরবা অমসুং peace maker অমসু ওইরবা শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রী-জীনা লাক্লম্মী। মহাক্না ময়ামগী অকিবা অদুবু কোকহন্দুনা অসুম হায়না মপুক্লিং ইংহনখি মদুদি, English ভগী Hindi না Official Language ওইবা হাযবসি ময়াম্না Hindi তমদুনা নিংথিনা হৈ-রবা মতমতদা ওইগনি অসিনি। মাগী ৱাহৈগী মতু‌ংইন্না থবকসু অদুম লাকখি। ইংশোক ১৯৬২ গী April থাদা ফম্বা Parlia-ment দা Official Language Bill pass তৌবদা অসুম্না লাও-থোকখি মদুদি, English সু Hindi গুম্না ইংশোক ১৯৬৫ গী Ja-nuary থাগী মতুং ফাওবা Official গী মরম খুদিংমক্তা শিজিন্নবা য়াগনি হায়না।

শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীগী মাগী মহৌশাগী ওইজবা শুমংৎনবা অমসুং হেক হায়রকপদা য়ানিংবা পোকহনবা মগুণশিং অসিতনা মানা মতম চুপ্পদা অরু অরুবা থোদোকশিং থোরকবু ইরায় লায়না

কেক হেক পাংখোকপা ঙমবনি। অসিগুম্বা মাগী থবক কয়া অসিদা মাবু, ময়াম্না তুংগী পোরোন শাংনা উবা, Political অমসুং Diplomatio Relation শিংদা য়াম্না হৈবা মীশক অমনি হায়না লৌনখিরম্মী। ইংশাক ১৯৬৩ দদি নেপালগা ভারতকা লৈনবা মরি অসি য়াম্না ফংলমদে। মতম অদুদা অসুম্না খন্নবি মদুদি, নেপালনা ভারত থাদোক্লুদা চৎথ্রগা Pakistan অমসুং China গা মরি হেন্না নকশিন্নবা লৈনখিগদবগুম্না তৌরম্মী হায়না। নেপাল Government নমু New Delhi না Nepal গী Sovereignty বু মতিক চানা ইকায় খুম্নবা উৎলোয়দৌরে হায়না মতম অসিদা চুম্নবু নত্রগা লান্নবু ওইরবসু লৌরম্মী। মরম অদুনা ইংশোক ১৯৬৩ গী March থাদা শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা Nepal দা মুমংহুমনিগীদমক্তা লাক্লুনা য়াম্না চম্না অমসুং মরূপ ওইবগী রারিশিং, নিংথৌ মহেন্দ্র অমসুং Council of Minister গী chairman Tulsi Giri নচিংবা অতৈ লুচিংবশিংগা লোয়ননা, শারম্মী।

রাবী শান্নবা অদুদা, মাগী রাহৈশিং অমসুং থবকশিং অদুনা য়াম্না ফজনা পুখৎলক্লুনা মমৈদদি শ্রীশাস্ত্রীজীনা য়াম্না থাজবগা লোয়ননা খর শাংনা হোন্দোক্লুনা State অনীগী মরক্তা লৈনরিবা মরি অদু খোয়না হেন্না অমুক কনশিলহল্লম্মী। মাগী থবক লোয়রহনা Joint Communique অমা থোকপা অদুদা অসুম্না Home Minister না তংশং তশেংনা হায়রম্মী; "ভারত অমসুং

নেপাল Sovereign Country অনিনি, অমসুং ভারতনা মাগী য়ুমলোন্নবা নেপালবু খ্বায়দগী হেন্না মরূপ ওইনা লৈনবগী রাখল তৌবতা নত্তনা অতৈ অতোপ্পা রাখল অমতা লৈতে, মরমাদ হায়দগীসু নরি য়াম্না শাংনা অদুম লৈনজরকপনি।" অসুম্না য়াম্নমায়পাকপগা লোয়ননা শ্রীশাস্ত্রীজীনা ভারত অমসুং নেপাল অনিগী মরক্তা লেংদ্রবা মরূপ ওইবগী য়ুম্বীবু য়ুংলম্মগা হল্লকখি।



# ৫

## “কামরাজ প্লান”

কা'বু কাংবু য়েংথিনরকপা অমসুং মথোয় মংশল মসুংদা পুকচেল তিন্নরক্তবদগী Indian National Congress Organisation অসি মতম অসিদা মপাঙ্গল য়াম্না শোম্থরম্মী। অদুবু শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীগুম্বা লুচিংবা কয়াগী মতেংনা শ্রীনেহরুজীনা কাংবু কাংবু নায়না খংনা-চৈনরিবশিং পুম্নমক অদু য়াম্না থুনা হেক হেক তায়শিনবা ঙমলম্মী। অদুম্নদি ওইরবদা মক মরু ওইবা কংগ্রেসকী লুচিংবশিং মখৈদি অফিসতা থবক তৌদুনা লোয়না লৈগ্রবনা Organisation অসি কনখৎনবা থবক তৌবিনিংঙাই অমতা লৈরমদে। লৈবাক অসিগী মফম খুদিংমক্তগী অমসুং মায়কৈ খুদিংমক্তগী শেনজা থুমজাগী মরমদা য়াকংলকপা, মাগী মাগী মরূপ মপাং অমসুং শাগৈ নাতৈশিংশিগী চাউখৎনবা অমসুং কান্নবা তৌনবগীদমক্তা হোৎনবা অমসুং মশা মশাগী ওইজব থিবগী মরমদা হোৎনরুবগী য়াথোক' অসিনচিংবা ঙাক্তনা মতম অসিদা পিক থম্না লৈরম্মী।

মরম অদুনা Congress High Command না মতম অদুদা “Kamaraj Plan” হায়না ময়াম্না খংনরবা অদুগী মতুং ইন্না, Chief Miuister শিং অমসুং Centre গী Senior Minister

শিং পুম্নমক্না Prime Minister দা মথোয়গী Resignation তৌনবা হায়রমী। মরম অদুনা শ্রীনেহরুজীনা Centre Minister তরুক অমসুং State chief Minister তরুকগী Resignation শীচেবু লৌরম্মী। মসিগী মরম অয়াম্বদি মথোয়না Field দা কুমদুনা থবক কন্না মতম চুপ্পদা লোমদুনা Congress Organisation অসিবু অমুক হন্না কনখৎহন্ননবগীদমক্তনি। অসুম্না মথোয় Political Leader শিংনা চেকশিন্না ফম্মিংদুনা অফিসশিংদা অমসুং মপাম্দা কন্না লংহৌনবদগী লৈবাক্কী দা চাংখৎপা ননা Congress Organisation সু অমুক হন্না চাওখৎহল্লম্মী। লৈবাক অসিগী মফম অয়াম্বদগী নুংঙাইবা পাও তারম্মী।

শ্রীনেহরুজীনা অহানবদদি শ্রীশাস্ত্রীজীগী resignation অদুবু লৌরমদে, অদুবু শ্রীশাস্ত্রীজী মশামন্না Field work তা লৈদুনা লৈবাক প্রজাগী থবক তৌবনা হেন্না ফগনি হায়দুনা কন্না শ্রীনেহরুজীদা তক্লবদগী মমৈথংদদি শ্রীনেহরুজীনা য়াম্না য়ানিংদনা মাগী resignation অদু লৌরম্মী।

শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা কামরাজগী প্লান অদুবু য়াম্না পাম্না অমসুং হরাওনা Support তৌরম্মী, মরমদি Congress Organisation অসিনা য়াম্না কল্লগদা Government না অফবা ওইগনি

মরম অদুনা মানা Government

হায়রম্মী। মরম অদুনা মাগী মপুন্সি হেক লোয়বা ফাওবা, মতাক্তা য়াম্না মথর য় য়াওনা, মপুক্কিং চনা, আত্মাবু য়েংনা অমসুং মাগী হেক লৈজবা মপাঙ্গল পুম্ন কপু পুথোক্লুনা থবক পুম্নমক অদুবু তৌরম্মী।

শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা Minister without Portfolio ওইরিঙৈদা তৌখিবা য়াম্না নিংথিজরবা থবক অমদি Kashmir গী Hazratbal গী লয়শংদগী Prophet Mohammad গী শেংলবা মশম হুংখদুনা থোকখিবা রাথোক অচৌবা অদুবু লয়না তেমজনখিবা অদুনি। মাগী পাওতাক মতুংইন্না সাংথিবা শম অদুবু য়াম্না থুনা ফংনবা য়াম্না বন্না থিহল্লম্মী। মদুবু ফংলবা মতমদা ময়ামগী মথমদা উংহল্লম্মী। মতৌ অদুদা প্রজা শংনা পেল্লদুনা হৈরাং অদু মথা অমুক চংথখিরমদে। মতাক্তা Kashmir থাদোক্লুনা লক্তিঙৈগী মমাংদা য়াম্ন নিংথিজরবা থবক অমগা পাংথোক্লম্মী। মতম অদুদা Kashmir গী Pol tics দি য়াম্না মোংলম্মী হায়বসি মী পুম্নমক্না তশেংনা খংনরম্মী Bakshi Ghulam Mohaınmad না Chief Minister ওইদ্রবস্তু মগী খুদম মসু দা লৈবা Mr Shamsuddin না Chief Minister ওইরম্মী। শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীগী মফমদা মসিবু শেংদোক্লুনা নিংথিবা Government অমা ওইহনবা হোৎনবসি য়াম্না অরুবা থবক অমা ওইরম্মী। অদুবু মাগী খাংবা ফনবা অমসুং জ্ঞান তানা ভাংনদুনা য়াহনবগী শক্তি অদুতনা ওইথোক্লবা থবক অদু লায়না পাংথোক্লম্মী। মাগী মতৌ অসিদা

Bakshi Ghulam Mohammad সু মতুং নিংথিনা পিরম্মী। Shamsuddin না Resign তৌরম্মী। February গী তাং ২৮ দা Mr. G. M. Sadiq বু পার্টিগী লুচিংবা খল্লম্মী। মতৌ অসুম্না প্রজা ময়াম্না যাবা অনৌবা Government অমা Mr. Sadiq না Chief Minister ওইনা শেমলম্মী। মতম অসিমক্তদা Kashmir দা Sheikh Abdullah বু থাদোক্লবগীদমক্তা Demand তৌবদু যাম্না কন্না হেনগৎলম্মী। শ্রীশাস্ত্রীজীসু মাবু থাদোক্লবগীদমক্তা থবক বম্না লৌখৎলম্মী। Sheikh Abdullah না National Security শোক্না অকায়বা থবক তৌরক্লিবমখৈদি মহাকপু মপুং ফানা Freedom ওইখ্রম্মী।

শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীসু অতৈ অতোপ্পা লুচিংবগুম্না মশাগী তোঙানবা মগুণ লৈই। L. B. Johnson, মাগী Mediator অমসুং Peace-maker ওইবগী শক্তি, পুম্নমক্তা নিংথিনা খংলম্মী। মহাক্না য়ম্না তোয়না অমসুং পাম্না শিজিন্নরা Bible গী Quotation,

"Come let us sit and veason together."

"লাও, এখোয় খম্নিনদুনা পুম্না মরম খন্নসি",

হায়বা অসিতনা, খংনবা পুম্নমকপু তাংশিন্নবগী মাগী লমজিংবা ওইরম্মী। অসগুম্না শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীসু খংনবগী মহুত্তা ফম্নিন্নদুনা পুম্না মরম খিবদা য়াম্না পামলম্মী। হিরম অসিদা মাগী মপা লৈবাক অসিদা লৈরমদে।



# ৬

## "নেহরুগী মতুংদা"

শ্রীজহরলাল নেহরুজীনা ভারতগী প্রধান মন্ত্রী ওইনা লৈবাক ভাক্কুনা লৈরম্বসি চহি ১৮ রোম ওইরম্মী। মহাক অসি অচৌবা খোংনাংতরুং, মশামবেং যাম্না লৈবা তদুগুম্বা পাম্বী অমা ওইরম্মী। মহাক্কী ইজ্জৎ, মাগী মশ গী তৌবা ঙম্বা শক্তি অমসুং ভারতগী মনিং-তম্না লৈবা Foreign policy অসিনচিংবা পুম্নমক অসিনা পৃথিবীদা শান্তিবু লৈহনবা ঙমহল্লম্মী। Goa দা পুলিসকী Action থোক্কবা য়াদনুনা থোকখ্রবসু, মহাক্না ভারতগী মহৌশাদগী ওইনা লৈজরকপা শান্তিগী লম্বীবু অদুম অমুক কায়দনা থনম্মী। মরম অদুনা এখোয়্গী হাক্তক অসিদদি মহাক্না পৃথিবী অসিদা Democracy অমসুং peace গী ৱাংলবা ফুড়া অমগুম্না নিংথিনা ভান্দুনা লৈরম্মী।

চহি কয়া শ্রীনেহরুজীনা হিংদুনা লৈরিঙৈদসু মফম অয়াম্বদগী শ্রীনেহরুজীগী মতুংদা কনানো? হায়বসি অদুনা হংনরম্মী। ময়াম্বসু অমসুং শ্রীনেহরুজী মশামকসু মসিগী পাওখুম অমতা পিরমদে। লৈবাক অয়াম্বগী লুচিংবশিংনা শ্রীনেহরুজীগী মতুংদদ ভারত অসি ঈশিং ইচাউনা অৱাবা পিবগুম্না, কাংখোং চায়রবনি খন্দুনা য়াম্না ৱানরম্মী। মখোয়না মাগী মফম অসিদা শিনভিনবা য়াবা মতিক্কী

চাবা মীশক অমত্তা লৈবাক অসিদা লৈবা উরমদে। মরমদি, মানা প্রধানমন্ত্রী ওইবা চহি ১৮ অসি য়াওনা, চহি ৪০ হেন্না রাজনিতীগী ক্ষেত্রদা মানা লৈদুনা, পৃথিবীগী মনুংদা খ্বায়দগী হেন্না চাউবা Democracy চৎপা ভারত্তা, নিংথিবা থবক তৌদুনা, অমনা পাক থুগায়বা ওন্থরোয়দোবা ফিভম অসি মানা শেম্বীরম্মী। ভারতনা মাবু থাদোকপা য়াদবগুম্না অমসুং মহুৎশিনবিনবা লৈত্তবগুম্না উৎলম্মী। Observer শিং থরনা শ্রীনেহরুবু মাগী মহুৎশিনবিনবা লুচি বশিং থবা শেমগত্তবগীদমক্তা নিম্দা তৌরম্মী। Indian National Congress নচিংবা অচৌবা Political Organisation শিং য়াম্না লৈবা ভারতগুম্বা লৈবাক অমদা, নহা ওইবা লুচিংবশিং শেমগৎপদি থোয়না অরুবা থবক অমা নত্তে। মতিক য়াম্না চাবা, প্রধান মন্ত্রি ওইবা য়াবা মীশক য়ম্না লৈরম্মী, তৌইগুম্বসুং মখোয়শিং অদুগী মরক্তা শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা ইতোপ তোপনা মতিক চাবা অমনি।

শ্রীনেহরুজীনা য়াম্না হান্নরা মাগী মহুৎশিনবিনবা মীশক অদু খন্দোক্লুনা থনমদে হায়দুনা কনাগুম্বশিংনা হায়রম্বা য়াম্। মদুগী মরমদি মহাক্না য়াম্না মবুকচেল চাউবা Democrat অমা ওইবনা, মদুগুম্বা মরাল অড মানা থনম্বা পামলমদে। অদুম ওইনমক, মাগী মপুন্সিগী লোয়রমদায় শরুক্তা য়েংবদগী এখোয়না হায়বা ওমলম্মী, মহুদি মহাক্না, মানা তৌরক্লিবা থবকশিং পুম্নমক অদু শ্রীলালবহাদুর

শাস্ত্রীজীদদা শিন্নবগুম্না তৌরম্মী। মসিদা মাগী অচান-মিন্নায়বগী ৱাফম করিমতা লৈরমদে, মরমদি ভারতগী মীপুম খুদিংমক্না শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীগী থম্মোয় অমস্তুং মপুক্নিং শেংবা অমসুং থবক অসিদা খ্বায়দগী হেন্না থাজবা য়াবা মীশক অমনি হায়বাস লোয়না থংনরম্মী। মহাক্কী মী পুন্নমক্কী ওইবা মতৌ অমস্তুং শেনজা থুমজা লৈতবসি মীপুন্নমক্না য়াম্না নিংথিনা খংলম্মী। চহি ৩০ হেন্না শ্রীনেহরুজীনা মাবু তিন্নরক্লুনা মাগী থবক খুদিংমক্তা মানা পেন্দুনতা লাক্লবনি। খুদম অমা ওইনা হায়রবদা মহাক্না মাবু তিন্নরক্লুনা মাগী শিষ্য অমগুম্না অচৌ অচৌবা থবকশিংদা থাজিন-দুনা খুদোংচাবস্তু হেক হেক পিরম্মী। অদুগা মবু তৌহনবা থবকশিং পুন্নমক অদুস্তু মানা য়াম্না নিংথিজনা অমসুং খ্বায়দগী হেন্না ফানস্তু হেক হেক তৌরম্মী। মদুগীদি Record শিংনা লেংদ্রবা খুদমনি।

অস্তুম্না শ্রীনেহরুজীনা নাৱকপা মতমদা মহাক্না শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীদা Premeir অমনা তৌফম থোকপা মথৌ পূন্নমক অদু শিন্নথোক্লম্মী। হিরম খুদিংমক্তা অমস্তুং মরম খুদিংমক্তা মহাক্নস্তু শিন্নরক্লিবা থবকশিং অদু য়াম্না নিংথিজনা তৌরম্মী। অদুগা মহাক অসি মতৌ করম্না অস্তুক ফরক্লিবনো হায়দুনা হংবদা, মায়পোংদদা য়েংবা মীশক অমনদি থক থুম্বা ঙমলোয়। মদুগী মরমদি অসিনি ঐথোয়না মাবু উবদি শ্রীনেহরুজীগী শিষ্য অমা ওইনা, মাগী মনুংগী মপাঙ্গল, থবক্তা শোয়দবা অমস্তুং মশাগী কান্নবা য়েংদনা মাবু (শ্রীনেহরুজীবু) নিংবা অমা ওইনা। মতাং অসিদা ঐথোয়না

নিংবগী পাঙ্গল অসি কয়াদা কনবগে হায়বদু খ লম্মী মতুদি, "তুমি উদবা আশাগী শক্তিনা, রাং চাউরবা অমসুং কল্লবা কুংশগী ফক্লাংবু থিনগায়দুনা মাগী পম্বক্ষমগী য়োনবা লম্বী অদু কাংপা ঙম্মী।"

শ্রীজওহরলাল নেহরুজিনা হেক শিবদা ভারতকী চুক্তি অদু শ্রীশাস্ত্রীজীগী মখুত্তা তারম্মী। মহাকপু বনা অমত্তনা অয়েংপা তৌদনা শ্রীনেহরুজীগী মহুৎ ওইনা খল্লম্মী। মাগী রাখল ময়াম ওইবা, Opposition কাংবুশিংগী অফবা রাখলশিংবুসু লৌদুনা হেক্রা মতিক চাহনবা অমসুং কনাগুম্বা অমত্তগা Political গী মরমদা য়েংথিনদবা অসিনচিংবা পুন্নমক অসি পুন্নমক্লা খ নরম্মী। তদুগা, মানা কংগ্রেসগী ফিদমশিংবু য়াম্না থাজনা অমসুং লুনা তৌবা, মশাগী মহৌশাগী ওইবা অমত্তা ওইবা পুকচেল অমসুং থাংবা কনবা, অদুগীসু মথক্তা জাতিগী ওইবা অরুবা থৌদোকশিংদদি অমুক হেন্না য়াম্না চেকশিন্না থবক তৌবা অসিনচিংবা পুন্নমক অসিসু নিংথিনা খংনরম্মী। মাবু মীপুম খুদিংমক্না থাজরম্মী। মাগী হৌনশা ওইনা, ময়াম্না Leadership গী মরমদা খল্লরকপা মতমদদি মহাক্না থায়গী তুংদা লৈরম্মী। মগাক্না মাদিদমক কদোইদসু রা হায়রমদে অমসুং Canvass সু তৌরমদে। মাবু ময়াম্না হায়রক্লবদনা মানা তশেং তশেংনা খুমথি মতুদি কংগ্রেস পার্টিনা য়েংনবা লৈতনা মাবু খনবিরবদি মানা মতু রাজগদি হায়না। হেজিক্তি মানা মতম চুপ্পদা Power Politics গী রাংমদা

লৈবক্না পার্টিগী অমসুং লৈবাক্কী Interest তা য়াম্না অরাবা অমা ওইরম্মী। অদুবু য়াম্না থুনা State থুদিংমক্কী অমসুং Parliament মনুংদা লৈবা Congressee শিংনা শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীবু পামই হায়বসি অমসু অমসু খংনরম্মী। শিংথো শেম্বা কংগ্রেস প্রসিডেণ্ট, শ্রীকামরাজনা পার্টি মেম্বরশিংগা তাম্নরুরগা শ্রীশাস্ত্রীজীবু ময়াম্না পাম্বগী report অদু পুংথোক্লম্মী। মরম অদুনা জুন থাগী তাং ২ দা Parliamentary কাংবু, পুনা কংগ্রেস মেম্বর ৫০০ রোম অদুনা মাবু য়েৎনবা লৈতনা লুচিংবা খল্লম্মী। অদুগা, মহাত্মা ইংশোক ১৯৬৪ গী জুনগী তাং ৯ দা প্রধান মন্ত্রী ওইরম্মী।

মচাবু লৈবাক অসিগী অফিসকী খ্বায়দগী হেন্না অরাবা মকোক অদু খল্লে হায়বা তাবদা, মাগী অহল ওইরবী মমা রামদুলারী দেবীনা অস্তুম্না হায়রকই; "ঐনা নিংই, মানা মাগী মখর'য় অসি কংথোকপা তারবা ফাওবদা মানা শোয়দনা লৈবাক অসিগী সুংতায় য়াংয়ফনবদদি তোৌরমগনি।" মতুংদা মানা মাগী মচাদা পিবা রারক পাওতাক্তি অসিনি:— "লায়রবগী মফমদা অরাবা ওইগদবা থবক অদু থক তৌগনু।"

ভারতকী Democratic Progress দা Constitution গী মপাঙ্গলদা মপুং য়াম্ন নিংথিনা ফাবগী মরমদি Government গা Party গা খুৎশম্নদুনা থবক থুদিংমক য়াম্না নিংথিজনা তৌবা অমদুং থুনা পাংথোকপনা ওইরম্মী। শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা

শ্রীনেহরুজীগী মহুৎ ওইবসি য়াম্না অরেম্বা অমসুং অচুম্বা অমনি, মসিদি Harry S. Truman না কাওরবা Franklin D. Roosevelt গী মহুৎ ওই:হৌবগুম্বনি। অমরোমদা, observer-শিং খরনদি শ্রীশাস্ত্রীজীবু Clement Attlee না তুংঙাইরবা লাম্মী Winston Churchill গী মহুৎ ওইহৌবা অদুগুম্না চাংদম্নরম্মী। Anthony Eden না Attlee গী মরমদা হায়খিবদুগা শ্রীলাল-বহাদুর শাস্ত্রীজীগীগা মরম খরদা চাংনবা য়াওই, মদুদি :—

"...................his modesty in expression conceals a firmness of propose................ . He is infinitely potient. It was not in his nature to do so, but if he had to, he could snipe and bite with the best."

জগৎ সংসার পুম্নমক্কী রাজনিতিগী গুরু ওইরবা শ্রীকৃষ্ণগী খুয়াথম্বালবু মনায় ভক্তশিংনা হায়নবা, "মনায় ভক্তশিংগী মফমদদি ইবুঙেঙোগী শ্রীচরন অদু থম্বাল লকাদগীসু হেন্না থোং-মেংই, অমসুং পাপি চণ্ডালশিংগী মফমদদি বজ্রদগীসু হেন্না কল্লি" অসিগুম্বনি।

শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজী, মরম খুদিংমক্তা, হিরম খুদিংমক্তা মহাত্মাজী অমসুং শ্রীনেহরুজীগী চপ চাবা শিষ্যনি। ভারতা য়াগুম্বদি অতাংবনি।

## ৭

# "প্রাইম মিনিষ্টরসিপ"

শ্রীলাল বহাদুর শাস্ত্রীজীনা প্রধান মন্ত্রী ওইবগী অহানবা Broad cast তৌবদা মানা হায়রম্মী ; "ঐখোয়গী লম্বীদি চুমদ্রিং চুম্মি অমস্তুং তরু তরুই,—ইয়ুম লৈবক্তা Socialist Democracy নিংথিনা শাগত্তূনা থম্বগা লোয়ননা মী পুম্নমক মনিং মথা তম্না অমস্তুং সুংঙায় য়ায়ফনা লৈরি, অমস্তুং পৃথিবীগী ইংনবা থবক তৌরি অমসুং মপানগী জাতি থুদিংমক্তা মরুপস্সু ওইরি। অদুগুম্বা অচুম্বা লম্বীদা অমস্তুং লংনা লৈরবা ফিদমশিং অসিগী মরুমদা ঐখোংনা ডসি লৈদ্রুনা, ঐখোয়গী ইশাবুস্সু অমুক হন্না লৈবাকীদমক্তা কৎথোক্লি।"

পৃথিবীগী মনুংদা খ্বায়দগী চাউরবা Democracy চৎপা লৈবাক অমগী প্রধান মন্ত্রী ওইবা হায়বসি কাগীগী থবক নত্তে। মদুগী থৌদোকশিং য়াম্না, পোৎলুম য়াম্না অমস্তুং শিংনবা য়াম্না মশানা লৈজে। মখোয়শিং অসিগী থরদি হ মনা Imperialist অমস্তুং Colonialist ওইরবা British না পাম্লিদ্রেদগী মরা তানা লৈরক্লবনি। অতৈ অতোপ্পশিং অদুনা ভারতকী মশাগী ওইজবা ইতিহাসদগী, ধর্ম্মদগী, সমাজদগী, রাজনিতিদগী অমস্তুং Economic back-ground দগী ংপোক্লকপনি।

চহি ১৮ চুপনা প্রধান মন্ত্রী শ্রীজহরলাল নেহরুজীনা National Integration, Economic planning অমসুং World peace গীদমক্তা কন্না মশামক্না হোৎনবিরম্মী। অদুবু অহল ওইখিবনা মহাক্না পুকচেল চাউবগা লোয়ননা হোৎরমবা থবকশিং অদু অমতা নিংথিনা পাংথোকপা ঙম্লমদে। অচৌবা Idealist অমা মহাক্না ওইরবসু, মহাক্না থবকশিং অদু করিমত্তা কান্নরমদে, মরমদি জাতি অসিগী চাউখৎপদা য়াম্না থিনথি অমসুং থোয়দোক হেন্দোক্লা পৃথিবীগী শান্তিবু পুরক্নবা মানা হিংলিঙৈগী মতমদা হোৎনবদসু য়াম্না ঙৎথায় থগায়বা থৌদোকশিংসু থোকখিরম্মী। মাগী মশানদি অসুম কৎচিল্লকখদুদা মানা লৈবাক অসিগীদমক্তা ভোগে নিংবা থবকশিং অদু অমতা নিংথিনা তৌবা ঙমখিদে। অদুম ওইনমক, শ্রীনেহরুজীবু মুংশিনা অমসুং লুনা প্রজা ময়াম্না থনখিবদুনা মাগী অশোয়বা পুন্নমক অদুবু কনানসু উশিন্নরমদে। মথোয় পুন্নমক্না, মানা কৌরকপা খুদিংমক্তা মাগী মতুংদা লেপ্তুনা, Election শিংদা National Congress তা অঙকপা ফংনা মতেং পিরম্মী।

শ্রীনেহরুজীনা লৈথিদ্রবা অমসুং মাগী মহুত্তা শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা প্রধান মন্ত্রী ওইরবা মতমদদি প্রজাশিংনা অনৌবা প্রধান মন্ত্রীদা অনৌবা মিৎয়েং অমা ওইনা য়েংলম্মী।

মহৌশানা য়াম্না মবুকচেল শেংবা অমা ওইবনা শ্রীশাস্ত্রীজীনা অসুম্না হায়রম্মী; "কনাগুম্বা অমনা শ্রীনেহরুজীগী মহুৎশিনদোবা

হায়বসি ওইথোক্তবনি। ঐখোয়না য়াম্না নোল্লুকপগা লোয়ননা হোৎনগদবদি মানা তৌরম্বা থবকশিং অদুগী মথা তৌথনবা হোৎনবনি।" মাগী ফুড়াগুম্না ৱাং চাউরবা মগুণশিংবু মুন্না থ'লবা লৈবাক অসিদা মাগী মতুং ইনবা ঙম্নবা হোৎনবসি য়াম্না লুবা অমনি।

শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীগী মখুত্তা লৈরবা ভারতকী তুংগী ফিভম অসি মনুংগী অমসুং মপানুগী মীওইশিং থরনা য়েংবদা য়াম্না চিংনবা অমসুং পল্লেপফম থংদবা অমা ওইরম্মী। মুমিৎ খু'দংগী Problem শিং অসিনা য়োৎশাবগী মুংথংনা নত্তনা ফুদুনা লৈবগুম, মাগী টেবল মথক অসিদা অতৎপা লৈত্তনা লাকলম্মী। মখোয়না মরোল মরোল পৈখৎতুনা লৈরম্মী। কনাগুম্বা থরনদি Government অসি মরম থরদা কায়রগদ্রা হায়না চিংনরম্মী।

চিঞ্জাক ৱাৎপগীদমক্তা ৱাগদ্রা, মহৈ হৈত্তবশিংগীবু থনগদ্রা অমসুং শেনজা থুমজগী মরমদা থোকপা ৱাখোকশিংবু থিংনবা হোৎনগদ্রা অমসুং পুন্নমক অসিদগী হেনবা চীনা অমসুং পাকিস্থান্না তকথায়রকপগীবু ঙাক্নবা তৌগদ্রা? শ্রীনেহরুজীমক্তা ময়াম অসি মায়য়োক্নবদা ৱানা থোক্লম্মবা অসি ফাওবদা, করিস্ন লৈত্রবা শোল্লবা অমসুং প্যাংত্রবা মহাক্না, মী মিলিয়ন চামরি, লোনস্ন তিন্নদবা, ধর্ম্মস্ন খেন্নবা, লৈবাকস্ন চাউবা মান্নদবা অসিনচিংবা লুরবা থবকশিং অসিবু করম্না তৌবা ঙমগনি? মাগী করম্বা শক্তি

অমা লৈদুনা পৃথিবীগী ফাওরবা Nasser, Tito, Nkrumah, Kosygin অমস্তুং Johnson গুম্বগা নাকল নাকল লেপঃদুনা থেংনগদৌরিবনো? Parliament ফাওবদা মফিগী মরমদা য়াম্না কন্না য়েৎনরম্মী। মদুগী খুদম ওইনা হায়রবদা Mrs. Vijayalakshmi Pandit না Government গী মথক্তা, নিংজিংমাংজিংননা থবক তৌববু অমস্তুং লুচিংবা মতিক চাদবগী মওং মতৌবু পন্দুনা য়াম্না কন্না ঙাংখিরম্মী। অদুবু মমৈদদি মানা, মানা ঙাংখিবশিং অদু লাপ্লে হায়বগী মওংদা হায়জখি। থোয়দোক হেন্দোক্লা Indian News reel শিংনা অচৌ অচৌবা সহরশিংদা উৎপদা, মহাক্কী ফিভমবু উরগা ব্রা ব্রা লাওনা ফ.গীগুম্না নোক্লরম্মী। মাগী তৌবা ঙম্বা শক্তিশিং অদুদি কনা অমতনা নিংথিনা থংলমদে। মপানথোংগী মিৎয়েংদা মথোয়না মাবু চাউরবা শ্রীনেহরুজীগী মতুংদা পিক্রবা জীব Pigmy গুম্বা অমা ওইনা উরমথল্লম্মী। মথোয়না মাগী অহল ওইরবা অমস্তুং শোল্লবা মায়থোং অদুতদা য়েংলম্মী। পোৎ খুদিংমক ঐথোয়না তোয়না উরিবা অদুম্নদি ওইদে। ইকুই কুইদনা মাগী নোক্লনিংলম্বা মতৌ অদুনা ইকায়খুম্নবা ওনখি, অমস্তুং মাবু নোক্লগে লাকপা মীশিং অদুনা মঙোম্দা নোল্লুক্লা হায়জবা ঙাক্তা ওইখিরম্মী। অসুক শোল্লবা মীশক অমনা National অমস্তুং Internatioral ওইবা Problem শিংবু লায়না লাকশিনবা ঙম্বা অসিদি David না চাউরবা-কল্লবা Goliath বু কৌংশুমখ্রে। মহাক্লা মাগী প্রজাশিংগী

থম্মোয়বু মাগী নোল্লুকপনা খুদুম চল্লি, অদুমনদি ওইরগা মহাক্না মজ্জাতিগী ওইবা অরুবা থবক খুদিংমকপুদি য়াম্না চেকশিন্না অমসুং ইচং থোনা তৌরম্মী। লৈবাক অসিগী মসুংদা থৌন-চৈনবা থোকপা পুন্নমক মহাক্না য়াম্না চুম্না মওংদা অমগা অমগা য়ান্নহল্লম্মী। International গী ওইবা মরমদনা মহাক্না শ্রীনেহরুজীগুম্না Influence অমসুং Experience লৈজদ্রবস্থু অমগা অমগা নিংথিবা মওংদা মরূপ ওইনা লৈনরম্মী।

প্রধান মন্ত্রী শ্রীশাস্ত্রীজীনা মানা লৈরিবৈ মতমদা প্রজাশিংবু য়াম্না নিংথিবা মওংদা নৌনা থম্বা অদু, রারি ওইনা নত্তনা অমসুং হৌথিবা নুংঙায় য়ায়ফবগী রা নত্তনা, থবক ওইনা উত্তনা ময়ামদা থংহনবা পামলম্মী। Administrator অমা ওইবগী থবকশি গী মরমদা অমসুং জাতি জাতিশিংগী ওইবা হিরমশিংদা য়াম্না নিংথিবা অমসুং তরু তরুবা জ্ঞান মহাক্কী লৈরম্মী। অসিগুম্বা জাতি জাতিশিংগী মরমদা মুন্না থংবা মীশক ইতিহাসদা য়াম্না ভাংনা থেংনরম্মী। ইংশোক ১৯৬৫ গীমার্চ'গী তাং ২২ দা New Delhi-দা তৌথিবা Conference on Administration of Science গী মিতিংগী অহৌবদা মহাক্না অসুম্না হায়রম্মী ;—"Administrator অমা ওইবগীদি মহৌশানা State শিংগী আইনশিং অমসুং Government গী Policy শিংবু থৌওইনা থংগদবনি। State অমগী আইনশিংদগী ঐথোন্বনা State অদুগী মহৌশা হৌরকপগী

য়ারিশিং অমসুং সমাজগী মমল, সমাজ অদুগী ফিভমশিং, রাজনিতিগী অনুস্থানশিং, ইতিহাসগী মরমদা চাউখৎপা অমসুং সমাজ অমসুং শেস্থমগী অবস্থা পুন্নমকপু খংবা ওমলম্মী। মতৌ অসুন্না আইন অদুনা প্রজাশিং অদুগী অমসুং State অদুগী Policy শিংবু মমি তাহল্লম্মী। অদুম ওইনমক, আইনশিং অদুদি অয়োকপগুম্না লৈ। মরমদি মখোয়না সমাজ অদুগী চাওখৎপগী পোলাং অদু ওই। Policy শিংদি অময়োমদা য়াম্না হেন্না কায়গল্লী। মখোয়দগী আইনশিং শেম্মী অমসুং মদুনা মখোয়দা অমুক চেনশিল্লি। মরম অদুনা Administrator অমনা, মহাক্লা আইনশিংবু অমসুং মখোয়গী মচা-মগুশিংবু ডাকপা মতমদা — চংনবিশিং অদু, শাজং অমসুং পাওতাকশিং অদু য়াম্না মুন্না খংদোক্লগা মখোয়গী Policy শিং অদুগী মতুং ইন্না থবক তৌগনি।" মহাক্লা ভারত জাতিগী ইতিহাসতা খ্বায়দগী হেন্না লুরবা অমসুং খুদোংথিরবা মতমদা সেবা তৌরম্মী। অদুগীসু মথক্তা, মাগী মশাস্থ য়াম্না কৎলমদে। মহাক্লা মাগী থবক তৌবা হৌগৎপা ইকুই কুইদনা মাগী Heart attack তৌরক্লুনা চয়োল তরুক অমুক পোত্থারম্মী। হন্দক্কী অসিনা অনিরকশুবনি, অহানবগীদি মহাক্লা, ইংশোক ১৯৫৯ দা Commerce Minister ওইরিঙৈ মতমদনি। মহাক্কী নাবা অদুনা মরম ওইদুনা মাগী ডাক্তরনা মাবু ইংশোক ১৯৬১ গী Common Wealth Prime Minister শিংগী Conference অদুবু য়াওবা London দা চংকনববু থিংথিরমমী। থুনা নাবা হেক কযগা মানা

মাগী থবক অমুক কন্না শুরম্মী। মহাত্মা নোংমদা পুং ১৮ দি থবক তৌরম্মী।

শ্রীশাস্ত্রীজীস্তু শ্রীনেহরুজী শুম্না অয়ুক ঙম্বা হৌবা অমস্তুং যোগবু তৌবা মীশক অমা ওইরম্মী। মহাত্মা অয়ুক অহনবদগী হৌনা মাগী Conference অদু তৌরম্মী। করি করিশুম্বা মতমদা মহাত্মা মাগী Secretariat Office দা নোংয়ায় মতুং ফাওবা থবক শুদুনা লৈরম্মী। মাগী Heart দা নাংদুনা মাগী ডাক্তরনা মাবু থবক শুবগী মতম ককথো অমস্তু যোগ শান্নবা থাদোকউ হয়না পাওতাক পিরম্মী। অদুম ওইনমক মহাত্মা নোংমদা পুং ১৪ দি থবক শুরম্মী। মহাত্মা লল থুমবু পৈশিন্দনা থনমদে। অমুকস্তু হায়রে মদুদি, মহাক্কী ময়ুম লৈতে অমস্তুং ভশেংবা ইংখোল লৈজদে। মাগীদি মাগী ওইবা থরতমক লৈজরম্মী। মহাত্মা চাং নায়না মাগী তলবতগী থা খুদিংগী Servants of the people Society দা, মশামক Life Member অমা ওইনা, donation পিরম্মী। মহাত্মা London চৎনবগী থৌরাং তৌরকপা মতমদা ফুরিৎ ভুবা অমনা লাক্লুনা মঙোন্দা হায়রকই মদুদি, নিংথমথা ওইবনিনা London দা শিজিন্নরুনবগীদমক্তা শামতুগী কোট অনি অমস্তুং Over coat অমা শোয়দনা ভুদুনা পুবিথো হায়না। অদুবু শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা অস্তুম্না হায়রকই, "ঐনা অমতস্তু ভুবা ওস্মোয়। অদুবু অস্তুম্না ঐনা শিনগনি।" অসি হায়রগা মহাত্মা শ্রীনেহরুজীনা মঙোন্দা পিরম্বা Over coat অদু পুদুনা চৎখিরম্মী।

তশেং তশেংনা হায়বা য়ায় মতুদি শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা নিংথৌশিংগা লোয়ননা চৎমিন্নরবশু মহাক্না কদৌঙৈদসু মাগী মহৌশাগী ওইবা ইচম চম্বা অদু থক থাদোক্তে হায়না। মহাক্না প্রধান মন্ত্রী ওইরবা মতুংদসু মহাক্না মাগী ইচম চম্বা অমসুং নোললুকপা লম্বীশিং অদুবু অদুম থমদুনা, অচম্বা প্রজাশিংগা মহৌশাগুম অদুম মরি লৈনরম্মী। মরম অদুনা মথোয় মপৈ মপৈ ওইনা মাগী লৈকমদা লাকুনা মাগা উন্নরে। জাতিগী অশেংবা ল্লচিংবা অমা ওইনা মহাক্না মথোয় পুন্নমক্কী অরা-মুংঙায়রবগী মমিশিং অদু মশাদা তাহন্দুনা মথোয়না নিংলিবা পুন্নমক অদু থুংহন্নবা তৌরম্মী।

Cairo দা মহাক্না মাগী Hotel দা মাগী মনামশিং চাবগী চাক অদু মশানা থোংলগা Indian Newsmen শিং তদুগা চামিন্নরম্মী। অদুম ওইনমক Newsmen শিং অদুনা মদুগী মরমদা করিগুম্বা অফ কত্ত য়ারি অমতা তৌরমদে।

অসিগুম্বা মাগী শরুক্তগী চামিন থকমিন্নবগী থবক অসিদি আ-মমাংঙৈদগীনি। মহাক্না ইহান হানবা মন্ত্রী হেক ওইবগী অদুগা মানা মাগী Ministry গী থায়দগী নৌরিবা কেরাণীশিংগা লোয়ননা, মানা পামজদুনা লৈরিবা থায়দগী হেন্না পিকপা Bunglow তদুদা, পুশিন্দুনা চামিন-থকমিন্নরম্মী।

মহাক্না মৈথু অমসুং য়ুবু থকলমদে। মীরৈবাক্তা চৎপা মতংদা মথল মথা অয়াম্বা ফর ফরবা য়ুশিং, Diplomatic কাংবুশিংগা

কম্মিম্নবদা থক্লনবা হায়রুনা লানশিল্লকপড় মহাক্তি থক্তনা Fruit juice নত্রগা ঈশিং ওইনা থকলম্মী। হৌখিব্রা চহিগী—মে থ.দা Bhopal গী Urdu গী কবি Siva prasad Muflis না শ্রীশাস্ত্রীজীবু উন্নবা কোয়রকলম্মী। মখোয় অনিনা য়াবি শান্নরকপা মতমদা কবিনা! শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীদা হায়রকই; "নংগী ফিক্লেৎশিং—কৈজোম অমস্তুং Kurtha অসিদি ভসি নংনা ওইরিবা কিভম অসিগা য়াম্না চানদ্রে. থোয়দোক কেন্দোক্না নংনা নুমিৎ থুদিংগী মীরৈবাকী অচৌ অচোবা মগুণ লৈরবশিং অদুগস্তু ক্তুনা উন্নরি।" মদু তাবদা শ্রীশাস্ত্রীজীনা মোমোন নোক্লুনা Swami Vivekananda না হায় খংদু পন্দুনা হায়রকই: "মী অমবু Judge ওৌবদি মাগী Coat তা য়েংদুনা তৌগদবা নত্তে, মাগী মবমচৎ অমস্তুং থবক্তা তৌগদবনি। লৈবাক অমবু Judge তৌবা তারবদি মাগী মী মশিংদা তৌগদবা নত্তে, মাগী মীওইশিং অদুগী মগুণদা তৌগদবনি।" অতুদগী অমুকস্তু হন্না মানা Muflis দা Swami Vivekananda না America দা Lecture তৌরম্বশিং অক্লু পাও হায়না পাওতাক পিরম্মী। মহাক মশামকস্তু Swamiji বু য়াম্না পামজে হায়না হায়রম্মী।

বিহার জন সঙ্ঘগী সভাপতি ঠাকুর প্রসাদনা অস্তুম্না হায় মদুদি, শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীনা মঙোন্দা মতম অমদা হংখি; "নখোয়গী প্রধান মন্ত্রীনা মাগী মহৌশাগী ওইবা লমচৎ শাজতগী

হোংলাকপা উত্রা ?" মদুদা মিষ্টর প্রসাদনা খুমলম্মী ; "নত্তে, হোংদ ।" অদুগা মখাগ্সু য়াম্না থূনা তাখি মদুদি, Government Officer অমতনা মানা নেংল্লুকপা অসিগুম্বস্থ তৌদে হায়না। মদু তাবদামাগী মহৌশাগী ফাগী ওইবা পাওখুমদা শ্রীশাস্ত্রীজীনা খুমলকই, ঐগা অফিসারশিং অদুগা চাংদম্নবিগনু। মখোয়দি লৈবাক ভাকপনি—অদুগা ঐদি চুম্না প্রজাগী মিনায় ওইজবত ন।"

মহাক্না প্রধান মন্ত্রী হেক ওইবগা মহাক্না ইহান হানবদা পোৎ মমল হেনগৎপগী অমসুং চিন্তাকী মরমদা ৱাবগী Problem শিং অসিগীদমক্তা থবক নিংথিনা পায়খৎলম্মী। য়াম্না থুজিন্না অমসুং তপন্না তৌবা য়াবা মওং য়েংদুনা থবক পায়খৎলম্মী।

1. পাকিস্থান, থায়লেণ্ড অমসুং কম্বোদিয়া লৈবাক অহুম অসিংগী গেহু টন ১৪১,০০০ থক পোৎকা পোৎকা ওন্নবগী মওংদা পুশিন্নরুবগীদমক্তা শিল্লম্মী। U. S. দগী গেহু টন ৩০০,০০০ হকসু শোয়দনা পুররুবগীদমক্তা রা লোয়নরম্মী।

2. Fair price shop লৈবাক অসিগী মফম খুদিংমক্তা হম্নবা শিল্লম্মী।

3. Food grains Trading Corporation লিংখৎলুনা লৈবাক অসিদা থোকপা মচৈ মরোংশিং মতিক চাবা মমল পিদুনা লৈহল্লগা মত্ত অমুক প্রজাশিংদা নিংথিবা মওংদা য়োম্নোকহন্নবা শিল্লম্মী।

4. Agricultural Prices Commission অমা লিংখত্তুনা মতুনা পোৎ পুন্নমক্কী মমল, store দা পৈবগী, পুথোক পুশিন্নচিংবা পুন্নমক্কীস্তু য়াওনা মরম চানা লেপহল্লগা Whole salers অমসুং Retailers শিংগী মমলদা য়োলহল্লম্মী। খোং, নালা য়াম্না তৌহল্লম্মী; মরূশিং য়াম্না ফংনবা থবকস্তু নিংথিনা পায়খৎলম্মী। পাম্বী মচাশিং কন্নবগীদমক্তা লৈবাক অসিগী মফম খুদিংমক্তা অকনবা থবক লৌখৎলম্মী। লুপা ক্রোর ২৫০ চংবা Fertilizer plants মরা থবকস্ত চহি ৪ চংনা তৌনবা Plan বু শেমলম্মী। হোৎনন্নিবা পুন্নমক অসিগী আশাদি ইংশোক ১৯৬৭ দা য়াম্ন. থুনা ভারতনা মতোমতগী পোৎথোক্না চাবা ওক্লনবগীদমক্তনি।

শ্রীশাস্ত্রীজীগী থম্মোইদা মতম চুপ্পদা Common man-গীদমক্তা Interest য়াম্না লৌরম্মী। মহাক্না Economic Justice অমসুং Social progress গীদমক্তা য়াম্না কন্না থবক নোমলম্মী। August তাং ১৫ দা শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা Cabinet তা মাগা সধারন প্রজাশিংগা ( Common man ) মরি লৈনবগী মরমদা চিঠি অমা অস্নুম্না ইরকই; —মহাক্কী তৌকম থোকপা মথৌদি চিঙ্জাক্কী, লৈফমগী, লায়য়েংবা খুদোং চানবগী অমসুং থবক তৌনিং-বাশিংগী তৌবদা খুদোং চানবগী অসিনি। Government গী Policy শিংস্নু মথক্তা হায়রিবশিং অসি য়াম্না থূনা পাংথোক্নবা হোৎনবদা থোয়দোকপা মথৌ অমা ওইগদবনি।"

অস্নুন্না শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীনা সাধারন প্রজাশিংগীদা নত্তনা ভারতগী হিরম খুদিংমক্তা মরম খুদিংমক্তা মহাক্না হেক উমজবখে, মাগী হৈক্নশিংজবা পুন্নমক পুথোক্লনা, মতম খজিক্কগী মনুং অসিদা য়ুমলোন কৈরোন্নবা লৈবাকশিং অসিগী মফমদা অউকপা ফংহনবতা নত্তনা পৃথিবী পুন্নমক্কী মফমদা উকহন্না ভারতগী চাউখৎপবু উহল্লম্মী। মতক খজিক্কগী মনুংদা অস্নুক চাওখৎনা থৌরম্না মাংগুম্বা মীশক ভারতগী ইতিহাসতা থেংনখিদ্রি অমসুং থোয়দোক্লা পৃথিবীগী ইতিহাসদস্ত অতাংবনি। "One crowded hour of glorious life." হায়না হায়জবতনি—তশেংনা থিরুরবদি ফংবদা থরা র মা থোকই। ভারতবাশি ঐগোয়গীদি মড়, তায়বং শেম্বা মপুনা শম্নবা হায়ড়না কশেংবা মী অমা, ইবুংউডা মহাকমক্কী মমিদগী লৈ লৈ ক্লনা থাবিরক খ। Sankespear গী Anticny-না Brutus বু হায়খবা, "His life was gentle and the element's so mixed in him that nature might stand up and say to all the world. "This was a man." (Julius Caesar, V, V, 73): অসিগুম্বনি। মী শিক্লবা অমসুং শোক্লবা মাগী মথৌনাদ অসিনি হায়ডুনা পান্দমনিংডায় থিবদা রাড়না হোক্লংদবনি। মহাক্না ঙাংখোরকপা তোংখোরকপা থবক খুদিংমক্তা মশাগী অমসুং মাগী ইমুং মনুংগী করিমতা য়েংদনা ভারতবাশি মী 'মলিয়ন ৪০০ অসিগীদমক্তা ফংবতা য়েংডুনা তৌরম্মী। করম অমুক হায়গনি, মাবু উসি পৃথিবী পুন্নমক্না

"পৌরিয়ুমকম নৈজদবা প্রধান মন্ত্রী, পৃথিবীগী মনুংদা খ্বায়দগী হেন্না নোংলুকপা প্রধান মন্ত্রী, শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রী।" অসুম হায়না খংন ৱবা অসিনি। মানা কিন্নুনা নোংলুকপ্রা? নত্তে। শোন্দুনরা? নত্তে। লায়রহুনরা? নত্তে। নত্তে, মরম অমগীদমক্তা নত্তে। মরমদি, পুন্নমক অসি তায়বংশেন্বা মপু ইবুঙোগী শরুকমক্রি। মাঙোন্দা অফ ফত্ত পুন্নমক চপ মান্নে। অচৌবা অশিকপা, লায়রবা ইনাকখুনবা অসিনচিংবা পুন্নমক মাঙোন্দা অমতনি। মরম অসিনা মাঙোন্দা করিগুম্বা মথলগী অকিবা অমতা নৈতে। Victor Hugo গী Les Miserables দা Monseigneur Bienvenu না হায়খিবা, "Have no fear of robbers or mulderers. Such dangers are without, and are but petty. We should fear ourselves. Prejudices are real robbers; Vices the real murderers. The great dangers are within us. What matters it what threatens our heads or our purses? Let us think only of what threatens our souls." (Fantine. P. 24.25.) অসিগুম্বনি।

শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা মাগী Planning Commission-গী থবক তৌমিন্নরিবশিংদা অসুম হায়না মরৈ য়েত্নরনা ভাব তাহল্লম্মী মদুদি, শাগৎপা লোয়রবা Project শিং অসিনা Community অত্তদা তশেংনা মতেং পিবা ঙম্বা হায়বসি হায়না

য়েংখিদবনি হায়না। মী মহাক অদুনা Problem শিংবু মথং মথং লাকশিনবা ঙমগনি হায়বা থাজরদি, মহাক্না অয়োয়বা Project শিং অদুগী কায়কমদি থংদনা অনৌ অনৌবতা পংশাদা শাগৎহনবদি অয়ানবা থবক অনি। মহাক্না মন্ত্রীশিংগী Team work বু থাজদুনা মতুদা মখোয়গী মপুক্কিং য়াম্না খোগৎলম্মী, থবক য়াম্না শুনিংবা কাংবু অমসু লৈরম্মী। মরম অদুনা তোঙান তোঙনবা মন্ত্রী থুদিংমক্না য়াম্না খুদোংচানা অমসুং মপুক্কি খোগৎনা থবকশিং অদু পায়খৎপা ঙমলম্মী। খুদম অমা ওইনা ঐখোয়না মতাং অসিদা পনবা য়াবদি Defence Minister না লৈবাক অসিগী Defence গীদমক্তা থায়দগী হেন্না চেকশিন্না অমসুং কন্না শেম্লম্মীবা অদুনি। মতিক চায় চাবে হায়বহৌদি ঐখোয়না Indo-Pakistan গী লান্দা তশেংনা উবা কংগ্রে অমসুং Communist China না ভারতবু শিংনরকপা মতমদা, মখোয়গা খেংগায়নবা ঙম্নবা খোয়রাংসু নিংথিনা তৌরম্মীবা অদুনি।

হোম মিনিস্টর শ্রীনন্দজীনা শেনজা থুমজানচিংবা অমাৎপ-শিংবু মুথৎনবগীদমক্তা অকনবা থবক পায়খৎলম্মী. মহাক্না শেন্দোং য়াম্না চাবশিংগী, পোৎচৈ পংপৈদা পৈশিন্দুনা থম্বশিংগী, Foreign Exchange Racketeer শিংগী অমসুং মথক মথা অয়াম্বা অমোংপা থবকশিংবু তৌরিবা পুন্নমক্কী, মথক্তা কুপনা য়েংশিন্দুনা অকনবা থবক লৌথৎলম্মী।

অসোমদা Finance Minister নত্তু থবক অসি মহৈ য়াম্নমাইদমক্তা পোৎচৈগী মমল লেপ্পদা নত্তনা লৈবাক অসিদা লৈরিবা অকিবগী মশক ফংনা য়াম্নবা অৱাৎপা শেল মথৈত্তু হেক ভত্বা মথৈ ফাগৎলম্মী।

শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজী মশামক্তা শৎলায় অমা ওইনা মন্ত্রী-শিংগী Code of Conduct অমা শেম্মগা, মন্ত্রী শংগীনা প্রধান মন্ত্রীদা অমসুং State State শিংগী মন্ত্রীশিংনা মথোয় মথোয়গী Chief Minister শিংদা মাগী মাগী মরল মথুম পুন্নমকপু ফোংদোকহল্লম্মী। থবক অসি অফিস হেক পায়বা হোৱা চহি অড়দা তৌবনা মথং মথংগী চহিশি দত্ত অদুম তৌহল্লম্মী। অসিগুম্বা ঘোদো অসি মথং মথং State শুদিংমক্কী অফিসরশিং য়েং য়েংদুনা চৎপরক্কপনা ভাতি অচিগী য়াম্না অফবা অমসুং কাননবা অমা ওইনা লাক্লম্মী। অশংনা শায়রদা থবক অসিনা রাজনীতি তৌবশিং অমসুং অফিসিয়েলশিংনা মখোয় মখোয়গী মরূপ মপাংশিং, চান্নবশং অমসুং শাগৈ নাইতোমশিংগা তিন্ন-তান্নদুনা লমোন ইতিক তৌমিন্নবগা পুদোংচাবা লেপ্তুনা শেল য়াম্না ফংনবগী মরমশিং হুদুবু নিংথিনা থাজিনবগী অচৌবা মরম অমা ওইরম্মী। অমেংপা লৈত্রবা অমসুং মশাগী ওইজবা থিদ্রবা শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীগুম্বা লুচিংবা অমগী মথাদা ঐগোয়না লৈরূবসিদা ঐগোয়না নিংজরম্মী মত্তুদি, ঐগোয়না অফিস শুদিংমক্তা মশাগী কান্নবা থিবা অমসুং অমোৎপা শেনজা থুমজানচিংবা তৌবা মীশক অমতা উবা ফংলরোয় হায়না।

Parliament দা শ্রীশাস্ত্রীজীবু মাগী কাংবুনা য়াম্না ইকায় খুম্নবা উৎপদা নত্তনা Opposition গী কাংবুনস্মু নিংথিনা উৎলম্মী। মাগী মতমদা No Confidence motion অনি, ইংশোক ১৯৬৪ দা অমা, অমসুং অতোপ্পা অমনা ১৯৬৫ দা থাঙ্গৎথ্রবস্মু মদুবু Lok Sabha দা হায়বদি Lower House of Parliament দা Vote লৌনবদা, মানা অকিবা ফংনা Majority ওইদুনা ককথৎখিরম্মী।

ভারতগা মরি লৈনরিবা জাতি অতৈশিং অসিগা হেন্না কনশিন্না অমুকস্মু মরি লৈননবগীদমক্তা অমসুং পৃথিবীগী শান্তিবু পুরক্নবগীদমক্তা মহাক্না মীয়ৈবাক্তা য়াম্না পাক চাউনা কোয়রম্মী। ইংশোক ১৯৬৫ গী মে থাদা Russia দা চৎলম্মী অমসুং June থাদনা Cairo Non-aligned Conference অমসুং Common-Wealth Prime Ministers' Conference য়াওরুনবগীদমক্তা Egyht, Canada Britain দা চৎলম্মী। শ্রীনেহরুজীগী খোংথাং মতু-ইন্না মহাকস্মু, ভারতনা মনিং-মখাতম্না অমসুং ইংনা লৈনবগীদমক্তা Non-alignment ওইনা লৈগনি হায়বসি তশেংনা পৃথিবীগী লুচিংবশিংগী মফমদা চিংনবা লৈহন্দনা উৎলম্মী।

মহাক্না য়াম্না চেকশিন্না অমসুং শোয়হন্দনা, ভারতগী মনিংমখা তম্বু অমসুং অমতা ওইববু ঙাক্নবা নিংথিনা নৌরবা ভারত জাতি অমবু শেমগৎপদা নত্তনা পৃথিবীগী শান্তিবুস্মু লৈহন্নবা হোৎনম্মী। মহাকপু London, Cairo, Belgrade, Moscow অমসুং

অতোপ অতোপ্পা পৃথিবীগী কোন্নুংশিংদা য়াম্না ইকায় খুম্নবগা লোয়ননা ওক্লম্মী। চিংনবা লৈতনা মহাক অসি, ভারতগী Culture না মশা পুন্নমকপু ফজহন্লবা অমসুং হৌজিক্কী মতমগী পৃথিবীগী খ্বায়দগী হেন্না ফরবা ফিদমশিংনা মাগী ওইরবা, অদুগুম্বা খ্বায়দগী হেন্না চাওখৎলবা মীওইবশিংগী মসুংদা অমনি।

মানা চৎলু চৎপুবা মফম খুদিংমক্তা মানা মফম অদুগী প্রজা-শিংগী থম্মোয়শিংবু, মাগী চিক্লা চীংলেম্বা, মীনুংশিখংবা অমসুং মপুক্লিংশেংনা পিথোকপা অদুতনা, খুদুম চল্লম্মী। England দা শ্রীশাস্ত্রীজীবু মথিক নেম্বা লুচিংবা অমনি হায়না মখোয় খরনা নোক্নরকপদা Lord Moutbatten না খুমখি মতুদি মখোংনা লুচিংবশিংবু ইঙ্কিদা ওল্লোয়দবনি, মাগী লুচিংবা অমা ওইবগী ফিদমশিং অদুদা য়েংগদবনি হায়না।

ইংশোক ১৯৬৫ গী জুন থাদা মহাক্না Cairo দগী হল্লকপদা Karachi দা President Ayub Khan গা খংনবা ওইনা ডায়হাক পল্লম্মী।

শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা Ceylon দা লৈবা ভারতবাশি-শিংগীদমক্তা, মতুংদা মখোয়না Ceylon দা লৈবা য়ানবগী রা অদু Ceylon Government গা ডাংনদুনা মমায় পাক্না লাক্লম্মী। অসুম্না য়ুমলোম্নবা লৈবাক অনিগী মরক্তা লৈরম্বা সুংডায়নদবা অদু মানা লৌথোক্লম্মী। য়াম্নবা অদুগী মতুংইন্না খুন তাদুনা লৈরিবা

ভারতবাসি ৩,০০,০০০ গী Citizenship পিরম্মী, ৫,০০,০০০ না চহি ১৫ রোম চংনা মাগী মাগী মরৈবাক্তা অমুক হলহনবা অমসুং লেমহৌরিবা ১,৫০,০০০ গীনা মতুংদা খন্নবা হ য়না লেপনরম্মী। Ceylon থাদোক্তুনা লাকপা ভারতবাসিশিংনা মখোয় মখোয়গী মরল মথুম পুন্নমক লোয়না Exchange Control Regulation-গী মতুংইন্না ওন্থোক্নগা পুরকপসু যাহনবিরম্মী। মহাক্না Burma গী Gen Ne Win বু India দা লাক্নবগীদমক্তা বার্ত্তন তৌখি অমসুং ভারতগা Burma গা অনিগী লৈনরিবা মরি অদুবুসু অমুক হন্না কনশিন্না থনম্মী। মহাক্না Burma দসু মহাক্না শিগদবা চয়োল থরগী মমাংদা কোয়রম্মী। হোম মিনিস্টর ওইরিঙৈদা মহাক্না নেপালগা ভারতগা আনগী মরক্তা থনম্বা মরি অদু অমুক হন্না মহাক্না প্রধান মন্ত্রী ওইরবা মতুংদা নেপালদা চত্তুনা নিংথৌ মহেন্দ্রগা অমসুং প্রজাশিংগা উন্নদুনা ইনৌ নৌনা য়াম্না কনশিন্না মরি থম্মুই। মহাক্না য়াম্না ফজবা য়ুমলোন্নবগী Policy অসিদি লৈবাক মরা য়াম্না চেৎনবগী অমসুং অমগা অমগা য়াম্না মুংশিননবগী মওং অমনি।

## আমেরিকাগী মরিশিং :—

শ্রীজহরলাল নেহরুজীগী মনিং মথা তন্না লৈবা Foreign Policy গী মতুংইন্না, শ্রীশাস্ত্রীজীনা আমেরিকাগসু য়াম্না নিংথিবা মওংদা মরি থনম্মী। অদুবু আমেরিকানা North Vietnam দা

বোম খাদবা কৌবগী পাও হেক ভাবদা শ্রীশাস্ত্রীজীনা আমেরিকাগী নথক্তা, মতুগীদমক্ত Criticism পিরম্মী। President Johnson সু অদুগুম্বা ভৌরকনি হায়বা সুকথা খাজখিত্রবা মকমদগী Criticism ত্তৌরকপা অদুদা মহাক্না খোয়দোক কেন্দে ক্লা অবাবা অমসুং দুংঙ মতবা পোক্লম্মী। মতুগী অথুবা Action অমা ওইনা President Johnson না শ্রীশাস্ত্রীজীগী United states দা কোয়রকপগী Programme শিং লৈরমদু ককথংখিরম্মী। অদুম ওইনমক, মুমিৎ খরতগী মসুংদা Mr. Johnson না সুংভায়রক্তদুনা শ্রীশাস্ত্রীজীবু আমেরিকাদা কোয়রক্লবগীদমক্তা বার্ত্তন অমামুক ইনৌ লৌনা ত্তৌরম্মী। প্রধান মন্ত্রী শ্রীশাস্ত্রীজীনা য়াম্না চীংলেম্বগা লোয়ননা চৎখিদে; অদুবু মতুংদা লূচিংবা অনি অসিনা অমুক হম্না চাম্নদুনা শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা United States দা February থাদা চৎপগী বা লৈরম্মী। অদুবু লায়নদি তমখিদবনা, মহাক্না রাজনিতিগী লানফমদগী হেম্না রাংলবা মফম অমদা কে দুনা চৎখিরম্মী।

New York গী Herald Tribune দা Mr. Johnson গী অমচৎবু অসুম্না ইখি ;—"Liberal and conservative and middle-of-the-road man, a man of the utmost skill and a man with a limited knowledge of foreign affairs. He is indeed a mystery to millions of Americans." শ্রীশাস্ত্রীজীবু ঐখোয়না Conservative অমা ওইনা খক খেংনত্রবসু, অদুগুম্বা শ্রীশাস্ত্রীজীগী হৌবা খাৎপা অহুমতা অসি অসুক্কী অমুক আকনবা সিনা অদুম ওইনা হন্দোক্লোইগদবা অদুম লৈ। অদুম নত্তনা অদুম লৈরবা অসিমক্কী অহুমসু ক্তেং Adjective মরাম মফম অসিদা শিজিন্নবিবসি মচোৎসু অদুম নিংথিনা apply তৌবা য়াম্মী।

মখোয় অনিমক লায়র।শিংগীদমক্তা কন্না লাক্নুংনরকপা মীশক ভাক্তা ওইরম্মী। মখোয়না লায়রবশিংবু য়াম্না মুংশিনা তৌবতা নত্তনী চাওখৎ ত্রিবশিং মখোয়গীদমক্তসু মতেং পাংনবা থবক য়াম্না কন্না নোমজম্মী। মবুকচেল মাগ্ররবা মখোয় অনিনা খুৎশমজুনা লায়রবশিংগীদমক্তা থবক পুন্না তৌমিন্নরম্লবদি কয়া য়াম্না চাওখৎপা যংমললদগে হায়বদা থ লমগদবনি। মখোয় অনিমক্তা মখোয়গী পাগরক লৌশিং লৈবা, থৌনা অমসুং লৌশিং কবা, থবক্তা য়াম্না পুক্নিং চংবা. মখোযগী মথৌ নিংথিনা মশক খংবা অমসুং থবক পুন্নমক্তা মতিক চপ চাবা পুন্নমকপু নিংথিনা উৎলম্মী। মখোয়না মখোয়গী লুচিংবা অমম ওইবগা মতিক চপ চাবা অদু, মরৈ যাম্না য়েংকনবা অমসুং খংনগনবা অম ওইবা নত্তনা, নিংথিজনা উৎলম্মী। মতাং অসিদা ঐ-খ য়না নিংশিংবা য়াবা রাফমদি Tashkent গী Agreement অদু Mr. Johnson না মথবায় য়াওনা Support তৌখিরম্মী।

অরাবদি লুচিংবা অনিমক্তা শান্তিগীদমক্তা য়াম্না কন্না হোৎনরগা মতুগী ওন্নৈন্দনা লাল ওইনা থোকখিবা অদুনি। শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীদি লান অদু মমায় পাক্না লোয়শিন্নগা শান্তিবু অমুক হন্না য়াম্না থুনা পুরকপা ঙমখি। তৌইগুম্বসু Mr. Johnson দি মাগী President ওইবগী মতম লোয়শিন্নরবা কাওবদা লান অদু লোয়ননবা অমসুং শান্তিগী লুমিং থোরনবা বম্না লাক্নুংনরি।

শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীগী খা ১৮ প্রধান মন্ত্রী ওইবা মতম অসিগী মনুংদা, মহাক্না Indo-Pakistan অনিগী, চহি ১৮ অসিদা ফত্তনা লৈনরকলিবা মরি অসিগী মরমদা নমদুনা খুৎ থিংজিনবা তারম্মী। মহাক্না নাকল অনিমক্কী মতিক চায়বা লুচিংবশিংনা কম্মিন্নদুনা Conference তৌরবদি শোয়দনা তারশিন্নবা ঙমগনি হায়না য়াম্না কন্না আশা তৌরম্মী। অদুবু, মাগী আশাশিং অদু য়াম্না থুনা মাংখিরম্মী। ইংশোক ১৯৬৫ গী April-May দা সীমানাগী বাথোক্তগী ভারতগা পাকিস্থানগা Rann of Kutch দা লান মচা অমা থোকলম্মী। থৌদোক অদু লৈবাক অসিদা য়াম্না ওক্না থোক্লম্মী। অদুবু, শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা মাগী মহৌশাগী ওইনা য়াম্না চেকশিন্না অমসুং মপুক্লিং ইতিং তিংনা থবক অদু পায়খৎলম্মী। ইংশোক ১৯৬৫ গী June থাদা, ইথা থাজদনা London দা শ্রীশাস্ত্রীজী অমসুং President Ayub Khan অনিনা নোংমৈ কাপ্পা লেপনবা হায়দুনা বারেপ অমদা য়ানরম্মী। সিমানাগী বাথোক অসি International Jurists গী Tribunal অমদা refer তৌবা হায়নসু য়ানরম্মী।

মহৌশানা শ্রীশাস্ত্রীজী য়াম্না তপ্পা মীশক অমনি, কদোৌঙৈদসু অশাওবনা মাবু খুদুম চনবা ঙম্মদে, অমসুং করিগুম্বা মওং অমদা হিংসাসু তৌরমদে। মহাক্তি মহাত্মা গান্ধীজীগী অশেংবা সেবক অমা ওইনা য়োক্লক-হোৌরকপনি অমসুং অহিংসা নিতিবু মশামক্কী হৌখিবা পুন্সিদা চত্তুনতা লাক্লবনি। অসুম্না হায়নবা অমা লৈ

মহুদি, মানা মাগী মচাশিং বারকপা কাওবদা চৈ অমা কাওবা শিজিন্নখিদে হায়না। অদুবু, থৌদোক অমদদি মাগী মচান্নুপা অহল অদুনা য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈদা শাম্নদুনক্তা লৈবদগী মানা শাওরম্মী। মানা চৈ অমা মখুত্তা পায়দুনা অঙাং অদুগী মতুং ইন্না ভাম্নরগা লাওনা হায়রকই, "নংনা চৈ চানিংব্রবদি ইরুজকম কাদা চংদুনা লোৎচো।"

থৌদোক অনদনা, শ্রীশাস্ত্রীজীনা য়াম্না লুনা হায়নখিবা য়াকম অমগীদমক্তা শগোল গাড়ী (Tonga) তোংদুনা থুনা চৎলম্মী। গাড়ীবালা অদুনা শ্রীশাস্ত্রীজীবু মীনৌ অমগুম্না খন্দুনা য়াম্না কোয়থোকনা পৈশা খরা হেন্না ফংনবগীদমক্তা পুরম্মী। হায়নবা মতম অদুদগী শ্রীশাস্ত্রীজী ফনা নিংথিনা থেংলম্মী। থেংলবা অদুদা শ্রীশাস্ত্রীজীনা শাওদুনা গাড়ীবালা অদুবু য়াম্না থিনা চৈরম্মী। অদুম ওইনমক মহাক্না মমৈদদি য়াম্না মুংঙায়তবগা লোয়নন। গাড়ী-বালা অদুবু থেমজিন্নগা মাগী অতোংমল অদু শরুক অনি হেন্না পিবিরম্মী।

Indo-Pakistan অনিগী লান শোক্নগদবা মুম্নিৎ মরিনি বাৎলিংৈঙদা শ্রীশাস্ত্রীজীনা Indo-Pak গী বাথোকশিং অসি Conference Table দা ফম্মিনদুনা ভায়শিন্ননবগীদমক্তসু য়াম্না কন্না হোৎনরম্মী। অসিদা নত্তনা U. S. বুসু North Vietnam দা Bombing তৌবা লেপ্‌—অমগা অমগা পুন্না ফম্মিনদুনা ভায়শিন্ননবা

তৌসি হায়না মায়কৈ অনিমক্তা হায়বম্মী। ভারতগা য়ুমলোয়নরিবা Pak'stan গ' থংনরিবা অ সস্থ য়াগ্না শান্তি ওইবা মওংদা তায়শিন-নবনা খায়দগী হেন্না অকবনি হায়না মানা লৌরম্মী।

অদুবু, য়াদবা মতাং থোক্কুনা ইরৈবাক কন্নবগীদমক্তা লান নংদুনা শোক্লবা তারক্লবা মতমদদি, মগাক্লা প্রধান মন্ত্রী অমা ওইনা য়াম্না ইচং থৌনা অমসুং মপুক্লিং চংনা থবক পুন্নমক নিংথিনা তৌরম্মী। মহাক্কী সচিব অমসুং মপুক্লিং তেয়াং তশোয়বা অমতা লৈরমদে। ভারত জাতি পুন্নমক্তা মাগী থম্মোয় শেংনা কৌরকপা মিংকী অদুবু বীনাগী খোঙ্জেলগুম্না চপ মান্না তারম্মী। মথোৎ পুন্নমক্না মী অমতগুম্না, প্রধান মন্ত্রীগী পাওত'ক মতুং ইন্না, মমা লৈবাক কন্নবগীদমক্তা, লেপ্লম্মী। মাগী লান মতমগী Speech শিং অমসুং Action শিং অদুদি Mr. Churchill না World War II গী লুম্বা মতমদা য়াম্না থাজবগা লোয়ননা তৌখিনগুম্না, তৌরম্মী। August তাং ১৩ দা শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা ভারতবাসিশিংগী মফমদা অস্তম হায়না Broadcast তৌখি;— "মনিংমথা তরবু মাংহনগে অমসুং ইরৈবাকপু লোগে হায়না তৌরক্লবদি—মতম অসিদা ঐখোয়গী তৌগদবা ইথৌদি অমতনি—অদুগুম্না ইথৌ অদুদি, শিংনরক্লীবা অদুবু ঐখোয়গী ইপাঙ্গল অসিনা হেক্ লৈতরিবামখৈ পুথোক্কুনা থেংনবনি। ওসি ঐখোয়গী লৈবাক অসিনা মায়োক্নরিবা অসি ঐখোয়গী খায়দগী হেন্না অকনবা চাংয়েং অমনি হায়বসি ঐখোয়না শোয়দনা তশেং তশেংনা খংগদবনি।

পুংকম অসিদা ঐখোয়গী পাক চাওরবা সিমানাশিংদা য়েক্লবী লাম্মিশিংনা চংশিল্লকুন ঐখোয়গী অমসুং লৈবাক অসিগী মনিংমখা ভম্না লৈরকপবু মাংহনগদৌবগী লাক্লরি। ঐখে য় পুন্নমক্না অমতা ওইনা য়াম্না চেকশিন্না লেপ্পুনা অমসুং কানবা মতুংইন্না ঐখোয় ইশামক ঐখোয় ঐখোয়গী থবায় ফাওবা ইমা লৈবাকীদমক্তা কৎথোক্কুনা থিংগদবনি।" August তাং ১৯ দম্না শ্রীশাস্ত্রীজীনা Rajya Sabha দা অস্থুম্না Appeal তৌখি,—"ঐন, ঐখোয়না কিগদবগী মরম অসি, উদে। হৌজিক শিংনরক্লিবা অসি ঐখোয় মিলিয়ন ৪৭০ অসিনা পুন্না অমতা ওইনা লেপ্পুনা অমসুং তৌফম থোকপা Sacrifice তৌনহুনা থিংলবদি, ঐখোয়গী সিমানা অমদি অমতা ওইববু থুগায়বদি লায়রবুনা মখোয়বু য়াংন্না লায়না তাকথোক-পদা নত্তুনা য়াম্না থিনা তৌবসু ঙমগনি।" চীনা অমসুং পাকীস-থাম্না পুন্না তিন্নহুনা তকল্লিক্লগনি হায়দুনা কিহল্লকপা মতম অদুদনা মহাক্না ভারতবা সিশিংগী মকমদা ঐখোয়না অস্থুম্না থৌরাং তৌরে হায়দুনা হংশোক ১৯৬৫ গী August তাং ১৭ তা Parliament দা প্রধান মন্ত্রী মশামক্না হায়খি ; —"House অসিনা শোয়ক্কে খন্দুনা পোথাবিবা য়'রে। ঐখোয়গী ইথক্তা লান তারককা হায়দুনা ঐখোয়না য়াম্না মিৎশিং-নাশিংনা লৈরে। ঐখোয়না ঐখোয়গী নিংতম্বা কনবগীদমক্তা য়াম্না কন্না থাজবগা লোয়ননা লান শোক্লগনি ; চীনাগী মপাঙ্গল অমসুং শক্তিনসু ঐখোয়না ঐখোয়গী সিমানা থিংবগী থবক্তা কন্নিমতা তৌবা অমসুং কিহনবা ঙম্মোয়।"

মহাক্কী বাহৈশিং অমসুং থবকশিং অদু, মখুৎকা মচিনগা চপ মান্নবা তৌবগী থুদম ঐখোয়না উবা ফংলে হায়না মহৌশা আমেরিকাগী Ambassador ওইরম্বা Galbraith না অসুম্না ফোংদোকখি;—"There is more iron in his soul than appears on the surface." ভারতগী প্রজানা অমতা ওইনা পুল্লুনা, মশাগী মপাঙ্গল অমসুং খুৎলায়দা থাজদুনা য়েক্নববু ঙমগনি হায়বসি থক থাজনরমদবনি। ইংশোক ১৯৬২ দা চীনানা লাম্নারকপা অদুদা মায়থিবা ফংখিবা অদুদগী অসুক থুনা চাওখৎলমগনি হায়বসি ফনা অমতনা মং ফাওবা মংনদবনি। অদুবু, ইনৌ নৌনা অমতা ওইনা পুল্লুনা, য়াম্না থাজবগা লোয়ননা ভারতগী প্রজাশিংনা য়াম্না কল্লবা জাতি অমা থুনা ওইদুনা, পৃথিবীগী শান্তি পুরক্নবগী থবক্তা শরুক য়ারকপসি অঙকপা অমা নত্রে। লাম্মিশিংগী চাউখৎপা অমসুং খোয়দোক হেন্দোক্লা Pakistan বু ইবায় লায়না মায়থিবা পিবা ওম্বা অসিদা পৃথিবী পুম্নমক্না ভারতবু নিংথিনা থংখিরম্মী। শ্রীশাস্ত্রীজীগী মথক্তা শিংথানবা য়াবা অমনা, অসিগুম্বা কল্লবা লানগী চৈরক অসিদসু মহাক্না লান অদু য়াম্না থুনা লোয়বা য়াবা খুদোংচাবা পুম্নমকপু লৌরম্মী। United Nations না Cease fire তৌনবা হায়রকপা অদুদা মহাক্না মদুবু ইহান হম্না তারম্মী। Soviet গী প্রধান মন্ত্রী, Mr. Kosygin না India অমসুং Pakistan অনিনা মতুং আ-ফাওবা শান্তি ওইনা লৈম্মিন্নবগীদমক্তা, Tashkent দা উন্নদুনা বারি শাননবগীদমক্তা, President Ayub Khan অমসুং শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীবু বার্তন তৌদুনা কৌরকপা অদুদসু মহাক্না হম্না বার্তন অদুবু লৌরম্মী।

---

# "ইন্দো পাক্কী মরিশিং"

ইন্দো-পাক্কীস্থান অনিগী মরি অসি British না পালিয়ৈংগী মতমদা মতম খরা খুৎশন্নবা চৎ-থিন্নরিবস্তু British শিংগী "Divide and rule" Policy না থাদত্তনা সুংশিনদবা অদুম হৌখিরম্মী। মহাত্মা গান্ধীজীনা মহাক্কী হেক লৈজবা মপাঙ্গল, মরোমশিং অমসুং মহৈ পুন্নমক লোয়ননা পুখোক্তনা শান্তি ওইনা লৈমিন্নবা হোৎনরম্মনি, অদুবু মতমগী মথা পোনখিবনা অরেম্বদা তাখি। মহাত্মাজীগী মমিত্তা অমতা ওইবা ভারতপু উবা অদুম কংখিদরে। শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীসু মহাত্মাজীগী মতুংইনবা অমা ওইবনা মহাত্মাজীনা হোৎনরম্বা পুন্নমকপু উদুনা খংদুনা লাক্লবনি। মহাকসু মহাক্কা হেক ওমজবমখৈ মহাত্মাজীদোনা অনিগী মরি অসি অমতা ওইনবা কন্না হোৎনরম্মী।

Latin America গী থাক্লিদা 19th Century দা Chili অমসুং Argentina অনিনা সিমানাগী থাখোক্কীদমক্তা লান নিক্রক শোক্লরম্মী। অদুবু মখোয়না কহিগুম্বা মওংদা তায়শিন্নবা ওমখিদে। অমুক হন্না ইংশোক ১৯০৩ দা মায়কৈ অনিমক লানগীদমক্তা শেমশাদুনা লানকমদা লেপনরম্মী। মতম অদুদা England গী নিংথৌনা কন্না হোৎশদুনা তায়শিন্নখি। মখোয়না মদুগী খুদম ওইনবা হায়দুনা

মখোয়গী লানগীদমক্তা শিজিন্নবা পুনরকপিবা ইম্ফাল্গী থুৎলায়শিং অদু শোদোকহন্দুনা শান্তিগীমশক ওইরবা Jesus Christ গী মুর্তি অমা শাদুনা Lacumbra গী লম্পাক্তা থিল্লম্মী। মতুং অদুদগী মখোয়না অমুক হন্না সিমানাগী মরমদা খংনবা তৌথিল্লে। অমুক্তা শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা Indo-Pakistan অনিগী সিমানাগী ৱাথোক অসি শান্তি ওইনা ভায়শিন্নবা পাম্লম্মী। অদুবু ওয়োক্পা ওন্নতৈনপ্রবা মানা পামথিত্রবা মওংদা লাক্লম্মী।

শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীগুম্বা অমনা লুচিংব, মীগী লানগী মরমদা ইবদি য়াম্না অরুবা অমনি। মহাক্তি য়াম্না ইংবা, য়াম্না মপুকচেল চাউবা, য়াম্না নোল্লুকপা অমসুং য়াম্না মীনুংশিথংবা অমনি। মরম অদুনা, মানা লানগী ওইবা অকনবগী অকনবা ভাক্তা ভায়বা ৱাখলশিং, থবকশিং অমসুং মখোশিং অদুদা লাকপদু মাগী মফমদা ওইথোক্তবা অমগুম্না থায়না থম্লম্মী। মচা লমহেনবা ৱারকপা কাওবদা চৈ অমতা শিজিন্নখিত্রবা শ্রীশাস্ত্রীজীনা মী হাৎনবগীদমক্তা লান্মি থাক্তিনবা, অমসুং Air force বু Bomb থাদনবা, মরৈবাকীদমক্তা হুকুম তৌবা ভারম্মী। অঙাংতগা লোয়নদুনা শানবা পাম্বা অমসুং মখোয়বু থায়দগী হেন্না ফুংশিনা তৌবা শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা মারৈবাকী Security ভারুনবগীদমক্তা অদুগুম্বা ফত্রবা লান, লান অদুনা লুপ্লাবী কয়া; অমসুং মমামপা লৈত্রবা অঙাং কয়াগী মশক্রক ওইহৌয়গদবা অদু তৌবা ভারম্মী। থা অমদা Cent ৫০, হায়বদি

লুপা ১'৫০ তা খরচ তৌবা মুপা অদুনা মরৈবাক কয়নবগীদমক্তা Dollar Billion ম রিয়োম খরচ তৌবা তারম্মী। তৌইগুম্মসুং, পুন্নমক অসি থোক্তবা য়াদদুনা থোকপ্রবনি। শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রী জীনা লান অমা মমায় প'ক্লা তৌখিরম্মী। মওং খরদা ঐখোয়না India অমসুং Pakistan গী লান অসি কুরুক্ষেত্রগী লানজাও অচগা পান্দমন্নবা য়ায়। ঐখোয়না ভারত অসি অনি থোক্লা খায়দোক্তি-ডৈগী মমাংদা খন্দুনা য়েংলবদি ঐখোয় পুন্নমক অসি অমতনি, ভারতবাসি গুক্তনি। হৌজিক্তি ঐখোয়না Pakistan হায়না কৌরবা ভারতবাসিশিং অসিগা ভারতবাসিশিং ঐখোয়গা, হায়বদি ভারতবাসিগা ভারতবাসিগা লান শোক্লবা তারম্মী। ফজবী লোন্দনা, মচিন মনাওশিংগা মচিন মনাওশিংগা হায়না হায়খিবদনি। শ্রীশাস্ত্রী-জীনা, অর্জুনা কুরুক্ষেত্রগী লানকম ময়ায়দা তৌখিবগুম্না, লানগী মহুত্তা শান্তি পামলম্মী। মহাকসু লানগী ওইবা মওং খুদিংমক অমসুং হাৎনথিন্নবা পুন্নমকপু গুকপাম পামলমদে। গীতাদা ধর্ম্মনা কৌদুনা অর্জ্জুনা লানফমদা চংখিবগুম্না, শ্রীশাস্ত্রীজীসু মরৈ-বাকী তৌদবা য়াদবা মথৌনা কৌদুনা লান্দা চংশল্লম্মী। শান্তিগী মতমদা লৈগী লৈকাগুম্না থোৎলবা মহাক্না লানগী মতমদসু ইম্পাৎ-গুম্না থোইষ্ট হায়বসি মহাক্না তশেংনা উৎলম্মী। ঐখোয়না মতাং অসিদা Jesus না Jerusalem গী লায়শংদা থোকখিবা থৌদোক্কী মতাংদা তৌখিবা থৌদৌ অদু নিংশিংদবা গুমদে। লায়শোনকম মকম অদুবু হুরানবশিংগী থুপকম ওইবা ভারক্লবদা লায়গী মচা

ওইরবা, তম্নবা Jesus ফাওবা চৈ পায়দুনা হয়ানবশিং অদুবু তান-খোকপা য়াওখিরম্মী হায়না হায়রৈ। খয়নদি মদু শাশিংগী মফমদদা শিভিয়খিবনি হায়। অদুম ওইনমক, লায়শোনকম মফম অদুবু হয়ানবশিংগী থুপকম ওষ্ঠোকখিবা ভারক্লবদা Jesus না খাংদুনা লৈবা ওমখিদে হায়বসি এখোয়না তশেংনা খংবা ওমই। মাগী খাংবা ওমদবা অদুস্ন য়াম্না চুম্নম্মী।

Indo-Pakistan অনিগী লান অদুনা অস্নুক থুনা খোকখিবগী মরমদু Pakistanis Infiltrators লিশিং লিশিংনা India দা চংলকপদগী ভোবা ওইরবস্নু, মতম শাংনা রাজনিতিগী, সামাজগী অমস্নুং ধর্ম্মগী মরমদা মুংঙায়নরক্লবা অদুনা মরু ওইরম্মী। মতম কুইনা ওনচাক্লদুনা লৈনরক্লবা মুংঙায়নদবা অদু ইংগোক১৯৬৫ দা মৈরি ওইনা কামথোক্লরকপনি।

British না পাল্লিতৈ মতমদা ভারতনা মনিংমখা তম্নবগীদমক্তা মহাত্মা গান্ধীজীনা লুচিংদুনা Non-Co-Operation movement ভোবদা, অহানবদদি Mr. Jinnah না লুচিংবা Muslim League না অমতা ওইনা য়াওরম্মগা, মমৈদদি মখোয় পুম্নমক Mr. Jinnah গা লোয়ননা Withdraw ভোখিরম্মী। মতাং অসিদগী Hindu—Muslim অনিগী মরক্তা কক্তবা ইথক অমা হৌনখিরম্মী। মতম খরগী মতুংদদি Mr. Jinnah না তোঙানবা Muslim State অমা Demand ভৌরম্মী। Indian National Congress না মদুদা য়াম্না কয়াক্সারমদে। মরম অসিদগী মফম পুম্নমক্তা Hindu

Muslim হাৎন-শুনব। হৌরক্লম্মী। মায়কৈ খুদিংমক্তা অমসুং মকম খুদিংমক্তা য়াম্না অশি-অনা অমসুং অশোক অপন য়াওনরম্মী। Partition তৌবা নত্তনা শান্তি পুরকপা ঙম্বগী অতৈ অতোপ্পা লম্বী অমত্তা উরমদে। মরম অদুনা ইংশোক ১৯৪৭ গী August তাং ১৫ দা ভারতনা মনিংমখা তম্বা লাওথোকপা মতম অদুদা, নোংপোক অমসুং নোংচুপগী শরুক খরা খরা পুনশিল্লগা Pakistan State অমা নোনা Muslim শিংগীসু শেমখিরম্মী।

মতুংদা য়াম্না থুনা Kashmir গী হাথোক লাক্লম্মী। Jammu অমসুং Kashmir গী নিংথৌ হরিসিংহনা India নত্ত্রগা Pakistan-দা Accession তৌগদবগী খল্লিৱৈদা Pakistan গী লুচিংবশিংনা মমদুনা মথোৱদা Accession তৌনবগীদমক্তা কয়া তকশিল্লগী। মথোৱনা Kabaylis শিংশিং মত্তারোম খুৎশু খুৎলায় পিশিল্লুনা State অসিদা লান তাহল্লম্মী। খুদোংথিবা অদু উদুনা মহারাজ হরিসিংহনা India দা Accession গীদমক্তা হায়জরকই। Government of India না মতম অদুগী Viceroy Lord Mountbatten গী পাওতাক মতুং ইন্না Accession অদুবু তৌরম্মী। ইংশোক ১৯৪৭ গী October তাং ২৭ তা Kashmir বু কয়নবগীদমক্তা Indian Army থাজিল্লম্মী। মতুং অদুদা অকনবা লান শোক্লখি।

India Government না মহাত্মা গান্ধীজীগী পাওতাক মতুং-ইন্না ইংশোক ১৯৪৮ গী January তাং ১ দা Security Council-দা Pakistani aggression গী মরমদা হাৎকল্লম্মী। ইংশোক

১৯৪৯ গী January তাং ১ দা Security Council না Cease fire গী হুকুম তৌরকখি। অদুম ওইনমক, মায়কৈ অনিমক্না Cease fire তৌপ্রবস্থ মুংঙায়নদবদি অদুম লৈনরম্মী। নোংপোক বেঙ্গলদা Hindu—Muslim য়ান্নবা হিন্দুশিংগী য়াম্না অৱাবা তাৱম্মী।

ইংশোক ১৯৪৯ গী U. O. গী ৱারেপ্তা, Prkistan গী লান্মি-শিংনা Kashmir থাদোক্লুনা চৎপ্রবদি Kashmir দু Plebicite তৌবগী বা য়াওরম্মী। অদুবু Pakistan না মখোয়গী লান্মি লৌ থোকউ হায়বদু য়ারমদে।অদুম ওইনমক চহি ১৮ অসিদা, Kashmir State অসিদা অহোংবা ( হোংদোক-হোংজিন ) য়াম্না থোকখি। India দা Accession তৌরবা মতুংদা Economic Development গীদমক্তা Pıojeot শিং য়াম্না তৌখংলম্মী। প্রজাশিংনা Election অহুমলক তৌদুনা লৈবাক প্রজানা য়াবা Goveınment থম্বগী খুদোংচাবশিং অদু ফংজরম্মী। Pakistan না অসোমদদি, মখোয়গী লান্মিশিং থল্লোকপগী মহুত্তা মখোয়না চংশিল্লুনা লৈরিবা ভারতগী সিমানা থৱাং চীনাদা পিথোক্লুনা পাক-চীনা অনিগী অপুনবা ওইনা থমমিন্নখি।

অসুমদা তৌদুনা লাকপনা ইংশোক ১৯৬৫ দদি Pakistan না Kashmir গী সিমানাদা হেনজিল্লকপদা নত্তনা অতৈ মকম কয়া-মুক্তস্থ হেনজিল্লকখি। চহি অসিগী January হৌগৎলকপদা Kutch দা মখোয়না চংশিল্লকই। মতুংদা মখোয়না Kanjor-

Kot লৌশিনখি। April তাং ২৬ কনা মখোয়না Biarbet তা লৈবা Indian Out Post অমদা লাল্লারকখি।

শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা য়ুমলোয়বা লৈবক্তা য়াম্না ইংবা অমসুং মুংশিননা লৈমিন্নরিংবদগী থোওইনা কয়া হোৎনদুনা, India অমসুং Pakistan অনিনা Kutch Agreement অদু June গী তাং ৩০ দা তৌনরম্মী। অদুবু, লায়বকথিবদি, Pakistan না Cease fire গী Agreement অদু সাহি তৌনরিতে খুদক অদুমক্তদা Cease-fire line বাংবা লায়া Jammu অমসুং Kashmir-গী মায়কৈদা মখোয়গী লাম্মি লিশিং লিশিং থাজিল্লক্লম্মী। অসিদা নত্তুনা, Mujahad force, লাম্মি ১,৫০,০০০ না শাবা অমসু শেমগত্তুনা থমখ্রে হায়বগী পাওসু কংলম্মী। ভারতগী Security force-না Cease fire line লানশিনখিদুনা Infiltration অদু অমুক্ তৌরক্তনবগীদমক্তা ভাক্তুনা লৈরম্মী। Indian Army শিংনা Pakistan না মরু ওইনা Kashmir দা চংলকপগী লম্বী ওইরিবা Haji Pir Pass অদু লৌশিল্লম্মী। September তাং ১ দগীদি Indian Air Force না Chhamb Sector দা Bomb থাদবা হৌরম্মী। Communist China না expansion তৌরকপা থিংনবা হায়দুনা SEATO অমসুং CENTO না Pakistan দা পিরকপা অক অকবা খুৎলায়শিং অমদি America গী কবদা মমিং চৎলবা Patton Tank শিং পুয়মক Indian Army গী মথক্তা Pakistan না শিজিন্নরম্মী।

Pakistan না Punjab লোমদা September গী তাং ৬ দা লান শম্বোরকই। President Ayub Khan নস্থ মাগী Broad Cast দা India Government গী মথক্তা লান তৌরে হায়না লাওথোকখিরম্মী। ভারতগী লাম্মিশিংনা Lahore Sector দা লৈরিবা Pakistan গী লমদমশিংদা লান চংলম্মী। Prkistan না নোংপোক অমসুং নোংচুপ অনিমক্তা লৈরিবা Indo-Pakistan গী সিমানা পুম্নমক্তা নোংথক্কী লান শম্বোকপা হৌরম্মী। অসিগীসু মথক্তা মথোয়না অচৌ-অচৌবা অমসুং মরু মরু ওইবা ভারতগী সহরশিং Delhi, Bombay, Cochin নচিংবা মফমশিংদা Bomb থাদবা হৌরম্মী।

U. S. না ভারত অমসুং পাক অনিনা লান শোক্রিবা মথৈ লৈবাক অনিমক্তা মতেং পিরোয় হায়দুনা খিংখিরম্মী। মতম অসিদা চীনানা পাকীস্থানগী মতেং পাংবা ওইনা ভারতা লান্দাগনি হায়দুনা কিহল্লক্লম্মী! ভারতগী লাম্মিশিংনা পাকগী লমদমশিংদা য়াম্না কয়া তকথায়রম্মী মথোয়না আমেরিকাগী Patton Tank কয়া কয়াবু মাংহল্লম্মী অমসুং Mtlitary গীOffice নচিংবা অরু অরুবা মফম কয়াবুসু থুগায়রম্মী। ভারতগী Air Force নসু নোংপোক Pakistan লোমদা লৈরিবা Military গী Office শিং অমদি মরু মরু ওইবা মফমশিং অদসুং লাম্মিশিং, পোৎচৈশিং পুথোক পুশিন তৌরিবা লম্বী থোং অয়াম্বসু Bomb থাদদুনা থুগায়রম্মী। Pakistan গী Plane শিংনা নোংচুপ বেঙ্গল, আসাম অমসুং ত্রিপুড়ানচিংবা

Civil area শিং থৱদা Bomb থাদখিৱম্মী।

মতাং অসিরাৱদা অমুক চীনানা ভারত্তা Sikkim অমসুং চীনগী লংদাৱদা লৈরিবা ভারতগী ল'ম্মিশিং অমসুং মরু মরু ওইবা Office নচিংবা মকম পুম্নমক সুমিৎ হমনিগী মসুংদা লোখোক্তবদি খুদোংথিবা থোকচনি হায়দুনা Peking গী Radio দা লাও-থোক্লম্মী। অসুম্না মতম পিবসি সুমিৎ হমনি অমসু য়ৈথোক্লবা মতুংদা, মমৈথংদদি, India Government না তশেংনা মখোয়গী কিহনবা অদুবু থৌশাবিক্রবসু, মখোয়গী Demand কংলে হায়শিন্নদুনা করিমত্তা তৌদনা তোকচথিরম্মী।

ভারতগী লাম্মিশিংনা মথং মথং তকশিনখিদুনা Uri, Pooneh, Jaurian, Jammu-Sialkot, Lahore অমসুং Barmer নচিংবা মকম শংবু লৌশিন্নম্মী। September গী তাং ২০ দদি Pakistan গী অশিবা অমসুং অমাংবসি য়াম্না য়ামলম্মী। মখোয়গী লাম্মি ৩,৮০০ রোমগী ওকয়াদা শিথিরম্মী। অসিগী মসুংদা ৪১২ না অফিসার ভোঁকা ওইরম্মী। Tank না ৩০০ থক মাং-থিরম্মী। Air craft ৬৪ থকসু কাপথায়দুনা উৎ ওইখিরম্মী।

ভারতগী মায়কৈদনা লাম্মি ৯৭৬ শিখি, মদুগী মসুংদা অফি-সারনা ৬৪ থক য়াওখি। Tank না ১০০ অমসুং Air craft না ৩২ তমক মাংখিরম্মী।

লান অসি লেপনবা হোৎনরিবা Security Council না September গী তাং ২১ দগী পুং ৭২ গী মনুংদা Cease fire তৌনবা হায়রৈক অনিমক্তা Demand তৌরম্মী। Cease-fire গী Order অদু ইংলোক ১৯৬৫ গী Sepeember তাং ২৩ গী নোংয়ায়দগী চৎহল্লম্মী। অদুবু Pakistan না Cease-fire গী Order বু হল্লা হল্লা থুগায়রকপদগী India Government না মখোয়গী মথক্তা charge তৌরম্মী। October তাং ২২ ফাওবগী মনুংদা Pakistan-না Cease fire গী Order বু ৫৩৬ রক হল্লা থুগায়দুনা লোংহৈ কাপলম্মী। Pakistan না India Government বুসু Cease-fire গী Order বু থুগায়রে হায়দুনা Charge তৌরম্মী। অদুম ওইনমক য়াম্না পাকথোক চাওথোক্না লোক্লবা লান্দি তৌখিদরে। India না মায় পাকপা হায়বদু ওইবনিনা য়াম্না খাংবা কনবা উত্তু না Cease fire গী Order অদুবু, ফনা য়াম্না Pakistan না থুগায়-রক্লবসু, ভাক্লমম্মী। লৈবাক অয়াম্বনা India না অরোয়বা ফাওবা হায়বদি মপুং ফানা Pakistan বু জয় তৌদুনা লোয়শিনবা পাম্লরম্মী। অদুবু, অথাং কল্লবা অমসুং হৈশিংলবা শ্রীশাস্ত্রীজীগী পাওভাক্লানমহক্তু না মদুবু খিংখিরম্মী।

হৌজিক্তি শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীগী মিংচৎ অসি অতিয়া থেংনা য়াংল্লে। মহাক অসিবু ইচং থোবা অমসুং মথৌনা লৈবা, Democratic Principle বু খায়দগী হেন্না খুদোংথিরবা ফাওবদা ভাকপা অমসুং মরৈবাক মজাভিগীদমক্তা মাগী থবায় হকচাংবু

কৎথোকপা ঙম্বা অচুম্বা লূচিংবা অমনি হায়বসি পূম্নমক্কা থংনম্রে। মাগী মমিং অসি পৃথিবীগী মকম পূম্নমক্তা ইকায় খুম্নম্রে। ভারত-বাসি মিলিয়ন কয়াশিং অসিনা হৌজিক্তি মকম খুদিংমক্তগী ইনৌ নৌবা ইকায়খুম্নবা অমসুং থাজববু ফংজরে। মমাংঙৈগী অমুক হেন্না প্রজাশিংনসু পূকচেল থোয়জেল তিন্নম্রে। মাগী মমিংনা মঙ্গ ওইরম্রে। হৌজিক্তি মানা চৎখিবা মকম খুদিংমক্তা মাবু প্রজা মিলিয়ন মিলিয়ন্না ইকায় খুম্নবা হৌরম্রে। অসুম্না ভারতগী অমসুং মপানগী মকম খুদিংমক্তা সুংঙায়বগী ইথক্কা পূমহৌ হৌরম্মী।



৯

# "তাস কেণ্ট"

Soviet Republic of Uzbekistan:গী কোন্নুং Tashkent হায়বা লমদম অসি মী মিলিয়ন অমরোম লৈবা, Central Asia গী মনুংদা খ্বায়দগী হেন্না চাউরবা সহর অমনি। মসি য়াম্নাশু কজরবা সহর অমনি। হৌজিক্তি মসি পুমশং শংলে, Century খরগী মমাংদদি মসি পুমকং কংবা লৈবাক অমগী ময়াম্নদা লৈবা উ-রা খরা হৌবা, পোথানকম ওইবা মকম অমগী মনাক্তা লৈরম্বনি, অদুগা লৈবাক অ সিদ, কাওর ফাওরবা নিংথৌরেলশিংনা শারম্বা য়াম্না চাও-কজরবা ফুড়াশিং অমসুং Turquoise গী কোম্নুংশিংনা ইকোর কোয়না লৈত্তেংলম্মী। অদুবু ঙসিদি, মসি হৌজিক্কী মতমগী চৎ-নবীগী মতুংইন্না শেমজুনা নিংথিজরবা সহর অমা ওইরে। Tamerlane গুম্বা নিংথৌরেলশিং কয়াগী অমলবা কোন্নুংশিং অমসুং Madrassas শিং অদু হৌজিক্তি Factory শিং, School শিং অমসুং Technological Institute শিং ওইনা মহুৎশিনজিল্লুনা নিংথিনা থমগ্রে। Industrial Town অমা ওইকগী কজবদা নত্তনা অতিয়াগী লম্বাশু chimney শিং, Phylon শিং, মথক্তা পুম্বিবা Power Transmission line শিং অমসুং T V antennae শিং অদুনসু থোয়না হেন্না নিংথিজহল্লমী। মকম খুদিংমক্তা অরিবা অমসুং

অনৌবশিংগী খুদম্না থম্না উবা ংলি। নিংথিজবা লৈশিংনা থম্না শাংলবা Park কয়া কয়া লৈরি, ইশিং চায়বী কয়া কয়ানা সহর অসিদু লৈরেংলি অমসুং Square ওইবা অমসুং Apartment য়াওবা যুম কয়া কয়ানা থম্না নিংথিনা লৈরি। মাগী Cafe শিং অমসুং Department store শিং অদুনা অমুকসু ইনৌ নৌনা উংল্লি। Pakistanis অমসুং Indian শিংগীদি খোয়দোক হেনদোক্লা হৈনগদবা মফম ওইবা Tashkent নি। মসিগীসু চাগী হোটেলশিং, Mohalla association শিং অমসুং Madrassa শিং Delhi গুম্না লৈরি। শম্না হায়রবদা, হৌজিকী মতমগী কজবা পুম্নমক্লা গুনা হিল্লিবা Tashkent সহরনি।

ইংগোক ১৯৬৬ গী January থাগী তাং ৪ দগীনা তাং ১০ কাওবা Tashkent দা তৌগদৌরিবা Conference অসি Premier Kosygin না Indo-Pakistan অনিগী মরি অসি শান্তি ওইনা ভায়শিন্নবা হায়দুনা কৌবনি। ভারতগী প্রধান মন্ত্রী শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা বার্ত্তন অসি ইহান হায়া লৌরম্মী। Pakistan গী President Ayub Khan নাঁ বেতায়া লৌখিবনি।

মিতিন অসিমক মরম কয়াদা য়েংঙ্রবদি নাতৈ কয়া চাদবা অমা ওইরম্মী। পৃথিবীগী অচৌ অশাং পুম্নমক্লা তৌগদৌরিবা অসিবু য়াম্না চিংনরম্মী। লাক্লুনা ভিময়গদৌরিবা কাংবু অনি অসিমক লান কয়া শোক্লরবা মতুংদা ওইরম্মী। মখোয়না অমগা অমগা পুক্লিং

তিন্নদনা অমসুং অমুক হন্না মরূপ ওইবা য়ানদবা মওংদা লাক্লরম্মী। Pakistan গী কাংবুনা Indo-Pakistan থৎনবগী মরূ ওইবা মরমদি Kashmir গী ৱাহৌদগীনি, মরম অদুনা থন্নবা অসিদা Kashmir গী ৱা অসিনা মরূ ওইনা অহানবদা শোয়্নদনা থন্নগদবনি হায়না হায়রম্মী। ভারতনা Kashmir দি ভারতগী শরুক অমনি, মরম অদুনা মসিগী মরমদা সুথন থন্নরোয়্নদবনি হায়না লেপ্লম্মী।

Conference অসিগী ৱাহৌদোক্লা Soviet Union গী Premier Kosygin না মাগী পুক্নিংদা লৈবা ৱা খরা অসুম্না ফোংদোকখি। মহাক্না হায়রকই; "মহৌশানা মিতিন অমতদা অসুক য়াম্না অরুবা Problem শিং লোয়্নদা থন্নবা হায়বসি অরুবা থবক অমনি। অদুম ওইনমক, হৌজিক হৌজিক্কী ওইবা অরুবা ফিভমশিং অসিগী মরিদা য়াম্না থাজনদা অমসুং মুংশিননা থন্নখোক্লুনা য়াম্নবা অমা পুরকপা অদুনা খ্বায়দগী হেন্না মরূ ওইবনি।" মহাক্না অসুম্না Philosopher অমগুম্না মখাক্সু তাখি মদুদি Government অমগা অতোপ্পা Government অমগা চুংডায়নদবশিং অদু তশেং তশেংনা হায়দোক্লরগা চান্ন-মুংশিনা লৈমিন্নবা, অমনা অমদগী হন্দোকপা ৱাবা খোংকম মখৈ হন্দোক্লদুনা তৌবনা য়াম্না অফবা অমা ওইবতা নত্তনা মুংডায়নরমদবা পুন্নমকসু মাংনখিনি অমসুং খৎনরম্বা পুন্নমক্কী মরুবুসু মুৎথৎনখিবা ভমগনি হায়না।

অহৌবদগী হৌনা ভারতনা লেপ্পা ফিরেপ্তী লৈবাক অনিমক্না Force শিজিন্নবা থাদোক্লদুনা য়াম্না শান্তি ওইবা মওংদা অনিমক্কী

পেল্লদব অদু টেবলদা পুখোরজনা খল্লরগা তায়শিল্লবা অসিনি। Conference অদুগী অকৌবদা শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনস্তু অস্না হায়খি ; "ঐখোয় লৈবাক অনিমক্না মায়ৈোরজনা খল্লগদৌরিবা অসিবু Force শিজিনজনা ঐখোয়গী খেন্নখিবা পুক্লিংদিং অসিবু চুমথোকনি হায়বা ? নত্ত্রগা ঐখোয়না Force অমত্তা শিজিন্নদনা শান্তি ওইনা য়াননবা যাননি হায়ব্রা ?" ঐখোয়গী মিতিন অসিগী মক ওইবা হায়রদি ঐখোয়না কৌখিবা মরালশিং পুম্নমকপু অমত্তা থিনদনা তুংগী অনৌবা, ফগদবা তঙ্গা য়েংজনা তৌগদবনি হায়না মহাক্না মখাস্তু হাখি। মহাক্না Indo-Pakistan অনিগী মরি লৈনবা অসিগী অনৌব পুন্দপ অমা ওইনা Conference অসিনা হাংদোকপা পামলম্মী : অদুগীদমক্তা, অতৈ অতৈ হিরমশিংগীস্তু খল্লনবীদমক্তা খোঁ হাংদোকনা থমলি হায়না মহাক্না হায়রম্মী। ঐখোয়না মরম খবদা পুক্লিং তীরববা লৈরবস্তু, ঐখোয়না শান্ত ওইবগী লম্বীদা মখম চুল্লদা খক পাদোকলোয়দবনি হায়না থীন্দুনজস্তু তাক্লম্মী। মহাক্না মিতিন অসিবু মহে য়াম্বগীদমক্তস্তু মায়কৈ অনিমক্না কন্না হোৎননবা হায়রম্মী। মহাক্না হায়রকই ; "ঐখোয়গী অশাদি লৈবাক অনি অসিনা মপুং ফানা মরি লৈননবা তৌবনি। খুদম ওইনা হায়রবদা Cold war গী মৈখু শুনরিবসি পুমক্লক কুক্তোকপা, অমগা অমগা লল্লোন ইতিকী মরাদা শিংরক্লীবা অসি অমুক হিংগৎহনবা".... ... অসিনচিংবা ময়াম অসিনি।

Pakistan গী ফিরেপ্তী ভারত অমস্থং Soviet Union দগী য়াম্না তোপ তোপ্পা অমা ওইরম্মী। মখে য়গী ফিরেপগী মরমদা President Ayub Khan না মি'তিন অসিগী অ হাবা Session-দা অস্তম্না হায়রকই ; "শান্তিনা ঐখোয়গী থরায়নি—মসি থা.দাকপা য়াদ্রবা রাকমনি। অদুবু শান্তি অদু পুন্নিংনা নিংহত্তনদি করিমত্তা কান্নদে। শান্তি মানবা অদুনা অশেংবা শান্তিগী মহুৎ শিনবা শক য়ারোয়।" মতাং অসিদা মহাক্না মমাংঙৈদা United Nations গী General Assembly দা মায়কৈ অনিমক্না য়ানড়না তৌখিবা No-war Pact অদুবু পন্দুনা ঙাংলম্মী। মহাক্না হায়রকই, "A no-war Agreement অদুত্তনা, ঐখোয়না হন্নদুনা তোথায় তো-থায় ভান্নরিবসি লায়না তায়শিন্নবা ঙমগনি।" President Ayub Khan না Kashmir গী মমিং মতাং অসিদা পন্দ্রবস্তু পুন্নমক্নদি মানা হায়রিবসি Kashmir বুনি হায়বদু অদুম খ নরম্মী।

অসিগুম্না পুক্নিং থেম্নবা মরম কয়ামুকসি লৈবা মরম অদুনা Conference অসি Agenda অমত্তা য়াওদনা হৌরম্মী। Soviet Union না মতাং অসিদা লৌরিবা Role অসিবু India অমস্থং Pakistan অনিগী মপুক্নিংদা থেম্নবা অমা লৈরম্মী। Pakistan না Soviet Union না তৌরিবসি Mediator অমা ওইবনি হায়না খনখি অমস্থং India নদি অনিগী তায়শিন্নবদা, অফবা মওংদা মতেং পাংনবা ওইনা লৌরম্মী। মিতিন অদু হৌদরিঙৈগী মমাংদা India অমস্থং Pakistan গী Delegate শিং অদু য়াম্না নুংঙায়নদনা

উরম্মী। শৈংকৌ অসি হৌবগী অধিবাস ওইনা, Premier Kosygin-৭, প্রধান মন্ত্রী শ্রীশাস্ত্রীনা অমসুং President Ayub Khan অনিনা লৈরিবা মফমশিং অদুগী ময়ক্কা লৈবা Villa (মী থুংফম অমসুং লৈফম) অসিদা অহানবা মিতিন অদু তৌনবা শিল্লম্মী। মদু হায়্না হায়্নবা নত্তবনা, Premier Kosygin সু লাক্লম্মী। মখোয় অহুম্মক্কী মখোয় মখোয়গী মকোক ওইবা Aides শিংসু য়াওনরক্লম্মী। মিতিন অসিদা Mr. Kosygin না চুম্মতা লাক্লগা য়াওবদা নত্তনা নকল অনিমক্তা লুচিংবাশিংগীসু তোঙান তোঙান ফম্বিনদুনা য়াম্না কন্না য়ারি শারম্মী। নাকল অনিমক্কী লৈনরিবা ইরাং অদুনা থবা করক্কা উরবসু মওং অমুম্না চৎথরকই। Pakistan গী কাংবুনা হন্নবদা মরু ওইনা পাম্বদি Issue অনিনী, অমনা Kashmir গী মরমদা অমসুং অতোপ্পা অমনা India গী লান্মিশিং লেংথোকপনি। ভারতনা পাম্বনা মহৌশা লৈনবা মরিগুম্মা অদুম লৈনদুনা Force অমতা শিজিন্নরোয় হায়না নাকল অনিমক্তা য়াংদুনা লাওথোক্লবা অদুনি। Pakistan না Agenda অমা য়াওদুনা থমবা পামলম্মী অমসুং ভারতনা Summit meeting অমা ওইবনা মখোযগা কুংঙায়নদবা লৈনরিবা মরম থুদিংমক ইকোম কোম্না মুংঙায়না থমবা পামলম্মী।

মায়কৈ অনিমক্তা থবা থবা য়াম্নরক্লুনা মিতিন অদু হৌরম্মী। Pakistan না India দা, নখোয়না, ঐখোয়না হায়্রিবা Condition অমি য়ারবদি India অমসুং Pakistan অনিনা মরি মপুং ফানা

লৈনসি হায়বদু যাগনি হায়না হায়রম্মী। Condition অদুদি India-গা Pakistan গা No-War Pact তৌনবা মতমদা India গী লান্মিশিং পুম্নমক লোয়না Withdraw তৌবা অনিনি। মখোয়না মখাস্থ অসুম্না ফাবকনি মদদি শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজী অমসুং President Ayub Khan অনিনা তৌনবা Discussion দা Agenda য়াওহনবসু, Foreign Minister শিংনা Ministrial অমসুং Official level দা তাংনবা মসমদি Agenda যাওহনব হায়না।

লায়বকখিবদি Foreign Minister শিং গী meeting দা Agenda গী মরম খন্নরকপদা অয়ুক য়ানরক্লে। মহৌশানা Pakistan না Kashmir গী হায়না অহানবা Agenda ওইহল্লাংতি অমসুং মতম অদুদা India নদি শান্তিগী বা তাংনবা অদুনা মদু ক্রা থম্লিংলম্মী। Kashmir গী বারি খন্নবা মুকপাম পামলম্দে, মরমদি Kashmir দি India গী শরুক অমা ওইরম্মী।

অসুম্না য়ানবক্লুদুনা উপায় লৈদবদা, লুচিংবা অনিনা মরু ওইবা Political issue খুদি খন্নসি হায়দুনা য়ান্নরম্মী। য়াম্না Free অমসুং Frank ওইবা Discussion অদুগী মতৈনা অমসুং Premier Kosygin গী কন্না লুচিংবা অনিমক্কী মফমদা তন্নবগী পাক্নৈনা, President Ayub Khan না মতৌদা, Kashmir গী মতাংদা Pre-Condition শিং অমতা লৈতনা লান্মিশিং পুম্নমক অদু লোয়না লৌথোকপা য়াদুনা লাওথোরম্মী। অদুগা, মহাক্না

Kashmir গী মরমদা মখোয়গী view দি ইচম চম্বনি হায়রবসি, তশেংনা উৎলম্মী।

অম্বম্না হায়নখি মতুদি, President Ayub Khan না মহৌশানা মীমুংশি থংবা মীশক অমা ওইবনা, মহাক্না মাগী Foreign Minister, Mr. Bhutto গা তান্নরুবা খুদিংমক্তা মাগী নিংবা কাযবা করামুক থোক্লবম্ব. তৌরিবা Conference অসিবুদি য়াম্না মহৈ যালহলনিংখি। Tashkent declaration অদুগী নোংমগী মমাংদম্ব Conference অসি মহৈ য়াম্দনা লোয়শ্রগদ্রা হায়না অয়াম্বনা খন্নরম্মী। Pakistan না Kashmir গী Question অদু Joint Statement অদুদা পনব পাম্নম্মী। Pakistan গী Delegate শিংগী মপুক্নিংদা Kashmir গী Problem অসি অহানবদা "Self executing machine" অমগুম্না, মায়গৈ অনিমক চংনা বা ভাংনদুনা য়ান্নবা অমম্তুং মতুংদা করিগুম্বা দরকার লৈরগনা মরূপ ওইনা অমগা অমগা মযায় ওইনা চৎমিন্নবা নত্রগা মায়গৈ অনিমক্না য়ানবা Judge অমা খল্লগা বিচার তৌহনবা পামলম্মী। ভারতনা মসিদা য়ারমদে। চৌংদুম অসদা তৌরিবা Conference অসিবু থৌওইনা যেংলিবা অয়াম্বনা, করিমতা কান্নদনা অমম্তুং মহৈ অমতা য়াম্দনা Conference অসি তোকখেদকো হায়না লৌনরম্মী।

পুং খরগী মতুংদা থৌদোক য়াম্না থোকখিরম্মী। খম্মোয় খম্মোয়গী ওইবা meeting অমা তৌরম্মী। শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীগী খম্মোয় শেংনা অমম্তুং শান্তি ওইনা য়ুমলোন্নবা লৈবাকশিংগা

লৈম্ফিগ্নবা পাম্বা রাখলশিং অদুনা হন্না হন্না ফুবদা President Ayub Khan গী মপুক্লিংদা য়াম্না কনবা ইথিন অমা ওশেং ওশেংনা কাও-খিরম্মী। ভাবতনা শান্তি পাম্বা অড় কদায় ফাওবা পাম্বগে হায়বগী খুদমদি, August থাগী তাং ৫ গী মমাংদা লৈরম্বা ফিভম হায়বদি, ভারতগী লাম্মিশিংনা Haji Pir Kargil অমসুং Tithwal দগী, Pakistan না করিগুম্বা মওংদা Force অমুক হন্না শিজিন্নররোয় হায়রবদি, থাদোক্লুনা থমগে ফাওবা হায়রম্মী।

মতাং অসিদা Premier Kosygin না লৌখিবা Role দি অসিনি হায়দুনা চাংদমনিংঙায় লৈখিদ্রে। Conference অসিগী করি করিগুম্বা মতাংদা Mr. Kosygin না Government অসিগী চান্নবা অমসুং মরূপ ওইববু পুরকপা উম্নবা হায়দুনা India অমসুং Pakistan গী লুচিংবশিং অদুগা হন্না হন্না উন্নদুনা র রি তৌবদা নোংমদা পুং তরা মঙারোম চংবসু য়াওখিরম্মী। মহাক্না Peace maker অমা ওইবগী খ্বায়দগী হেন্না ফজরবা থবকপু তৌবম্মী।

অসুম্না হন্না হন্না য়েৎনবা, থাদোক্লবা য়াবা মথৈ থাদোক্লরকপা অমসুং চান্নবা মরূপ ওইবগী রাখল তৌনরকপদুনা মমৈথংদদি Tashkent Declaration অসি থোরকখি। অসিগুম্বা Tashkent Declaration অসি মায়গৈ অনিমক্কী কাংবুনা য়ানবা মওংদা পুথোক্লবা হোৎনবদা পুং তরাতরুকলোম চংখি হ য়না Mr. C. S. Jha, Indian Government গী Foreign Affairs গী Secre-

tary না হায়রম্মী। Premier Kosygin না Declaration অসিবু India অমসুং Pakistan Government অনিগী eternal Freindship ওইবগী খুদম অমনি হান্নবা হায়রম্মী। মগী কন্না হোৎনবা অদুনসু মসি থোকহনবা ঙমখিবনি। পৃথিবীগী মকম খুদিংমক্তা লৈবা শান্তিবু পাম্বা কাংবুশিংনা পাও অদু তাবদা লোয়না হরাওনরম্মী। শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজী মশামকস্ত মানা শিগদবা পুং অনিগী মমাংদা অস্তুম্না হায়খি; "মসিনা চপ চাবা Legal document অমদি নত্তে।" মপুং ফাবরা Tashkent Declaration, মীওইবগী ইতিহাসদা থায়দগী হেন্না মমল য়াম্লবা শান্তিগী document শিং অদু মথাদা লৈরিবসিনি :—

## Text of Joint Declaration.

January তাং ৪ দগী ভারতগী প্রধান মন্ত্রী শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজী অমসুং Pakistan গী President Ayub Khan অনিনা Summit talk তৌরগা Tashkent Declaration দা অস্থুম্না সহি তৌনরম্মী।

ভারতগী প্রধান মন্ত্রী অমসুং Pakistan গী President অনিনা Tashkent দা উন্নরে অমসুং India অমসুং Pakistan অনিগী মরক্তা লৈনরিবা মরিগী মরমদা থন্নতুনা মথাগী অসি লেপনরগা কোংদোক্লি মতুদি, লৈবাক অনিমক্কী প্রজাশিংনা মরূপ ওইনা

অমসুং শান্তি ওইনা মহৌশাগুম লৈমিন্নবা কন্না হোৎনদুনা থবক ওইনা পাংথোক্লবা তৌগনি। হায়রিবা থবক অসিনা India অমসুং Pakistan অনিগী প্রজা মী মিলিয়ন ৬০০ গী নুংঙাইবা য়ায়ফনবগী থায়দগী হেন্না মরু ওইবা মবমনি।

ভারতগী প্রধান মন্ত্রী অমসুং Pakistan গী Presihent অসিনা, United Nations Charter গী মতুং ইন্না য়াম্না কন্না মায়কৈ অনিমক্তা হোৎনদুনা যুংলোম্না লৈমিন্নরিবা ভারত অমসুং Pakistan অনিগী মরি অসি নিংথিনা থম্বা হায়না যানরে। থংনংবিবা অমসুং নুংঙায়নদবা মরম থুদিংমক Force শিজিন্নদুনা তায়ংশিন্নবা তৌরোয়, charter অদুগী মতুংইন্না শান্তি ওইবা লম্বীদা তায়শিন্নগনি হায়নস্থ য়ানখ্রম্মী।

India অমসুং Pakistan লৈবাক অনিগী শান্তি লৈনবগীদমক্তদি, মায়গৈ অনিমক্কী প্রজাশিংনা মখোয়গী মহৌশা লৈনরম্বা নুংঙায়নদবা পুন্নমক অদু মাংহনগদবনি হায়মা মখোয়না থল্লম্মী। মরম অসিদগী মখোয়না Jammu অমসুং Kashmir গী রাফম খন্নরকপা মতমদা হায়না, মায়গৈ অনিমক্কী মখোয় মখোয়গী হান্নগী Position শিং অদুদা হল্লোক্করম্মী।

ভারতগী প্রধান মন্ত্রী অমসুং Pakistan গী President অনিনা, মায়গৈ অনিমক্কী লান্মিশিংনা মখোয় মখোয়গী Position অদু ইংশোম ১৯৬৬ গী February তাং ২৫ গী অদু নত্তনা ইংশোক ১৯৬৫ গী August তাং ৫ গী মমাংদা লৈনরম্বা ফিভম অদুদা হন-

ভিন্নবা অমস্তুং মায়গৈ অনিমক্কা Cease-fire গী line দা লৈনবগা Cease fire গী Order বু ঙাক্কবা হায়নসু য়ানরে।

## Non-interference.

ভারতগী প্রধান মন্ত্রী অমস্তুং Pakistan গী President অনিনা, India অমস্তুং Pakistan অনিগী Internal Affair গী মরমদদি অমগা অমগা থেংনায়দবা অমস্তুং থেংনদবা হায়না য়ানরে। ভারতগী প্রধান মন্ত্রী অমস্তুং Pakistan গী President অনিনা নাকল অনিমক্তা মথংবা তৌবা Propaganda বু থিংনবা অমস্তুং অফবা মরুপ ওইনবগী মরমদা চাউখৎনবা তৌবা Propaganda বুদি পুক্লিং থৌগৎপগা লোয়ননা তৌনবা হায়না য়ানার।

## Diplomatic Missions to be Restored.

ভারতগী প্রধান মন্ত্রী অমস্তুং Pakistan গী President অনিনা, India গী High Commissioner না Pakistan দা, অমস্তুং Pakistan গীনা India দা হন্না অদু মহৌশাগুম্না অদুম থমদুনা Diplomatic mission গী থবকশিং অদু অদুম চৎথহনবা হায়না য়ানরে। Diplomatic interference গী মরমদদি মায়গৈ অনিমক্কী Government না ইংশোক ১৯৬১ গী Vienna Convention অদুগী মতুংইন্না চৎনগনি।

ভারতগী প্রধান মন্ত্রী অমসুং Pakistan গী President অনিনা, India অমসুং Pakistan অনিগী Economic অমসুং Trade Relation শিং, Communiction, অমসুং Cultural Exchange নচিংবা পুন্নমকপুস অমুক হন্না হিংগৎহন্দুনা থোরমা হেন্না মরি কনখৎনবা তৌনসি হায়না য়ানরে।

## Repatriation of Prisoners.

ভারতগী প্রধান মন্ত্রী অমসুং Pakistan গী President অনিনা মখোয় মখোয়গী Authority শিংদা লানগী Prisoner-শিংবু মখোয় মখোয়গী লৈবাক্তা হলহনখিনবা পাওতাক পিবা হায়না য়ানরে।

## Refugee Problem to be Discussed.

ভারতগী প্রধান মন্ত্রী অমসুং Pakistan গী President অনিনা Refugee গী Problem শিং অমসুং Illegal Immigration তাংখোকপগী মরমদা মায়গৈ অনিমক্তা অমুক হন্না নৌনা খন্নবা হায়না য়ানরে। প্রজাশিংনা চৎনিং চৎনিংবা মায়গৈদা চৎপবু মরম চাত্রবদি থিংনবা হায়নসু য়ানরম্মী। অদুগীসু মথক্তা মখোয়না, লানগী মতমদা প্রজাশিংগী মরল মথুমশিং অমসুং লমতুশিংবু নমহুনা লৌবিখিবদু খন্নরগা অমুক মপুশিংদা পিখোকপিখিবা হায়নসু লেপনরম্মী।

ভারতগী প্রধান মন্ত্রী অমসুং Pakisfan গী President অনিনা মায়গৈ অনিমক্কী খ্বায়দগী হেন্না রাংবা অফিসিয়েলশিংগী অমসুং অতোপ অতোপ্পা মখাগী থাক্কীগী, নাকল অনিমক্কী কান্নবা মতুং ইন্না Discussion তৌনরনবা হায়না য়ানরে। নাকল অনিমক্না Indo-Pakistani অনিগী অপুনবা Body অমা থন্নগা মতুনা মখোয় মখোয়গী Government দা করি করি থন্নরগা কান্নগদ্রগে হায়বদু report তৌহনবা অদিসু য়ান্ন। কান্নবা অমা ওইগনি খন্দুনা য়ানরে।

ভারতগী প্রধান মন্ত্রী অমসুং Pakistan গী President অনিনা Soviet Union গী লুচিংবশিংবু, Soviet Government-বু অমসুং খোয়দোক হেন্দোক্লা USSR গী Council of Minister গী Chairman বু, মখোয়গী Constrtutive ওইবা, মরুপ ওইবগী মতৌ অমসুং পুকচেল য়াম্না চাউবগী শরুক লৌদুনা লৈবাক অনি অসিগী হায়বদি Indo-Pakistan অনিগী অমগা অমগা য়ানবা তৌদুনা অফবা মহৈবু পুরকপগীদমক্তা, য়াম্না থাম্মোয় শেংনা তৌবিমল থাংববু উংলি। Uzebekistan গী মরুপ ওইরবা প্রজাশিংবু অমসুং Government বু মখোয়গী মবুকচেল চাওবগা লোয়ননা তৌবা ব্যবহার অমসুং ঐখোয়বু য়াম্না হরাও তয়াম্বগা লোয়ননা ওকলম্বা অনিনচিংবগীদমক্তা ঐখোয়না মখোয়গী মফমদা য়াম্না থম্মোয় শেংনা থাগৎচরি। USSR গী Council of

Minister গী Chairman বু মখাযগী Declaration অসিদা সাক্ষি ওইনবগীদমক্তা মখায়না বাহৈন তৌখি।

| | |
|---|---|
| Prime Minister of India<br>Lal Bahadur<br>Tashkent, 10 January 1966 | Presidet of Pakistan<br>Mahammad Ayub Khan. |

লান্দা অমসুং মতুংগী শান্তিগী থবক্ত' শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজী অসিনু America গী President Abraham Lincoln গা মরম অয়াম্বদ' মান্নবগুম তৌখ্রী। President Lincoln না হাঙ্গী অহিং-ক্রবগী অহৌবা Speech দা ঙাংখিবশিং অদুগা শ্রীশাস্ত্রীজীনা কোংকোকখিবা ফাবশিং অমসুং মতৌশিং অদুগ। অমত্তা ওইনা তৌরম্মী। মসুদি :—"With malice towards none; with charity for all; with firmness in the right, as God gives us to see the right, let us strive to finish the work we are in; to bind up the nation's wounds, to care for him who shall have borne the battle, and for his widow, and his orphans—to do all which may achieve and cherish a just and lasting peace among ourselves and with all nations." Abraham Lincoln-না Civil war গী মতুংদা শান্তিগী থবকতোমদা অমুক মায়ওন-

শিনখিবগুম্না, শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজাস্ Indo-Pakistan গী লানগী মতু'দা শান্তি ওইনা তায়শিন্নবগীদমক্তা মায়গৈ অসোমদা কন্না মমার লৈশিন্নকখি। তোঙান তোঙানবা শতাব্দীদা, তোঙান তোঙানবা পৃথিমীগী মফমদা মখোয়না পোক্লবস্ মখোয়গী মপুন্সিগী হৌরকপা অমস্তুং কিদমশিং অয়াম্বদা য়াম্না মান্নখিবা মী অনিথক ঐখোয়না মফম অসিদা থেংনরে। মখোয় অনিমক য়াম্না লায়রবনা হৌরক্লবস্, থাজবা অমস্তুং থবক কন্না নোম্বনা মী অ:চৌবা অমমম ওইখিরম্মী। মখোয়না মখোয়গী মপুন্সিদা থেংনখিবা অরাবশিং অদুদগী মখোয়গী তৌবা ঙম্বগী শক্তিশিং অদুস্ পোকখিরম্মী। মখোয় অনিমক য়াম্না অথাং কনবা, মীতুংশিথংবা অমস্তুং নোল-লুকপা মীশক ঙাক্তা ওইরম্মী। মখোয় অনিমক অচুম্বদা অমস্তুং অফবা থবক্তা মথরায় লুপ্না মীশক ঙাক্তাস্ ওইরম্মী। অনিমক থম্মোয় য়াম্না চাউবা ঙাক্তনি। মখোয় অনিমক হরাও ঙয়াম্ববুস্ পাম্বা মীশকমক্তনি। করি করিগুম্বা মতমদা মখোয়ে মশাক্তা তুংঙায়জদুনা লৈখোকপস্ হৈরম্মী। মখোয়না সুংঙায়বা রাখলতা থন্দুনালৈজরবস্, মখোয়গী মফমদা মশা মশাগী অরাংপা অমস্তুং অশোয়বা লৈবস্ থংজে, অদুম ওইনমক inferiority comqlex হায়বদি অতোনবা অমস্তুং মথা পোনবগী রাখল'দ মখোয়গী লৈরমদে। অসিগুম্বা পৃথিবীগী মমুংদা থায়দগী হেন্না চাউরবা Democracy চৎলবা লৈবাক অনি অসিনা মখোয়গী নিংজবা অমস্তুং পামজবা থবক্তী ওন্তৈনবা লান্দা কিভম্না য়ারক্তদুনা তৌবা

তাখি অমসুং মমায় পাক্লা লানসু তেঁখিরম্মী। লানথম কিরান থেৎলমদায় মতম কাওবদা মখোয়না অস্রুম্না হায়খি; "মখোয়না মখোয়গী ঈশ্বরগা লোয়ননা নোল্লক্লা চৎলি।"

Tashkent গী মিতিন অসি অরোয়বদা য়াম্না কন্না লোয়শিন্নম্মী। Soviet Union গী Premier Kosygin না শ্রীলাল-বহাদুর শাস্ত্রীজী অমসুং President Ayub Khan অনিদু ইকায় খুম্নবা উৎপা ওইনা পিরবা উৎসব অদুগী মতুংদা লুচিংবা অনি অদুনা অস্রুম হায়না শায়নরম্মী :—

President Ayub :—"Khuda Hafiz"

"ঈশ্বরনা নংগা লোয়নশনু।"

Mr. Shastri :— "Khuda Hafiz," মতুংদা

"Accha hi ho gaya."

"পুম্নমক অফবা ওইরম্মী।"

President Ayub :—"Khuda accha hi karega."

"ঈশ্বরনা অফবা অদুতা ভোগনি।"

অনিমক্কী অস্রুম্না হায়নরগা Soviet Union গী Prime Minister Kosygin অমসুং Uzbekistan গী President Madam Nashirnddinova, অনিগা খুৎ শোক্নরম্নগা মখোয় মখোয়গী লৈফমদা হল্লখিরম্মী।

শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা Tashkent দা মাগী মপাঙ্গল অমসুং শক্তি হেক লৈজবা মথৎ পুথোক্নুনা কম্না হেৎনরম্মী।

শান্তিবু পামজবা মহাক্না, India অমসুং Pakistan অনিনা লায়বক থিবদগী শোক্লখিবা লান অদুবু মথল্লায় য়াম্না শোকখি অমসুং লৈবাক অনি অসিনা আ-তুংকোয়বা ফাওবা শান্তি ওইনা লৈমিন্নবদু মহাক্না য়াম্না পামজরম্মনি। মরম অদুনা মহাক মশাংক্না কেক ভমজবমখৈ য়ানদবা রাখল পুন্নমকপু য়াননবা ভৌরকপা, অমুক হন্না মরূপ ওইননবা হোৎনবা, অমগা অমগা থাদোক্লবা হন্দোক্লবা য়াবা মখৈ থাদোক-হন্দোক্লন্দুনা মন্নায় ওইনা চৎমিন্নবা অমসুং অমগা অমগা য়েংনক্লিবশিং অদু চুমথোক্লহনা য়ানবা, অসিনচিংবা পুন্নমক অসি থোক্লনবা কন্না মানা হোৎনখি। Tashkent গী Prospect শিং অসি অসুম্না মথংগী মুমিৎ অদু ফাওবদা য়াম্না চিংননা অমসুং মুংঙায়নরম্না লোয়রগন্রা হায়না খন্নবনি অদুবু শ্রীশাস্ত্রীজীগী হোৎনবা কনবা অদুভনা মহৈ য়াম্না লোয়শিনখিবনি।

Tashkent দা, চহোল অমদা পাংথোকখিবা থবক অদুনা মংগী পুন্সিদা India অমসুং পৃথিবীগী ফনবগীদমক্তা, খায়দগী হেন্না কজনা অমসুং মমাথ পাক্না ভৌথিবা শরুক অমনি হায়না ইতিহাস ইবশিংনা Record তৌবা য়ায়। মহাক্না India অমসুং Pakistan অনিগী মরক্তা শান্তিগী অনৌবা লম্বী অমা নিংথিনা কাত্তুনা থম্বী-রম্বী অমসুং অশুম্না, লম্বী অসিগী মতুংইন্না ভৌরবদি India অমসুং China অনিগীসু শোয়দনা শান্তিগী লম্বী শেম্বা য়াগনি। পৃথিবীগী খায়দগী হেন্না লুরবা অমসুং চয়েৎনরবা Problem শিং অসিসু

খাংবা করবগা লোয়ননা মরম থিদুনা অমসুং অকবা অাপা তৌদুনা হোৎনরবদি শোয়দনা Solve তৌবা ঙমগনি হায়নসু Tashkent-গী থোদোক অসিনা খুদম ওইদুনা অনৌবা থাজবা অমা পোকহনখ্রে। Tashkent গী Spirit অসিবু, Asia গী জাতিশিং অসিনা মখোয়না শান্তিগী লম্বী থিরিবসিদা, লৌরবদি, ভারতগী লুচিংবা অসিনা মাগী মথৱায় কৎথোকখ্রিবসি করিগুম্বা মওং অমদসু সুংঙায়তক্ষম থোক্কে।

ইতিহাস ইবশিংনা লৈখিদ্রবা লুচিংবা অসিনা থা ১৮ গী মনুংদা অঙকপা কংনা পাথোক্লম্মীবা থবকশিং অসিগীদি Judge তৌবা ঙমগনি হায়না অসুম্না হায়নৈ, তৌইগুম্বসুং, মানা মতম থরা শাংনা হিংদুনা লৈরম্লদি, মানা করম করম্বা অচোবা থবকশিং পাংথোকপা ঙমলমগনি হায়বদুদি মখোয়না থক হায়বা ঙম্মোয়। মতাং অসিদদি মহাক্কীসু, President Jhon F. Kennedy বু মনুং মতম চাদনা হাৎখিবগুম, মপুন্সি য়াম্না তেনখিরম্মী। মওং থরদা য়েংলবদি মহাক শান্তিগীদমক্তা হোৎনবদা মথৱায় থাখিবনি। Jesus না Sermon on the Mount দা অসুম্না হায়খি ; —

"Blessed are the peace makers ;
For they shall be called the sons of God."



# "অ:রায়বা মুমিৎ"

শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা মহৌশাগুম্না, মাগী হেক লৈজবা মপাঙ্গল মথৈ Tashkent Conference অসিদা শিজিন্নখিরম্মী। মহাক্না মুমিৎ খুদিংগী থবক অসি পাথোকপা ওম্নবা হায়দুনা, পুং ১৬ ওগীনা পুং ১৮ কাওবগী মনুংদা থবক শুখি হায়না ময়াম অদুনা হায়নৈ। মহাক্না মী য়াম্না লোয়নরবস্থু, খায়গী মরুদি মহাক্না ওইরম্মী। মহাক্না অমগা অমগা য়ানাবগীদমক্তা, President Ayub Khan অমস্থং Premier Kosygin গা তোঙান তোঙান কম্মীয়দুনা পুং কয়া কয়া চংনা অরু অরুবা থবকশিং অদুগী মরমদা য়ারি তৌমিন্নরম্মী। অদুগা অমুকন্থ মাগী staff গী মীশিংগা লোয়ননা কম্মীয়দুনা পুং কয়া চংনা পাকথোক চাউথোক্না discussion তৌরম্মী। অদুগীস্থ মতুংদা অমুকস্থ মাগী Secretary শিংনা অতোপ্পা Leader শিংগা মাগা ওাংনরুবগী মরম পুম্নমক অদু য়াম্না চেকশিন্না মাঙোন্দগী হংদুনা Note তৌরম্মী। Pressmen শিং, Radio অমস্থং T. V. কাংবুগা মতম শাংনা অমুক কম্মিয়দুনা Conference শিংস্থ তৌরম্মী। Formal অমস্থং Informal ওইবা Lunch শিং অমস্থং Dinner শিং কয়ামুকস্থ তৌদবা য়াদদুনা তৌখিরম্মী। মশিস্থ, অয়াম্বনা মতম য়াম্না চংনা বারি তৌবনা

নমলম্মী। অসিগুম্বা লুমলবা পোৎলুম ময়াম অসিনা ননবদা মশা· শোল্লবা শ্রীশাস্ত্রীজী, হায়স্ত্র অনিয়ক Heart attack ভোগ্রবা, থাংবা য়াখিদ্রে। অদুবু মহাক্না শান্তিগীদমক হোৎনরম্বহ্ মমায়দি খিখিরমদে। Defence Minister Chavan দা মহাক্না শিরম- দায়গী পুং থারগী মমাংদা অম্রুম্না হায়রম্মী ;—"ঐখোইনা শান্তিগী দমক্তা ঐখোইগী হেক লৈজবা পাঙ্গল পুম্নমক পুখোক্তুনা শোইদনা লান থেংনগদবনি।" বাহৈ থম্না অসিনা মাগী মুংশিজরবা ভারত জাতিশিংগী মকমদা হায়রম্বা মাগী অরোম্বা পাওজেলনি।

Tashkent Conference গী অরোম্বা মুমিৎ অসিদি মহাক্না য়াম্না থম্মোয় বাংজরবন্‌ মাগী মশাদি য়াম্না শোম্থখিরম্মী। মুমিৎ অসি মুংদাংগী পুং ১০'৩০ ভাবদা মহাক্না Radio-Telephone দা মাগী মচানুপি অহল Kusum, মমাকচুপা V.N. Singh অমসু মচানুপা অহল Harikrishan গা বারি শারম্মী। Mrs. Shastri গদি অপনবশিং থম্না লৈবদগী বারি শানিম্বা ওখিমরদে।

মানা শিগদবা অহিং অসিগী পুং ১১ য়োম ভাবা মতমদনা শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা Home Minister Gulzarilal Nanda গা Telephone দা বারি ওায়হাক ভোরম্মী। শ্রীশাস্ত্রী- জীনা Tashkent Declaration গী মরমদা Hindi না য়াম্না নিংখিজনা পাও ওম্মকখি। পাওশিং অদু ভাবদা Mr. Nanda

না শ্রীশাস্ত্রীজীদ হায়রকই ; "নংনা লানগী লুচিংবা অমা ওইবদা কবদা নত্তনা শান্তিগীদমক অকবা লুচিংবা অমনি হায়বহ্ন নিংখিনা উৎলে।"

শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা শ্রীনন্দজীগা য়ারি শায়বা অমসুং কাগী ওায়হাক তৌনবা মতম অদুদা মাগী ম য়েথোং অদু য়াম্না মুওায়না উবম্মী। মহাক্না কাগী ওইনা Home Minister শ্রীনন্দজীগী মঙ্গন-দগী, মহাক্না ভারত্তা হল্লকপা মতমদা Kabul দা নোংমত্তং পোথা-রকে হায়না ছুটিগী Permission লৌরম্মী। মদু তাবদা শ্রীনন্দজীনা শ্রীশাস্ত্রীজীদা নোক্না নোক্না নোংমত্তা নত্তনা নিনি'হুমনি পোথারকউ হায়না হায়রম্মী। অদুবু, "মীনা শিনবনা অমা, লায়না তনবা অমা" হায়বদু থোকত্রে। নোংয়ায় মতুং পুং ১ মিনিট ২০ গী অদু-বায়দা মহাক্কী লোক খুবা অদু হৌরকখি অমসুং মদুনা মচোন্দা য়াম্না অরাবা পিশিরম্মী। মহাক্না থংনরিবা কাদা লৈরিবা মাগী মরমায় ডাক্তর Chng গী মনাক্তা চেনশিল্লম্মী। ডাক্তর Chug না Iujection অমা শ্রীশাস্ত্রীজীদা কায়রগা মাগী Heart দা নোয়রম্মী। মিনিট খরগী মতুংদা Soviet Doctor শিং অমসুং Medicıl Expert শিং ভর্জন অমা লাক্রম্মী। শ্রীশাস্ত্রীজীবু য়াম্না থুনা কম্মুংদা হিপহল্লগা, Mouth to Mouth Respiration তৌরম্মী, অদুবু কায়বদি অমত্তা ফংলমদে। Dootor শিং অদুমা মাগী মিহনশিং অদু থেংবদা মিহুনশিং অয়াম্বা মাংখিরম্মী। মাগী অরোয়বা য়াহৈশিংদি "Mere bap" "ঐগী ইপা।" অমসুং "Hai Ram"

"হে রাম" হায়না হায়রগা অসিত্তনি। পুং অমা মিনিট ৩২ দা মানা মাগী অরোয়বা য়াহিপ্তা হিপখিরম্মী। Soviet Doctor শিং অদুনা অসুম্না Report পি'খ মদুদি, শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা শিবগী লায়নদি Acute Myocardial infraction হায়বদি ময়াম্না খংনরিবা Heart attack অদু'নি হায়না।

Heart-attack তৌবগী পাও অদু Soviet Prime Minister Mr. Kosygin গী মফমদা হেক য়োবগা মহাক্না খুদক্তা শ্রীশাস্ত্রীজীগী মনাক্তা য়োরকখি, অদুবু মানা হেক য়োরকপা মতুং অদুমক্তদা শ্রীশাস্ত্রীজীদি মাগী অরোয়বা য়াহিপ্তা হিপখিরম্মী। Mr. Kosygin না শ্রীশাস্ত্রীজীগী কা অদুদা মরু লুরা মতম কয়াখুক লৈরম্মী। মহাক্না খম্মোয় য়াম্না শোকপদ; নত্তুনা অরাবগী ইপাক্তা লুপলম্মী। Soviet Defence Minister Marshall Malinovsky অমসুং Foreign Minister Gromyko শু মতুং অদুদা মখং মখং য়োরকখি, অমসুং মখোয়না মকোক নোম্না লেপ্তুনা লৈখিদ্রবা লুচিংবগী মফমদা ইকাখুম্নবা উৎলম্মী। Mr. Kosyginনা কা অদুদগী থোরক্লগা মপুক্লিং রারবা Reporter শিং অদুগী মফমদা, শ্রীশাস্ত্রীজীনা শান্তিগী দমক্তা তোকখ থোকপা মাগী থৌম পূর্মমক তৌরমলে হায়না হায়রম্মী। মঙোম্দা শ্রীশাস্ত্রীজীনা হায়রম্মী। মদুদি Tashkent Declaration অদুনা নাকল অনিমকী প্রজাশিংগী চাউখৎপা অমসুং শান্তিবু পুরকনি হায়না। মতুংদা মহাক্না শ্রীশাস্ত্রীজীবু

অস্তুম্ন হায়রকই ; "শ্রীশাস্ত্রীজী অসি অচৌবা Stateman অমনি। মহাক অসি মপুক চল যাম্না চাওবা অমসুং যাম্না জ্ঞানবু লৈবা মীওক অমনি। তশেংনা মীনা মিত্তেক মীকৌস্ত থংবা মীশক অমনি। Indo Pakistan অনীনা মরূপ ওইনবগীদমক্তা অমসুং শান্তি ওইনা লৈমিন্নবগীদমক্তা মহাক্না যক্কী হেক ভুমজবা মথৌ মথৈ তৌবমলে "

President Ayub Khan বু লৈখিদবা লূচিংবা অসিগী মফমদা ইথাইগুম্নবা উৎনবা হাইতুনা মগম অদুদা কৌরম্মী। মহাক্না লাকুনা শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীগী মফমদা ইকায়খুম্নবা উৎ-লমলগা, কা অদুদগী থোরক্লুনা মহাকপু ভুম্নানা লৈরিবা News men শিং অদুগী মফমদা হায়রকই, "মসি যম্না অরাবা থৌথোক অমনি। ভুসি কয়ুক পাও অগি তেক তংবনা এনা যাম্না তশেংনা হারম্মী। এনা মসি অরাবা অমনি হায়বদি ভারতগীদমক্তা অমসুং থোইদোক হেথোক্লা ভারত অমসুং Pakistan অনিগী মরিগী-দমক্তনি, মরমদি লৈবাক অনি অসিগী মরি অসিদা মহাক্কী অমসুং এহাক্কী দায়িত্ব যাম্না নিংথিনা লৈরম্মী। মহাক অমসুং এহাক, এথোই অনিনা যাম্না মক্তং মপাল থংনবা ফগদবা পুম্নমকপু শেমগৎলক্রবনি। এনা অমসুং নখোয়না, মানা শান্তিবু যাম্না পাম্মি হায়বসি নিংথিনা থংই অমসুং অদুগুম্না নখোয়না এবুসু শান্তি পাম্বা মীশক অমনি হায়বসি শোয়দনা খংলমগনি। শ্রীলাল-বহাদুর শাস্ত্রীজীনা শিক্তিবসি শান্তিগী মরমগীদমক্তনি। Uzbeck গী

Capital city, Tashkent গী প্রজা মিলিয়ন অমনা তুমিন তুমিন লেপ্লুনা, শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীগী অশিবা মশাবু Gun carriage অমদা হাপ্লুনা Soviet গী Premier Kosygin অমসুং President Ayub Khan অনিনা মকোক থংনা মরেংবান্দা হাপতুনা, Soviet plane দা হাপকৎনবগীদমক্তা Airport তান্না পুরকপা অদুদা, ইকায় খুম্নবা উৎলম্মী। শ্রীশাস্ত্রীজীগী মশাবু Air-port দা Full Military honours গা লোয়ননা থম্মী। তুম্বংননা, অরাবগী বঙ্কায় মখোল মরক অদুদা, Mr. Kosygin, Mr. Gromyko অমসুং অতৈ অতৈ অতোপ অতোপ্পা Soviet লুচিংবশিংনা মকোক তুপি য়াওদনা লেপ্লুনা লৈরম্মী। পাও তাতুনা Soviet Union শিনথুংনা অয়ুক অঙনবদা শন্দোকখিরম্মী। মফম পুম্নমক্তা অমসুং মায়গৈ খুদিংমক্তা অরাবা নুংঙাইতবগী শকফম্তা মঙাইরম্মী থরদি মখোল থোরা কপ্পরম্মী। Izvestia থবকনা অসুম্না ইদুনা মখোয়গী অরাবশিং অদু ফোংদোকখি মতুদি, শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজী লৈতরবসি ভারত মতোম্মতগী অমাংবা নত্তে, Soviet Union গীসু অমাংবা অমনি হায়না।

ঐখোয়না খংজিনবা য়াবা অমদি, অসিগুম্বা অঙকপা অমসুং অরাবগী থৌদোকশিং অসিদা শ্রীগান্ধীজী অমসুং শ্রীশাস্ত্রীজী অনিমক্তা মাননা থোকখিবা অসিনি। অনিমক October গী তাং ২ দা পোক্লম্মী অমসুং অনিমক Bahaula Panchami হায়বদি পুনিমা

মতৃং মুমিং মঙানি কোম্বুবা Hindu calendar গী মতাংইন্না "Marga Sira"•মুমিত্তুস্ত শিরম্মী।

শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা অভাং ওইরিঙৈগী মতমদা Mirza Khabb গী শৈরেং পরেং অনিথক হেক হেক ঈশৈ ওইনা শরুম্মী। মদুদি :—

If you became illthere will be none to nurse you.

If you die the body remains aldone

And there will be none even to look at it."

শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীগী মীরৈবাক্তা শিরম্মী অমসুং শিরমদয়গী মতমদা মাগী মনাক্তা শাগৈ-নাতৈ অমতা য়াওখিরমদ, মরম অদুনা শৈরেংশিং অসিগা য়াম্না চানবগুম থোকখ্রে।

শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা শান্তিগীদমক্তা শোক্লবা লানফমদা মাগী মথরায় কৎথোকখিরম্মী। শ্রীশাস্ত্রীজীনা মতম কুইনা পুন্সিসমু। ভারতনা হেক লৈরিবা মথৈ অমসুং মীওইবশিংগী অফবা থবকশিংনা হেক ভাল্লিবা মথৈ, শ্রীশাস্ত্রীজীগী হিংদুনা লৈখিগনি। মহাক্কী অশিবা মশাদি মৈনা চাক্লুনা তম থ্রবস্ত, মাগী আত্মাদি প্রজা মিলিয়নশিং অসিগী মরক্তা হরাওনা য়াওরি। "শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীনা অমর ওইরে" হায়না প্রজা মিলিয়নশিং অসিনা লাওরি। মুমিৎ নিংনগী মমাংদা মহাক্কা Indo-Pakistan অনিগী চাননবা হোৎনবগী লুচিংবা অমা ওইরম্মী। অদুবু ভসিদি, ভায়বং মীনা

খোংদাবা ভংদ্রবা অড়ুগুম্বা মফম অড়ুদা মাগী আত্মানা চৎখ্রে। অড়ুগা, মানা ভূমি হাংদোক্লুনা থনপ্লিবা চানবগী লোং অসিদা India, Pakistan, China অমসুং পৃথিবী পুম্নমক্কী সৈনারশিংনা চংবগী অপনবদি থনমদ্রে। মহাক্না জগৎকি খুদিংমক্কী Problem শিংবু শান্তিগী উপায়ডনা ভায়শিন্নবা যায় হায়বদসি মানা চৎত্রিঙৈগী মমাংদা তশেং তশেংনা ময়েক য়াম্না লানা উৎলম্মে।

Taslikent গী হচোবা থবক শং পাশোকপগীথমক্তা ভারতগী প্রজা ময়াম্না New Delhi গী palam Air-port তা চয়াও হয়াম্না মাবু ওক্কদবগী শেম শাদুনা নিঙ্খাংখ্রসিং অড়না অয়াবগী শকফম লৌড়ুনা মাগী মথক্তা যাওদ্রবা অশিবা মশা অড়ুম্বু উত্নরুনা লৈনরম্মী। মাবু য়াম্না নুংশিজখ্রবা ভারতগী প্রজাশিংগী মফমদি America না Abraham Lincoln না শিবদা য়াথিবা অড়ুগুম্বা থোক্লম্মী। Walt Whitman না হায়খিবা য়াহৈশিং :—

'Oh Captain my Captain our fearful trip is done;
My Captain does not answer, his lips are pale and still,
But the ship, the ship is anchored safe, its voyage closed and done;
From fearful trip, the Victor ship come in with object won."

য়ামদ্রবদা মী লিশিং তরারোমনা Palam Air port দা, অমসুং লাখ য়াংথৈরোমনা No. 10 Janapath গী লম্বীদগীনা লৈখিদ্রবা প্রধান মন্ত্রীগী লৈফম ফাওবা মকোক নোম্না লেপ্তুনা ভারতগী লৈখিদ্রবা লুচিংবা অসিগী মফমদা ইকায় খুম্নবা উংলম্মী।

লৈখিদ্রবা প্রধান মন্ত্রীগী হকচাংবু অমসুং Tashkent দা মাগা লোয়ননা চৎলুবা কাংবুশিংবু পুরকপা Soviet Ilyushim ১৮ না Palam Air port দা সুংথিল পুং ২ মিনিট ৩৬ দা থুংলম্মী। Air Craft অদুনা Tarmac দা হেক তাত্নুনা লেপ্লদা, অরাবনা মথোয়গী শরুক ওইরবা প্রজাশিং অমসুং মকোক ওইনা President Dr. S. Radhakrishan অমসুং Vice President Dr. Zakir Hussain না মাং থাত্নুনা অরাবা তারবা ইমুং মন্নুংগী মীশিং অত্তগা লোয়ননা plane তম্না চংশিল্লম্মী।

চীংতুম মচামুক চাউনা, লৈগী পরেংশিং, লৈশিং অমসুং আটরগুলাপগী মথোক্কা লোয়নরবা লৈশিংনা, অত্তৌবা ফিতৌ, কুপনবা থমলিবা অদুগী মথক্তা পৈত্নুনা লৈরম্মী। অসিগীসু মথক্তা Tashkent দগী প্রক্ত ময়াম লৈখ্রিদ্রবা লুচিংবগী মফমদা কৎলকপা লৈগী পরেংশিং অমসুং লৈশিং অদুনা Air Craft অদু থম্না য়াওরম্মী। মী লিশিং লিশিংনা মমিত্তা মপি তানা লৈখিদ্রবা প্রধান মন্ত্রীগী মশাবু Army Officer শিংনা, ফিতৌনা কুপলবা Stretcher দা হাপ্লগা পুথরক্লনবগীদমক্তা Air-Craft দা পুথৎখিবদু য়েংলম্মী।

মতুংদা Service Chief অহুম General J. N. Choudhuri, Air Marshal Arjan Singh অমসুং Vice Admiral Soman মখোয়না লৈখিদ্রবা প্রধান মন্ত্রীগী মফমদা সলাম তৌনবগীদমক্তা Air Craft অদুদা চংখিরম্মী। মপানগী লমহাং অদুদনা মখল অহুমগী লাম্মিশিং অদুনা মমায় লাংশিন্না Guard of Honour উৎনবগীদমক্তা থোরাং তৌনা ভাযদুনা লৈরম্মী। মিনিট খরগী মতুংদা তপনা অমসুং চাংলেন্না অশিবা মশা য়াওরিবা Stretcher অদু পুথরক্লম্মী। হৌজিক্কি অরাবগী মিকপ মীরাওথোলশিং অদু কনা অমতনসু খিংদুনা থম্বা ঙম্মরমদে। শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীগী ইমুং মনুংগী মীশিং অদুনা লাওনা কপতুনা তেংথারকই। মনাক্তা লৈরিবশিং অদুসু মখোয়গুম্না মখোল থোক্না অমসুং হিক্না হিক্না কপনরম্মী। ময়াম পুন্নমক অদুসু তুমিন তুমিন্না লেপতুনা অরাবা শরুক অদু লৌবা য়াওরম্মী।

ময়াম পুন্নমক্কী মিৎকম অদুনা মিৎয়েং অমতদা, Stretcherদা ভারত জাতিগী মচু অহুমগী ফিরান্না কুপতুনা লৈরিবা শোল্লখুইরবা অমসুং পিক্লবা মওং অদুদা য়েংনরম্মী। শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীগী মমায় অদুনা ইংনা অমসুং পোথানা লৈবগুম ময়ান্না উরম্মী। Stretcher অদুবু Air-Craft তগী পুথরক্লুনা Gun Carriage অমগী মথক্তা থম্বা মতম অদুদা ময়াম্মক অদুনা তুমিন তুমিন্না মরু লুক্না লেপতুনা লৈনরম্মী। জাতিগী মচু অহুমগী ফিরাল

অদুনা Gun Carriage অদুগী মথক্তা হেক হায়গৎপগা Rajputana Rifles গী Band party না Death march গী Band খোংদুনা তপনা তপনা চৎলম্মী ।

অৱাবগী শরুক য়াদুনা তিল্লিবা ময়াম অদুনা, তপনা তপনা কোয়দুনা Air port গী মমাংদা Procession ওইনা চৎলিবা শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীগী অশিবা মশাবু পুৰিবা Stretcher অদুদা আটরগুলাপশিং অমস্থু স্নারৈশিং খুজোক খুজোক চায়রম্মী ।

মাইল 'ত্তরাগী লমশাং অদু Delhi গী অমসুং মনাক নকপা লমদমশিং অদুগায়গী মীশিংনা, মখায়গী লৈখিদ্রবা লুচিংবনা মাগী লৈকম তাম্না চৎলিবা অদুনা, মখোয়গী হৌনবী ইকায় খুম্নববু য়াম্না নিংথিনা উৎলম্মী ।

অৱাবনা থুমহৎলবা মীয়াম অদুনা মখোয়গী মুংশিজরবা প্রধান মন্ত্রীবু অমুক্তং উজহৌনবা হায়দুনা পুং কয়ামুক ভায়দুনা লৈজরক্লবনি । মুপি, অভাং অমসুং মুপা লিশং লিশংনা পরেং পরেং ওইনা Pavement গী মথক্তা অমুক্তগী লেপতুনা লৈনরক্লবনি ।

শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীগী অশিবা মশাবু পুৰিবা Gun Carriage অদুনা 10 Janpath দা মুংথিল পুং ৪ মিনিট ১০ দা থুংলম্মী । মতুংদা Army Officer মৱিনা শ্রীশাস্ত্রীজীগী মশা অদুবু মমুংদা পুশিলখিরম্মী ।

মাঙ্গোলদা চহি ৮৫ শুরবী মমানা চৌকি অমদা ফমলগা মতৌ অদুবু য়েংলম্মী অমসুং মতম অসিদা শ্রীশাস্ত্রীজীগী মতুনা মমাংদা চৎখৎতুনা মবুক্কী ভাগী মখজায়দা মখুৎনা তপনা নানলগা বা লাওনা কপলম্মী। মতম অসিদা মাগী মনাও মুপি Sundari Devi সু মাগী মনাক্তা লৈরম্মী। অরাবনা থুমহৎলবা অঙাংশিং অতুনা মখরায় য়াওদ্রবা মপাগী মশা অদুদা "বাবা, নং কদাইদা চৎলবগে? হায়না কপনা কপনা হংলম্মী। অহল ওইরবী মমা অদুনা মাগী মুংশিজরবা মচাবু শিরে হায়বসি মানা থাজবা ঙমজরমদে। মহাক্তা হন্না হন্না হায়বকই; "ঐগী ইচানা করম্না শিরিবনো? মহাক শিদে।"

থৌদোক অসিগীদমক্তা থোওইনা থারক্লীবা লাম্নিশিং অদুনা, অশিবা মশা অদুনা ইমুং মনুংদা পুশিনখিদুনা হৌনবী থবকশিং তৌবিদুনা মতম অদুদা, মথোয়গী নোংমৈশিং অদু মনিং মমাং ওনথোক্তুনা তুমিন্না লেপদুনা লৈখি। ধর্মগী হৌনবী মতুং ইন্না গঙ্গাগী ঈশিংনা ইরু মায়থজবা অমসুং অতৈ অতৈ তৌফম থোকপা থবকশিং অদুনা পুং অনিরেম চংনা তৌরম্মী। অসিগুম্বা থবকশিং অসিদি ইমুং মনুংগী মীশিং অদুতনা তৌরম্মী।

মতুং অদুদা কু অমগী মথক্তা মশা অদু থমলগা বেদগী মন্ত্রশিং খিত্তনা পুরক্লগা মথংগী অয়ুক্কী পুং ৯ ৩০ কাওবা Plat form অদুগী মথক্তা থনম্মী। পুরোহিত কাংবু অমনা শ্রীশাস্ত্রীজীগী মশাবু কুপতুনা থমলিবা কৈরেং কৈজ্জাও অতগী য়েত্তা ফমদুনা হিন্দুগী

অশেংবা বেদগী মন্ত্রশিংবু হিদুনা অহিং অদুমা লৈরম্মী। শ্রীশাস্ত্রীজীগী মচু ইবেম্মা ললিতা দেবীনা মপিনা মশা পুম্নমক পুমচোং চোংনা মাগী মবুঙেভাগী মখোংদা মকোক্না শোরা থংগো থরো ওন্দুনা অহিং চুপ্পা অদুমা কপলি। মাগী মচানুপা হরি, Hari-krishan, Anil, Ashok অমসুং Sunil অমসুং মুপি অমা Suman অমসুং Kusum মখোয় তরুক অমিনা মপাগী অশিবা মশাগী অকোয়বদা ফমলগা "Ramdhum" খিদুনা অহিং অদু লেপ্লম্মী।

মতৌ অমুম্না লৈরকপনা অয়ুক্কী পুং ৯ মিনিট ১৫ গী অদুরায়দা Gun Carriage অদু, শ্রীশাস্ত্রীজীগী অশিবা মশা চৈরাংবগী লৈরকপিবা অদুগী মনাক্না পুশিনখিরম্মী। শাস্ত্রীগী পুরাকিংনা মখোয়গী চৌকম তোকপা হম্মগী থবকশিং তৌবা লেংবরবা মতুংদা ইমুং মনুংগী মুপি অঙাংশিংনা মখোয়গী অরোয়বা বিদায়বু য়ান্না থম্মোয় শোক্না অমসুং ইকায় খুম্নবা পিরম্মী।

ললিতা দেবীনা মাগী মবুঙেভাগী মখোংদা মরায়বক থমলগা কপলকপা অদুদদি, ভিডিবা মগ্রাম অদুগী কপ্পা অমসুং তেংথবসু অমুক, খোয়না কেপ্পা য়াম্না হেনগৎখ্রে। Armed Force শিংদগী লাক্লিবা Pall bearer শিং অহুনা তপ্পা চংশিল্লকুনা Gun-Carriage অদুগী মথক্তা, National Flag না কুপলিবা শ্রীশাস্ত্রীজীগী অশিবা মশা অদুবু, তপনা থ ঙংলম্মী। লাম্মি কাংবু অমনা সলামী পিখি অমসুং Band party কাংবু অমনা অরাংগী খেঙ্গোক্না

Drum বু য়িরম্মী। Gun Carriage অদুনা হেক চৎপা হৌবদা Navy গী Band party না "Abide with me fast falls the even tide—The darkness deepens, Lord with me abide .. ................" অদুম হায়না হোংলম্মী।

শ্রীশাস্ত্রীজীগী মতু ইবেম্মা ললিতা দেবীনা মপুংগুংবু বিদায় তৌব অদুদি য়েংবদা খ্বায়দগী হেন্না অৱাবগী মওংনি। হিন্দুশিংগীদি চংনবী মতুংইন্না শিরিবা অদুগী ইমুং মনুংগী নুপিশিং অমনা পোৎ-লে য়ক্‌পদা চৎনদে। মচানুপা Harikrishan নচিংবা মখোয় নশিংগা অমসুং মমাক নুপা অনি অদুগদি শাস্ত্রী মথক অদুনা তোংদুনা Shantivana তাম্না চৎপা অদুদা য়াওনম্মী। লিপমগী হায়-লিংবু দৈনরুনা ইংবা মতম খোন্দ্রবসু, অদুক অফবরগী তৌনা মী লিশিং লিশিংনা পরেং পরেং লেংদুনা Procession অদু য়ুংগনবগী-দমক্তা মখম চানা চানা দৈনরম্মী। মফম চংবা য়েংদুনা খল্লবা খোংহৌয়রম, য়মুনা তুরেলগী তোর্বন, Historic Red Fort-গীদি মথা থংবা অদি ফাওবা অমসুং Rajpath, Curzon Road, Connought place, Barakhamba, Indraprastha Marg অমসুং King Road অসিনচিংবা মফম মফম ওইবা লম্বী অকোবা পুন্নমকসু মীনা করক করক ইন্নরম্মী। মী মিলিয়ন মুক্তা মাইল অঙারগী লম্বী অদু, মহাত্মাগান্ধীজী অমসুং শ্রীনেহরুজীগী মোংফম-শিং অদু ফাওবা য়াওনা চিক্ত চায়নবা ঙমদনা ইন্নরম্মী। করক করক ইঃরিবা মীয়াম অদুনা দৈখিদ্রবা লুচিংবা অদুবু অরোয়বা

গিৎয়েংনা অমুক্তং য়েংহৌগদবগীদমক্তা থুনিং কংথংনদুনা য়েং-নরম্মী। মনাক নকপশিং অদুনা কনানা লৈগী পরেংশিং, কনানা লৈশিং অমসুং কনা কনানা হুম্বশিংনা লৈ মপুল মপুল হুপনা চৎলিনা হকচাং অদুগা মথক্তা চায়থনরম্মী। "লালবহাদুর শাস্ত্রী অমর ওইরে" হায়বা খোল্লাও অদুনা অতিয়া অসি পুমনিন নিল্লম্মী। "শাস্ত্রীজীগী জয়" "লৌউবগী জয়" অমসুং "লান্মি জবানশিংগী জয়" হায়বা খোল্লাওশিং অসিমক্না মাহৈগে পুম্নমক্তা অহংপা লৈতনা লাকদুনা পুমনিন নিনলম্মী। অকোনবগী খোল্লাও অসিদি শ্রীশাস্ত্রীজী মনাক্তা য়ম্না পামজনা লানগী মতমদা প্রজাশিংগী মফমদা লাওথিবা খোল্লাওনি। Helicopter অমনা অশিবা পুরিবা গাড়ী অদুগী মথক্তা লৈশিং চায়থরম্মী। লম্বী শং পুম্নমক অদু মীনা অরোয়বা অথম নায়দনা চৎলম্মী। মরামগী খোল্লাওশিং অদুসু পোৎলোয়ফম মফম অদু য়ৌশিল্লবা অমদদ অমুক্তা হেল্লা নিল্লম্মী। অসুম্না লাকপনা মফম অদু য়ৌবদা পুং ২-৩০ রোম চংলম্মী। Gun Carriage অদুনা পোৎলোয়ফম মফম অদুদগী গজ ১৫০ রোম ৱাংলিঙৈ অঙৱায়দা লেপ্লম্মী। কু অদু Gun Carriage অদুদগী Senior Army Officer শিংনা থাংথরগা পুখিদুনা চন্দনগী শিংনা শেমলিবা শিং অদুগী মথক্তা নিংথিনা থনম্মী।

পোৎলোয়ফম অদুসু মী লিশিং লিশিংনা অৱাবা উৎপগা লোয়ননা তিল্লম্মী। মফম চাবা চাবা য়েংদুনা অচৌ অশাংশিংগী অমসুং জাতি জাতিশিংগী মীহুৎশিংগী পোৎলোয়বা য়াওবা লাকপদা

লৈনবসু নিংথিনা শেমজনা থংস্মী। নাপু কিজৎ শেংলবা পুরো-হিতশিংনা লৈখিত্রবা লু চংববু ঈশ্বরগী খোজাল ফংনবা হায়দুনা বেদগী মন্ত্রশিংবু অতৎপা লৈতনা খিরম্মী।

ধর্ম্মগী তৌফম থোকপা থবকশিং অগুনা লে য়ররবদা মশা অহু চন্দনগী শিংনা কুপশিল্লম্মী। শ্রীশাস্ত্রীজীগী মচানুপা অহল Hari-krishan না মুমৎ যুংবা মতুং মিনিট ৩২ তাবদা মপাগী অশিবা মশাবু অহুমলক কোয়ধগা মৈ চুরম্মী। মতম অসদা Band party না অরোয়বী সলামী পিখি। থম্মোয় শোক্রবা মীযাম অদুগী মিংকপ মিরাওখোয়া মতম অসিদা পুমনিন নিল্লম্মী। "শাস্ত্রীজী অমর ওইরে" হায়বা ময়ামগী খোল্লাওনা অতিয়া অসি পোকথায়গদবগুম্না নিলখোংলম্মী।

মথংগী অযুক্কী পুং ১১-৩০ তাবা মতমদা শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রী-জীগী উৎশিং অদু লৌরম্মী। য়াম্না নিংথিজনা, ধর্ম্মগী হৌনবী মতুংইন্না উংশিং অদু সঙ্গম (যমুনা অমসুং গঙ্গা তুরেন অনিগী তিন্নফম) অদুদা অমসুং অতৈ অতোপ্পা ভারতগী মফ মফ ওইবা তীর্থশিংদা থাদরম্মী। পৃথিবীদগী মহাক লাকখি, পৃথিবীদা মহাক অমুক হনজিনখি। মাগী লেমহৌবা পুম্নমকসু ভারতগী তুরেনশিংদা লুপখিদুনা লৈবাক্তা তিনখিরম্মী। হিংলিঙৈদসু মহাক মশামক ভারতগী অমসুং মাগী প্রজাশিংগীদা ওইরকগনি। Longfellow না Psalm of life দা হায়বা ; —

"Dust thou art to dust returnest."

মাগী লেমহৌবা পুন্নমক লৈবাক লৈমা ইমাগী মকমদা চংখ্রে। অতবু মাগী আত্মাদি চৎলি। মতমদনি তেনবা, তৌইগুম্বমুং মিং- চদি চাওরম্মী। ভারতনা হেক লৈরিবা মথৈ অমসুং মীওইশিংগী অকবা থবকশিংনসু হেক লৈরিবা মথৈ শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রীজীগী অরংবা মিংচৎসু থক কাওররোয়, নিংশিংহনবা লৈরগনি।

Patricia M. Morris গী "Heaven has a bright star" দা হায়রি :—

The World is poorer by far
But heaven has a brighter star.
"Peace with honour" was his end
The Olive branch he did extend.
To the World he left a legacy
The Historic Tashkent treaty.
And as we look to another dawn,
We pray for courage to carry on.
Let me salute his memory
God keep India safe and free.

# ১১

## "ত্রিবুতশিং"

### ১

শ্রীশাস্ত্রীজীনা লৈখিদবদা হায়গী ভারতগী President Dr. S. Radhakrishan না অস্থুন্না ইখি :—

His many achievements as fighter for freedom, as Minister and Prime Minister are well known. Lal Bahadur Shastri worked for the organisation of the Congress Party in the post-independence years. He was a quiet, unostentatious, but de ermined nationalist. Apart from our domestic problems of food, finance and others, the conflict with Pakistan in the Rann of Kutch and in Jammu and Kashmir shocked our people. In the united national front put forward to withstand the attack he took a leading part.

He went to Tashkent to conclude an agreement with Pakistan. The effort and strain involved brought about his end. he died pledging our two countries working for peace and friendliness, forgetting the bitterness of the past years. I believe the meeting had helped to make the attitude of both sides less rigid and hard.

A grateful nation is in deep mourning and all that we can do is to carry out to the best of our ability the ideas of unity, harmony and friendship with our neighbours.

---

২

President Dr. Zakir Hussain :—

Essencially a man of peace, he laid down his life at the alter of peace. A grateful nation is plunged in mourning at the loss of one it had not only respected but loved. He was the people's man and will ever live in their memory.

The significance of his last act of statemanship will reveal itself in the future and as his vision of a peaceful and friendly sub-continent realises itself, his name will shine forth as one of the architects of peace in the world.

Many his soul rest in peace.

---



President Alexi Kosygin ( Soviet Union ) :—

It is a sad loss in which we all grieve with the Indian people. He was a great wisdom and a man of great tact indeed.

All Soviet people bow thior head before the body of one who worked for lasting peace and friendship on earth.

With sincerity and earnestness Shastri strove to restore peace and good-neighbourly relations between India and Pakistan. He was also a great friend of the Soviet Union.

---



President Lyndon B. Johnson ( U. S. A. ) :—

As leader of the world's largest democracy, he had already gained a special place in American hearts. His tragic loss, after fruitful discussions at Tashkent, is a grievous blow to the hopes of mankind for peace and progress;

Prime Minister Shastri, in only 19 months in office, proved a fitting successor to Pandit Nehru by holding aloft the highest ideas of Indian democracy. His modesty in high office did not conceal his strength and wisdom as the recognised leader of his people. The world is a smaller place without him, and our hearts go out to his family and the people of India.

---



Secretary-General U-Thant ( United Nation ) :—

Prime Minister Shastri gave his great country guidance and leadership which helped it not only to approach with renewed vigour its immense tasks of social and economic improvement, but also to exert with undiminished determination at the international level its influence for the good of all mankind.

He led his country in maintaining and enhancing its position as one of the most loyal supporters of the United Nations.

---



Prime Minister Harold Wilson (UnitedKingdom) :—

His loss will also be felt throughout the Commonweath, and indeed everywhere. His qualities of statemanship, sincerity and integrity are valued.

All of us who knew him were strongly affected by the spell of his quiet charm and selflessness. India, the Common-wealth and the world will deeply mourn his passing away.



৭

## SHASTRIJI

### By Ashok Mehta.

It is still difficult to believe that the quiet voice of reason will no longer be heard our the fury of debate, that Shastriji is no more twice in less than two years, we in the Planning Commission have lost our leader. Our loss this time is inconsolable for it is the most un-

expected. Ir will take time to recover from the profound sense of shock and void from which we suffer at this moment.

For many of us this sense of void is all the more tragic because we were privileged to have a glimpse of Shastriji's greatness in the difficult days of early September last year. While our frontiers were ablaze and the destiny of the nation hung in a balance and uncertainties of all kinds confused our vision, with a supreme confidence, rare even in the greatest among leaders, Shastriji quietly commended a Rs. 21,000 crore Fourth Plan as the ultimate bulwark of our defence and development.

Self-reliance was the basic economic philosophy of Shastriji. He looked upon economic development and the priorities connected with it as essential pre-requisites for a state of self-reliant economic growth. From this point of view he was as much a believer in economic planning as the most ardent planners amongst us. But he conceived of economic planning and economic development in terms much more concrete and humane than many of us are apt to do.

It was this insatible craving for concreteness that drove him to his deepest attachment, his concern for the common man and the rural people and to his conviction that only a resurgent agriculture held the key to general prosperity. He believed that with the on coming facilities

of power and irrigation farmers were poised to move forward and that they should not be denied the opportunity to go ahead. It is for this reason that he attached the greatest priority to agriculture in the fourth Plan. His slogan—"Jai Kisan, Jai Jawan, Jai Hind," is still ringing in our ears.

Next to agriculture his greatest concern was for education, education not of a general type and of an ornamental nature which has appeal to the glamorous sections of the society, but education which makes self-reliance a reality ; primary education for all and technical education for those who were to be the sinews of our agriculture and industry. He wanted education to be made abundantly available so that the most underprivileged citizen could become aware of his true rights and duties and come forward to claim those rights and perform those duties.

In all the mechanics of change he believed in the perfectibility of the human machine and was more concerned about the implementation of a good plan than the formulation of the best. It was from his intimate knowledge of the machinery of change that he come to regard the collector as the lynch-pin of economic development and gave so much importance to administrative reforms.

Shastriji was averse to nationalisation although he was in fovour of a widening sphere of public enterprise. Essentially a man of peace he did not want any body to

be hurt unnecessarily. He thought there was enough room in this country for the existing private enterprise and increasing volume of public enterprise.

Finally, he never allowed the rationality of the planning progress to be influenced by political expedients. Economic planning for him was an exercise in reason devoted to be satisfaction of our essential needs and not the drawing board for political campaigns.

Those of us who worked under him in the Planning Commission know that it was a rare privilege to do so. He would provide the clearest possible guidance whenever such guidance was needed, and would have the most complete confidence in those who worked for him.

It was delightful to listen to him giving expression to this profound grasp of most intricate economic problems and indicate their solutions in the most homely manner. Eighteen months are but a short period in one's life : but they remain an unforgettable experience for those who were privileged to assist him in the Planning Commission. It was so because reason was his authority and effortless persuation his command.



১২

## "অতৈশিংখরা"

A Chinese Device :— ( Statement iu Parliament, New Delhi, September 20, 1965 )

ইংগোক ১৯৬৫ গী সেপ্তেম্বর তাং ২০ দা Parliament দা, চীনানা ভারতবু শিংনরকপা অমস্থং কিহল্লকপা মতাংদা শ্রীশাস্ত্রীজীনা ঙাংখিবা য়াহৈশিং :—

ঐনা ঙসি টেবল অসিগী মথক্তা, ঙরাং ঐখোয়গী Peking দা লৈবা charge d' Affairs গী মখুত্তঃ Chinese Goveınmeutনা পিরকপা note অমা থমজরি।

House অসিনস্থ, ঐখোয়না Chinese Government না অকোনবা থরকপা note অদুগী পাওথুমদা, শান্তি ওইনা লৈমিন্নবগীদমক্তা হ য়ম্বিবদু নিংশিং'বিরমগনি। হৌজিক্তি ঐখোয়না ঙশেং ৎশেংনা খংবা ঙমলে মদুদি Chinese Governinet না ঐখোয়গী ইথক্তা য়েংলিবা মিংয়েং অসি অমগা অমগা ভাথোক ত শিন তৌনদুনা অফবা মওং ভানয়া ঙৌরকপা নত্তে, ঐখোয়দা মরাল পিশিল্লগা ঐরথায়গী ইথক্তা লান ভাবা য়ানবা অমস্থং থোয়:দাক লেপ্লোক্লা হন্দকী মতাং অসিদদি মখোয়গী মরূপ Pakistan গা ভায়দুনা তৌরকপনি। মখোয়না অকরুবা মতম পিরমলগা অমুক

মৈয়েথোকখিবসি, ঐথোয়গী পুক্কিংদা, Security Council না করি করয়। থয়হনা থবক চৎথরকপগে হায়বদু য়েংনবগী খুদোংচাবা লৌরকপ'ন।

Chinese Government না ঐথোয়দা মথ· মথং থারক্লীবা আপত্তিশিং অসিগী মথক্তা, মংখোয়শিং অসিনা অচুম্বশিং ভাক্তা ওই-রবা ফাওবদা, কনাগুম্বা চাউখৎপা Government অমত্তনা থুৎ-লায় শিজিন্নহনা চুমথোক্নবা তৌরমলোয়দবনি। China গী ter-ritory মনুংদা ঐথোয়গী করিগুম্বা শেমগৎ শাগৎপশিং লৈরম্লবস্তু, মখোয়গা ঐথোয়গা য়ানখিবগী মতুং ইন্না, মখোয়গী লমনি হায়দুনা মখোয়না ঐথোয়বু চৎথোক্নবা হায়গদবনি অমসুং ঐথোয়গী জবান-শিংনস্তু ঐথোয়গী পাওভাক মতুং ইন্না চৎথোকদবনি। মতৌ অসুম্না কনাগুম্বা Government অমনা অতোপ্পা Government অমগী মথক্তা শা·ষনশিং ছত্রে, নত্রগা Tibet গী প্রজা লিশিং লিশিংনা ঐথোয়গী মকমদা চংজকম খিদুনা লৈরম্বশিং অদুগী মনুং-দগী অনি মরিদি ঐথোয়না কাহনা থমহৌরে হায়দুনা কিহন থোৎ-হনবা তৌগনি হায়বসি কনা অমত্তনস্তু থম্নফম থোক্তবনি।

মখোয়না লান্দারিবসি চুমই হায়নবগীদমক্তা China না Asia পুম্নমক্কী মপি মপা শাশিন্নরি, অমসুং মখোয়গী মপুক্লিংগী মতুং ইন্না, ভারতনা মখোয়গী মকমদা লংজবা অমা ওইহল্লি। মরম অদুনা, China গী থৌদো অসিনা ভাকপদি মখোয়না Asia গী লৈবাক পুম্নমকপু মখোয়গী মখাদা থম্বা পাম্বনি অমসুং মসিদি

মজাতিবু ইকায়খুম্নবা পাম্বা লৈবাক অমত্তনস্থ য়াফমস্থ থোক্কবনি। চাউরবস্থ, পিক্কবস্থ, কল্লবস্থ, শোল্লবস্থ Asia গী লৈবাক পুম্নমক্না মখোয় মখোয়গী মনিংমখা তম্বা অমস্থং ইকায়খুম্নববু অমগা অমগা ঙাক্কদুনা, চপ মান্নবা লৈমিন্নগদবনি। China গী মথাদা লৈবা কনাগুম্বা অমত্তনস্থ য়াফম থোক্কবনি। মরম অদুনা ঐখোয়না ঐখোয় ভারতগী শরুক অমা ওইনা লৈরিবা Kashmir গী মরমদা মখোয়না হায়রকপা অদু লৌদ্রিবসিনি। অদুম ওইনমক ঐখোয়না অসিগুম্বা করিস্থ লৈতবা থবকশিং অসিবু শান্তি ওইনা তাম্নশিন্নবগী মরমদা ভাগ্ন খোৎনবা অদুদি হৌ জক ফাওবা থোং হাংদুনা থমলি!

অদুগা চীনানা ভারতা লান্দানিংবগী মপুক্কিং অদুদি মখোয়গী থোৌদোদগী তশেং তশেংনা থংলে মদুদি মখোয়গী note দা পুং ৭২০ গী মতম পিরগা, মখোয়না তশেং তশেংনা Sikkim অমস্থং Ladakh গী মায়কৈবোমদা নোংমৈ কাপ্পা হৌরকখি। মরম অসিনা চীনানা মখোয়গী লান্দাবগী মপুক্কিং অসিদগী হন্দ্রবদি, ঐখোয়না ঐখোয়গী হেক লৈজবা পাঙ্গল অমস্থং উপায়না মদুবু ঙাকথোক্কবা তৌগনি।



Strength of the Nation is our best safeguard.
( Broadcast to the Nation, New Delhi, September 23, 1965. )

ঐগী মুংশিরবা দেশবাশিশিং :—

ঙসি অয়ুক্কী পুং ৩-৩০ দগী, India অমসুং Pakistan অনিগী মরক্তা August তাং ৫ দগী হৌনা মুংঙায়নদবশিং থন্না লৈনরক-পদগী কাপনরকপা লান অদু লোয়শিনখ্রে। Black out লৈরম্বা অদু লৈত্রে। মসি, ঐখোয়না শান্তিগী মুমিৎ থোরক্লবনি হায়না লান্দনা থনগদবনি।ঐখোয়না ঐখোয়গী হৌজিক্কী ফিভম অসি মুন্না থংলগা নৈনগনি অমসুং হায়া তৌগদবশিং অদুগী মরমদা খন্নথোক্লগদবনি।

Cease-fire অসি, নখোয়না থংলিবদুমঙায়, Pakistan না Agreement অদু থিন্না য়াবদগী পুং ১৫ চোনখখিবনি হায়বসি। Pakistan গী পাওথুম অদুনা থেংজরবসু মদুনা অফবা ওইনা লাক্লবনিনা ঐখোয়না য়াম্না মুংঙায়রে। মখোয়না Cease-fire অসি চিংনবা লৈতনা, তশেংনা মখোয়গী কান্নবা মতুংইন্না পামলম্মী, অদুবু মখোয়গী হৌনশা ওইবা মভৌনা, য়ানিং য়ানিংনা মতৌ অদুবু-অরোয়বা মিৎকুপ অদু ফাওবা ময়ামদা উৎশিন্নরিবদুনি। Security council দা cease-fire গী Agreement অদু য়ারে হায়দুনা

পাও থাগ্রবা মতুংদসু, থবক অচু পাংথোক্লগদবা ভায়হাক্তা ভায়রগদা মথোয়না য়াম্না মতিক চাত্রবা অমসুং খ্বায়দগী হেন্না তমথিরব শাস্ত্রী শিং চৎথ্রিবা অদুনি। Amritsar গী civilian প্রজাশিংগী মথক্তা, মুংথিল পবোপতা বোম থাদথ্রিবসি মথোয়গী খ্বায়দগী হেন্না তমথিবা শাক্তং অমনি। মথোয়না মচু তৌগে হায়না তৌদুনা ঐথোয়গী মী য়াম্না অমসুং লম্থু ম য়াম্না মাংহল্লম্মী।

Pakistan গী President Ayub Khan মতৌমতদগী

ঐথোয়বু কিহল্লকপদা নত্তনা মাগী Foreign Minister দগীসু ঐথোয়বু কিহল্লকখি। মথোয় অনিমক্তা মতুং ফাওবদা য়াম্না পাকথোক চাওথোক্না মৈচাক লৈহল্লিংবগী মরমদা রারি তৌরকখি। মথোয়গী মতৌ পুম্নমক অসিনা উৎপদি হৌজিক ফাওবা মথোয়না লান থেংনিংবগী মওংনি। মতম অসিদা ঐথোয়নদি India অমসুং Pakistan অনিগী মরক্তা শান্তি লৈনববু উবা পাম্বনিনা, তংশংনা ঐথোয়না মদুবু ফংনিংবদগী থোরাংবা পোকই,—অমসুং অচুম্বা অদুদগী ঐথোয়গী মিৎকম অসি হোংদোকপা ঙমদে। ঐনা মরামগী মফমদা তশেংনা হায়জরি, Pakistan না হন্দকমুক ভারতগী শরুক অমা ওইনা লৈরবা Jammu অমসুং Kashmir State দা নত্রগা ভারতগী করিগুম্বা শরুক অমদা লান ভাররক্লবদি মদুবু ঐথোয়না ঐথোয়গী হেক লৈজবা পাঙ্গল পুম্নমক পুথোক্তুনা অমসুং য়াম্না খ্বাজবগা লোয়ননা থিংগনি। মদুদা করিগুম্বা মওংগী অশোয়বসু

লৈহল্লোয়। মসিনা, ঐখোয়গী; লৈবাকী য়াম্না চেকশিনবা অমস্তুং থাজবা, য়েক্লবগী মক্ষমদগী ঙাকথোকনবা লম্বানি।

লৈবাক অনি অসিগী লাম্মিনা কাপনবা ভোক্লবা মতম অসিদা United Nations অমস্তুং অতে শান্তিবু পাম্বা লৈবাক।শংনা মরু ওইনা হোৎনরকপদি Heocratic State অমস্তুং Secular State হায়বদি Free Democracy অমস্তুং Guided Democracy অনিগী মরক্তা লৈনরক্লিবা মুংঙায়নদবা পুন্নমকপু চুমথোক্লদুনা শান্তিবু লৈহনবনি। অদুবু, মতৌ অসিবু করম্না পুরকনি ? ঐখোয়গী পুক্লিংদি, শান্তি ওইনা লৈমিন্নবা হায়বসিনি। India দি অমগা অমগা শান্তি ওইনা হিংমিন্নবা হায়বা Principle অসিদদা লেপ্লক-পনি অমস্তুং মসিগীদমক্তস্ থ পৃথিবীদা Champion ওইনা লৈরক-লবনি। অমগা অমগা শান্তি ওইনা হিংদুনা লৈমিন্নবা হায়বসি অমগা অমগা মট খেন্নরবস্থ নত্রগা রাজনিতি অমস্তুং অর্থনিতিদা য়াম্না খেন্নরবস্থ ইরায় লায়না ওইথোকপা য়াবা রাক্ষমনি।

মক্ষম অমস্তুং মতমগী মতুং ইন্না ঐখোয়না কোংদোকখ্রে মতুদি Pakistan গী প্রজাশিংগা ঐখোয় ভারতগা খৎন-চৈনবা লৈতে অমস্তুং ঐখোয়না মখোয় Pakistan গী মুংঙায় য়ায়ক্ষবদা নিংলি হায়না। লোয়খিবদা ঙায়রিবা লান অসিদা ফাওবা, ঐখোয়গী লাম্মিশিংনা লান তাক্লরবদি মখোয়গী লাম্মিশিংগী লৈক্ষম শংদমনি। ঐখোয়না Civilian শিংগী মথক্তা বোম থাদখিদে, লাহরবু কাপ-

খায়খি-দ, নোংপোক পাকীস্থানলোমদগী তৌরকপা Air raid শিং অহুগী মতুংইন্না লমন থুম্বা অমুক তৌরুদে, Karachi দা লাম্ফা-রুদে, অসিদগীসু হেন্দোক্লদনা ঐখোয়গী সিমানাদা বোম থাদররিবা Aircraft শিং অয়াম্বগী তাকম মফমসু মফম অহুদান। মসিগী ওয়ৈতেনবদা, Pakistan শিংনদি খুংলায় চাওজদ্রবা Civilian plane, Gujarat গী Chief Minister অমসুং মাগী মতুবু পুরিবা অতুবু মখোয়গী লানগী plane না মতুং ইন্নদুনা কাপথায়খি। মখোয়না Rajasthan, Gujarat অমসুং Punjab গী Civilian শিংগী মথক্তা বোমশিং থাদখি।

India গী মথক্তা লান তানবগী থৌরাং অহু নিংথিনা শেম শাবা লোয়রবা মতুংদা Pakistan না India গী মথক্তা নত্ত নত্তবা অমসুং ওইদবা তাক্তা Propaganda তৌরকপা হৌখি অমসুং মতুবু ঐখোয়না শোয়দনা থিংবা ত্তাখি। অতুবু অচুম্বা অতুবুদি কদৌবৈদসু ওইদবা মযাম হায়জিন্দুনা মাংহনবা ঙমদে। India না Pakistan বু মাংহননিংবগী বাখল লৈখিদে। তশেংবদি Pakistan না India বু মাংহন্নিংতুনা হন্না হন্না থবক তৌরকখি। চহি তরা তরেৎ অসিগী মমুংদা Pakistan না India গী মথক্তা অহুমলক লান তারকখি হায়বসি ঐখোয়না তশেংনা খংনরিবসিনি। ঐখোয়গী য়ুম্ফম ওইরবা Seculariam অসিবু থুগায়বা পাম্বদি Pakistani মখোয়নি। ঐখোয়গী প্রজাশিংবু অমগা অমগা খংন চৈনহন্নবা হোৎনবসু মখোয়নি। ঐখোয়না খংন-উন্নদুনা লৈরিবসিনি

মতুদি India দা লৈরিবসি Muslim মিলিয়ন (৫০) য়াংথৈনি, মখোয়সু ঐখোয়গা চপ মান্নই। চিরম খু দংমক্তা সুংঙাইনা লৈরি হায়বসি। মখোয়সু মখোয়গী মকুপ মপাং ওইরবা Pakistani শিং অসিগা খুৎকা খৎকা হাকথেংননা লানফমদা লানথেংনদুনা মায়পাকপগী ইকায়খুম্নবদ ফংলিবসিনি। Pakistan না কদৌঙেদসু মখোয়গী ফত্তবা রাখন্না India বু মায়থিবা পিবা ঙমলোয়।

থোংনাক অসিদনা ঐখোয়গী লৈবাক্কী লান্মিগী মপাঙ্গলসু অঙকপা ফনা তেনজংলে। মখোয়না অঙকপা যংনা মখোয়গী মশোন। অমসুং লান্দা হৈশিংবা পুন্নমক উৎথ্রে। থৌনা ফরবা ঐখোয়গী থোংমী অমসুং নোংথক্কী লান্মিশিংনা মখোয়গী অফিসারশিংগা হীদানদগুম তায়রুনা থক খাগী লাঙ্গংদা অমত্তা ওইনা চপ মান্নদনা নিংথিনা মথৈশিং পাংথোকখি। মখোয়না মথরায়বু শানগোংগুম্না হরাও হরাওনা লনখি। মখোয়না লানফমদা থৌনা ফবগী মরমদা পাও য়াম্না ফংখি। ঐখোয় India গী জাতি পুন্নমক্না ঐখোয়গী লান্মিশিংবু হরাও করাওনা তৌরি। ঐনা খংই মতুদি, মখোয়না মখোয়গী তৌফম থোকপা মথৌশিং অদু অতৎপা লৈতনা অমসুং মপুক্কিং হন্দনা তৌদুনা লৈরি হায়বসি।

ঐনা ঐখোয়গী armed Police force শিং, মখোয়না Pakistani infiltrators অমসুং Paratroopers শিংগী শিংনরকপবু মায়থোকখিবা, মখোয়বুসু থাগৎলি। মকম অয়াম্বা মখোয়না ঐখোয়গী Armed Force শিংগা খুৎশম্বনা চৎমিন্নদুনা

লান্দারকলিবশিংবু ঙাকমিন্নখি। থোদো অসিদা মথোয় অয়াম্বস্তু মথোয়গী মথরায় কংখি। অদুবু মথোয়না Indian Police গী মায়-পাকপগী অনৌবা, ইতিহাসগী লমায অমা হাপচিনবা ঙমখি।

ঐখোয়গী অসিগুম্বা খ্বায়দগী হেন্না লুব্রবা চাংয়েংগী মতম অসিদা, Government অসিনা খ্বায়দগী হেন্না পাঙ্গল লৈখিবগী মরুদি, লৈবাক প্রজা পুম্নমক্না চপ মাননা হৌদুনা অমত্তা ওইনা লেপমিন্নদুনা লৈবাক অসিগীদমক্তা মাগী মাগী মথৌশিংবু নিংথিনা তৌগ্রিবদুননি। India অসি মীশিং য়ামখ্রবা অমসুং পাক চাউখ্রবা লৈবাক অমনি। ঐখোয়গী প্রজাশিংগী মরক্তা তোঙান তোঙানবা জাতিশিং য়ামগ্রে। তোঙান তোঙনমা মফমশিংগী তোঙান তোঙানবা লোনশিংসু শিজিন্নরি। ঐখোয় খুদিংমক্না ঐখোয় ঐখোয়না অপাম্বশিং অদু চৎনরি। তৌইগুম্বসুং, অতম ওইনমক ঐখোযনা নিংখিনা লোল্লবা মোজাগুম্না, অমত্তা ওইনা লৈমিন্নরি। অসিগুমলবা লুব্রবা মতম অসিতদা, ঐখোয়না ঐখোয় অমতনি হায়বসি তশেং তশেংনা খংজৈ। মতুগী খুদমদি লানফম ওইগ্রবা Punjab নি। Punjab গী citizen শিং পুম্নমক্না মথোয়গী শিং-থানবা য্বাব্রবা মথৌনাশিং, হায়ন-তান্নবা ইনবা অমসুং Organisa-tion গী নিংথিবা মতৌবু উংখি। মথোয়গী ফিদমশিংদি মতম চুপ্পদা ৱাংনা লৈরগনি। অতৈ সিমানাশিংদা লৈরিবা প্রজাশিং, থোয়দোক হেদোক্না *R*ajasthan অমসুং Gujarat দা লৈরিবশিং অসিসু মথোয়গী য়াম্না ইচং থৌবা অমসুং খাংবা কনবা অদুবু নিং-

থিনা উৎখি। এনা খংই মতুদি, civilian প্রজাশিংনা হন্দকী লান অত্তদা শিখিবা অমসুং মাংখিবতু ফনা নিংথিনা য়ামখি হায়বসি। মফমশিং অদুগী প্রজাশিংনা তৌখিবা Sacrifice শিং অদু খক অরেম্বদা মাংবা য়ারোয়। মখোয়না লৈবাক অসিগী প্রজা পুম্নমক্কী ওইনা লেপথিবনি অমসুং প্রজা পুম্নমক্না মখোয়গী মফমদা তৌবিমল খংবা উৎকদবনি। লৈবাক অসিগীদমক্তা শিখ্রবশিং অদুগী শাগৈ-নাতৈশিগী মফমদা এনা ইকায়খুম্নবা অমসুং অৱাবা উৎচরি। Government অমনা তৌবা হৌনবা অদুগুম্না এখোয় পুম্নমক্না, মরৈবাকপু মনিংমথা তম্না থম্নবগীদমক্তা লানথেংনবদা মথৱায় মাং-খ্রবা থৌনা করবা লাম্মিশিং অদুগী ইমুং মনুংনা অৱাবতু খন্না কোক্রবা শোয়দনা তৌগদবনি।

চীনাগী কিহনবা অদুদি হৌজক কাওবা এখোয়দা লৈরি। মখোয়না মতুংদা করি তৌরক্কদগে হায়বসি মগোয়তনা খংই। অদুম ওইনমক এগোয়সু হেক লাক্লীবা শীংনরকপা পুম্নমকপু মাইয়োক্নবা গুম্নবা শেম শাদুনা লৈফম থোকই।

Civil Defence গীদমক্তা এখোয়না মতম খন্না শাংনা থৌরাং তৌবা তারি। মতম খরদগী মনুংদা খংহৌ হৌবদি য়াম্না অৱাবা অমা ওইবনিনা, এখোয়গী সিমানাশিং অসিগীদমক্তা ঙাকপদা খুদোং চাননবা থৌওইনা কন্না হোৎনবা তারি। মরম অসিগী-দমক্তদি লৈবাক প্রজাশিং পুম্নমক্না অমুক হৌন-খোৎনবা নায়রদনা

চোংথোক্লক্কুনা মতেং পিবিগদবনি। হায়জরবপা পুন্নমক হয়াও হয়াওনা য়াবিগনি। ঐখোয়নস্তু Defence Fund দা লৈবাক প্রজাশিংনা হয়াও হয়াওনা পিবিবকপা পুন্নমক নুমিৎ খুদিংগী লৌশিনজরি। ঐখোয়না মধোমবু হবাও হয়াও ওবচরি অমস্তুং মতেং পিবরকপশিংগী মফমদস্তু মখোয়গী পুকচেল চাউবা অসিগী মমক্লা য়াম্না থাগৎচরি।

নুমিৎ খরা চয়োল খরগী মন্নুংদা ঐখোয়না লৈবাক প্রজাশিংগী মফমদা ঐখোয়গী থৌরাংশিং অমস্তুং Policy শিংগী ওইবকপা ফংনা চাওখৎপা অদু শোয়দনা উৎচবগনি। থোকখ্রিবা থৌদোক-শিং অসিদগী ফংলকপা লোশিংদি অসিনি; "ঐখোয়না চেক য়াবিবা মথৈ ঐখোয় ইশাওগী মতেংনা মতিক চানবা তৌগদবনি।" ঐখোয়না লৈরম অসিবু তৌয়না থেংনদুনা নৈনবদগী খংলে মদুদি, ইশাগী পাঙ্গলতনা ইশা ভাকচনবগী থ্বায়দগী হেন্না অফবা মধনি হায়বসি। মরম অদুনা ঐগী গুংশিরবা ইচিন-ইনাওশিং অমস্তুং ইচেম ইচলশিং, পুন্নমক অসিগী দায়িত্ব অদু ঐখোয় খরতগী মফমদদা লৈবা নত্তে, নখোয় পুন্নমক্কী মফমদস্তু লৈবনি। Democratic Society অমগী মপাঙ্গলদি Citizen শিং ময়াম অদুগী হায়বা ইন্নবা অমস্তুং তৌনবা নায়দনা কল কল চোংথোকদুনা কন্না হোৎনবা অদুগী মথা পোনবনি। মরম অদুনা, হায়রিবা পাঙ্গল অসি ঐখোয়গী মংংদগী লাকদবনি মপালদগী লাকদবা নত্তে। ঐনা চেক খংজ লৈজবগী মতুং ইন্না অমস্তুং ঐনা য়াম্না থাজবগা লোয়নননা হায়জরি মদুদি লৈবাক প্রজা-

শিংগী পাঙ্গলনা লান্দারকপা অমসুং শিংনরকপা পুন্নমকপ্ থেং-গায়নবা ওম্বা অদুগুম্না, শান্তিগী মরমদসু লায়না ওমগনি হায়রবসি।

ঐখোয়গী মরূপ ওইরবা লৈবাকশিং কয়ানা উৎপিরকপা চানবিবা অমসুং মুংশিবিবা অদুগীদমক্তা ঐনা ভারতকী প্রজাশিংগী ওইনা মখোয়গী মফমদা তৌবিমল থংবা উৎচরি। লৈবাক খরা নত্তুনা, পৃথিবীগী লৈবাক অয়াম্বনা ওসি ফাওবদা ভারতনা চৎথরিবা থবকশিং অসি মখোয়গী সিমানাদা লান্দারক্তুনা মশা ওাকচবা ওইনা তশেংনা তৌদবা য়াদত্তুনা তোঙ্গবনি হায়বসি থংবিগ্রে। ভারতনা শান্তিবু পামজবদি কনানসু লেংহনবা ওম্মোই। মসি ঐখোয়গীদি Principle অমনি, চাংয়েং নত্তে। অদুগা শান্তি পাম্বনি হায়ত্তুনসু ঐখোয়গী ইথক্তা লান্দারক্লবদি, থুৎলায় পায়ত্তুনা ওাকথোকদবনি।

Pakistan না ইংশোক ১৯৬৫ গী August তাং ৫ দা ঐখোয়গী ইথক্তা লান হৌরকপসি অসিগুম্বা রাথল থরা থন্দুনা তৌরকপনি। অহানবদা, Kashmir গী মমুংদা লানহৌ অমা থোকহনগে। অনিশুবদা, India মমুংদা ঐখোয় মশেল অমগা অমগা থৎন চৈনহনগে অসিনি। অদুবু মখোয়গী খ্বায়দগী হেন্নানিংবা কায়বদি Jammu অমসুং Kashmir State গী প্রজাশিংনা য়াম্না থোনা ফনগা লোয়ননা মখোয়বু থিংথিবা অদুনি। মখোয়গী অহানবা লানহৌগী কম্না চাকথৎলকপা মৈচাকপু থাংবা কনবগা লোয়ননা অমসুং লিংজেল মাম্না State অসিগী প্রজাশিংনা থিংখি। State অসিগী প্রজাশিংনা মখোয়গী Government গী Chief Minister

Sadiq Saheb অমসুং ঐখোয়গী লৈবাক্কী Security forces শিংবু নিংথিনা অমসুং মপুং ফানা মতেং পিখিরম্মী। Pakistan না থনজরম্বা অনিশুবা অদুসু মংগুম্না কায়খিরম্মী। মখোয়না লান্দা-রক্লগা হান্নদগী হেন্না ঐখোয় মশেল অমতা ওইবা হেল্লে। ঐখোয়গী প্রজা পুম্নমক্না মাং থানা চোংথোক্লদুনা লান্দারক্লীবা মখোয়গী মমাংদা লান শোক্লগদবগী থৌরাং তৌদুনা লৈখি। অসুম্না ঐখোয়গী ইচং থৌবা উৎখি ঐখোয়গী হোৎনবা অমসুং থৌরাংবু শংলনখি। ঐখোয়না মতম চুপ্পদা মিৎশিং নাশিংনা লৈবি হায়বা খংলনখি। ঐখোয় ভারতগী প্রজা পুম্নমক্না মমা লৈবাক্কীদমক্তা থরায হকচাং কৎথোক্লবা থৌরাং তৌদুনা মতম চুপ্পদা লৈ হায়বসি উৎশিল্লবসিনি।



## Correspondence Between Lal Bahadur Shastri and Mr. U. Thant.

New Delhi,
September 14, 1965.

Mr. Secretary-General,

I thank you for your letter of 12 th September, 1965. and appreciate greatly the sincere concern which you have expressed about the likely repercussions of the existing situation on the welfare of the peoples of India and Pakistan. Ever since India attained independence in 1947, we have concentrated attention on the economic development of our country with a view to eradicating proverty and providing a reasonable standard of living to our people. Such resources as we could mobilise have been devoted to this vital task. All these years, we have actively and purposefully pursued a policy of non-alignment and of peaceful co-existence. We have sought peace and friendship with our neighbours. Our faith in the forces of peace was so genuine and so strong that we did not pay the requisite attention to building up adequately the defence forces of the country. It was only after the Chinese invasion on our northern borders in 1962 that we realised how essential it was for us to be prepared for defending our territorial integrity.

So far as Pakistan is concerend, our effort has always been to promote good-neighbourly relations. There has not-been even a single occasion, during the last 18 years, when India has deviated from the path of peace in her relationship with Pakistan, let alone thinking of any aggressive action. In fact, on more than one occasion, both I and my distinguished predecessor have offered to enter into a No-war Pack with Pakistan so that there is no possibility of a clash of arms between the two countries.

The response from Pakistan has been disappointing in the extreme. Our proposal for a No-war pact has been repeatedly turned down. An atmosphere of conflict and tension has been continuously maintained through a variety of ways including firing across the cease-fire line, repeated border incidents elsewhere and a campaign of hate against India through the controlled press and radio of Pakistan. Important men, occupying responsible positions in that country, have openly and repeatedly declared their intention to use force against India in achieving thier objectives. Not content with that, the rulers of Pakistan have launched naked aggression against India three times since 1947, twice in our state of Jammu and Koshmir and once in our state of Gujarat.

Mr. Secretary-General, we fully understand the concern of the Security Council over the present situation and we greatly appreciate its efforts towards the restoration of peace. I cannot, however, help expressing here

that if the same concern had been shown immediately when Pakistan launched a massive attack on India on August 5, 1965, by sending thousands of armed infiltrators equipped with Pakistan arms and ammunition and officered by men of the regular forces of Pakistan, about which there is irrefutable evidence, for the purpose of capturing vital positions, such as airports and police stations, cutting off lines of communication, destroying bridges and other public property and creating disorder with a view to seizing power from the lawfully established Government, in accordance with a pre-determined plan of invasion, the situation would not have assumed its present serious proportions. I would not go further into this aspect of the matter, but must add that having been attacked by Pakistan, we had to take action to defend ourselves. I must also tress and I hope it will be appreciated that at every stage whatever action our Armed Forces took was directed solely by the requirements of self-defence to meet the aggression of Pakistan.

Whatever be the context, Mr. Secretary General, we greatly wel-come your visit and we recognise the importance of your mission from the point of view of peace, not only in the Indian sub-continent, but, indeed, in the world as a whole. India has always believed in peace and her adherence to peaceful methoods stands unshaken. In deference to the wishes of the Security Council and to the appeals which we have received from many

friendly countries. We accept your proposal for an immediate cease-fire. We would, therefore, be prepared to order a cease-fire effective from 6-30 A. M. Ist on Thursday, 16 September, 1965, provided you confirm to me by 9 A. M. to-morrow that Pakistan is also agreeable to doing so.

In your letter, it has been suggested that the Governments of India and Pakistan should give the requisite orders to thier field commanders with a view to ensuring an effetive cease-fire from the appointed time and date. This will, however, be effective only in respect of the Armed Forces in uniform engaged in the present combat. The problem of thousands of armed infiltrators who have crossed over into our State of Jammu and Kashmir, from the Pakistan side, will, I am afraid, continue to remain on our hands. Armed as they are with dangerous weapons of destruction, such as machine-guns and hand-grenades, they do even now, as I write this letter, make sudden depredations in an effort to damage vital installations and other property and harass the people of the state of Jammu and Kashmir. That this invasion by armed infiltrators in civilian disguise was conceived, planned and executed by Pakistan is now well-established. Your own report, Mr. Secretary-General, brings this out clearly. And yet, as we understand from you, Pakistan continues to disclaim all responsibility. We are not surprised at this denial, because even on an

earlier occasion when Pakistan had committed aggression by adopting similar methods, she had at first denied her complicity,although at a later date she had to admit her involvement. We must urge that Pakistan should asked forthwith to withdraw these armed infiltrators. Until that is done, our security forces will have to deal with these raiders effectively.

Mr. Secretary-Ceneral, may I remind you that it was only the other day. in April this year, that Pakistan had launched an armed attack supported by tanks and other armour, in our state of Gujarat. Despite grave provocation, we had then acted with great self-retraint and had taken no counter-measures. Eventually, a cease-fire agreement was signed, in wcich among other things, both sides had expressed the solemn hope that the tension between the two countries would get reduced. Subsequent events have shown that Pakistan never meant what she had agreed to expressly and specifically in that cease-fire agreement. It has come to us as a great shock that even from the month of April, 1965, plans for invading India in another sector had been prepared and training was-being imparted to the armed personnel for war-like aperations on our territories. Within less than five weeks of the signing of the Indo-Pakistan cease-fire Agreement relating to the West Pakistan-Gujarat Border, Pakistan attacked India once again. In the light of our own experience during the last few months, we will have to in-

sist that there must be no possibility of a recurrence of armed attacks on India, open or disguised. Let me make it perfectly clear, Mr. Secretary-General, that when consequent upon cease-fire b-coming effective, further details are considered, we shall not agree to any disposition which will leave the door open for further infiltrators or prevent us from dealing with the infiltrators that have taken place. I would also like to state cate-gorically that no pressures or attacks wiledeflect us from our firm resolve to maintain the sovereignty and territorial integrity of ourcountry. of which the state of Jammu and Kashmir in an integral part.

In conclusion, Mr. Secretary-General, I must point out that the menacing forces of aggression are unfortunately at large in Asia. endangering the peace of the world. If the Security Council does not identify the aggressor and equates it with the victims of aggression, the chances of peace will fade out. The situation which the security council is being called upon to handle has grave and vital implications in respect of peace and political stability in Asia. What is involved is the welfare of millions of human beings who have suffered for long and who are now entitled to relief and to a better standard of living. If the forces of aggression are not checked effectively, the world may find itself embroiled in a conflict which may well annihilate mankind. We sincerely hope that the forces of peace will win and that

humanity will go forward towards ever-increasing progress and prosperity. It is in this spirit that we are agreeing to your proposal for a cease-fire.

(Sd.) Lal Bahadur.

His Excellency
U Thant,
Secretary-General,
United Nations.

# "তেংথাজবা"

চান্নবা, য়েক্রবা অনিমক্কা,
চপ মানবা নংগী নপুক্চেল,
মহাত্মাজীনা ভন্নীরমব্রা ?
শ্রীনেহরুজীনা ভাকপীরমব্রা ?
ওক্না খোক্রবা নংগী নত্তো,
কনাদা চত্তুনা তমলুব্বি ?
লৈত-লায়রক্তগী হোৎনবদা,
লৈত-লায়রনা অহম লোয়খিবা।
জাতি য়ুম্নবা, চাউরবা লমদমগী,
নিংথৌরেলগুম্ চাউরগা,
য়ুমুম ইংখোল ফাওবা, লৈজদা,
লায়রক্তগী থন্দুনা
লায়রনা নপুন্সি লোমখিবা।
বাকচিংগী উন্না নংগী কিজোঙ্গি
কালেনগী য়াক্রবা সুংশানা
নংগী পোথাকমনি,
নংগী লধীনা অচুম্বতনি,
শাওদবনা নংগী খুৎলায়নি।
খোংপদা লৈগী লৈকাগুম্বা,

কনবদা বজ্রগুম্বা,
নংগুম্বা অমা ঙায়বদা,
লৌম্নি শিন্মি কয়ানা,
লৈত-লায়র কয়ানা,
যুগ কয়া থাংখিবা,
মতমতনা থংলিনি।
চৎলো চৎলো শাস্ত্রীজী,
লৌমি শিন্মি-লৈত-লায়রবা মীয়ামগী
পিনা অতৎপা লৈতনা শিন্থরবা,
মতম মতম অদুদা,
খোরকউকো অখৌবা,
খুৎকন পাঙ্গলবতগী ওইরবা
ঙায়বং মালংপান অসিদা।

---